# টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদা।



খৈরুদ্দিন খুল্লাকপম্

[illegible]

# টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদা

( পাঙলগী পুরারিদা য়ুক্ষম ওইবা )

খৈরুদ্দিন খুল্লাকপম




দি কাউন্সিল ফোর ইশলামিক রেন্যাসেন্স ওন কলচরেল,
লিটরেরি এন্দ এডুকেশনেল, সর্ভে ( সর্কল্‌স )
রিজনেল হেড ওফিস-লিলোং, মণিপুর।

CIRCLES - 05

# TURKO - AFGHANGEE CHADA - NAODA

## DESCENDANT OF TURKO - AFGHAN

( A History based on Manipuri Muslim )

Written by : Kheiruddin Khullakpam

Published by : *The Council for Islamic Renaissance on Cultural, Literary & Educational Survey ( CIRCLES )*
Regional H. Q.
Masjid Road, Lilong - 795130.






**Priced — Rs. 150/-**
First Published — May, 1997

**Cover : Masjid of Turkey.**
**Cover design : Dhani Computer, Keisampat.**
**Printed at : Unique Screen Printers, B. T. Road, Imphal.**

Printed by : Benjamin M. Shah on behalf of the CIRCLES at

M. I. PRESS, Masjid Road, Lilong,
SHREE PRESS, PADMA PRINTERS-Paona Bazar,
& Unique Printers, B. T. Road, Imphal.

# অইবগী মরমদা

"টর্কো-অফগানগী চাদ-নাউদা" কৌবা মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) শিংগী হৌরকফমদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক অসিবু ইবিরকপা মুহম্মদ খৈরুদ্দিন খুল্লাকপম খৃঃ ১৯৪৫ ইংগী সেপ্তেম্বর ২১ দা শিলোং তুরেল অহম্বীদা পোকই। অলহাজ মৌলানা মুহম্মদ কমরুদ্দিনগী মচানুপা অনিগী মমুংদা অহল ওইরিবা অইবা অসিমক্ অঙাং ওইরিঙৈদগী পার্সিয়া লোলবু য়াম্না পামজনা নৈনরকখী। লোল অসিদা অতুক হাক্না তমলুব্রগশু অহল-লমন, মমাঙদা চংখিবা ঈপা-ঈপুশিংগী মরক্তগী মরুওইনা রিফায়তুল্লাহগী শুরোল মখাং চত্থরকপা ওইবনা পামজনা নৈনরুবদা খুদোংচাবা ফংখী। খৃঃ ১৯৬৫-৬৬ কী অতুবাইদগী অপোকপগী তুং ইন্দুনা মণিপুরগী মঙুং অমঙুং মপান্দা কোইনা চংতুনা ভাঙবা-শকপা, ইবা-পাবগী খুদোংচাবন্থু লৌরকখী।

হৌজিক-হৌজিকমক মণিপুর য়ুনিভর্সিটীদা ফাইনান্স দিপার্ট-মেন্টদা সরকারগী থোপুবা অমা ওইনা লৈবিরিবা অইবা অসিনা খৃঃ ১৯৯২ ইংদগী হৌনা লাইরিক অসি ফোঙননবা মঙ-মঙবা হৌরকখী। লোইননা, অহাংবা অমদি ছুটি ওইবা মুমিংশিংদা পাঙল (মুস্লিম) শিংনা খুন্দাতুনা লৈরিবা ভারত অন্নাং-নোংপোক লমশিংদা চংতুনা লাইরিক অসিগী মচাক মথুম লাংশিল্লবগা লোইননা অহল-লমনশিংগী ৱারীশিংথু শেমজিন-তাশিল্লগা খৃঃ ১৯৯৫-৯৬ তা মপুংফাবা লাইরিক অমা ওইহন্না ঙমকখী।

খৃঃ ১৯২৯ দা লাহোরদা পার্সিয়ান লোলদা ফোঙথ্রবা রিফায়-তুল্লাহগী "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" দা য়ুম্ফম ওইরগা, "টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদা" মিংথোন্দুনা লাইরিক অসি পুথোরুবা হোৎন-রকখী। মসিগীদমক্ মণিপুরদা খুন্দা লৈতাতুনা লৈরিবা পাঙল

শাগৈশিংগী পারি-পুরি অমদি হৌজিকফাওবদা লৈরিবা ওয়োলশিংগী অইবা পীরক্লবস্ থাম্লনা খঙহনগ্রবনি। অতুবু, শাগৈ অয়াম্বনা পীরকখিদে। অফংবা থরা অসিদমক কোঙনবা হোৎনজবনি। অতৈ লেমহৌরিবশিংগু মতুংদা খুদোংচাবা কংবা ওমত্রা য়েংজগে।

অইবা অসিগী কোঙনিংবগী ঈখোলাংবা খুদিংমক শেল-থুমগী কীভম ফংতবনা মরম ওইরগা নিংছম্নবগী তাঙ্গা অমদা ঐখোয়না থেংনজখী। নহা ওইরিবা মীওই ভাক্তনা মপুংওইবা ঐখোয়গী সংস্থান - কাউন্সিল ফোর ইশলামিক রেন্যাসেন্স ওন, কলচরেল লিটরেরি এন্দ এডুকেশনেল সর্ভেনা ফোঙবগী দায়ত্ব পুম্নমক অইবা অসিগী তাম্নজরগা মীয়ামগী মতেংদগী ওসিদি কোঙদোকচবা ঙমজরে।

লমদম অসিগী লৈহাওদা পোল্লকপা, চাওরকপা, মীতৈ নিংভোলনা পোকচবা পাঙল ( মণিপুরী মুস্লিম ) শিংগী হৌরকফমদা ম্নফম ওইবা খৈরুদ্দিন খুল্লাকপমগী লাঈরিক অসিনা ইতিহাসপু মুংশিজবা, নৈনবা পামজবশিংদা থরদং ওইরবগু কাম্লবা পীরবদি কোঙদোকচরুবগী কাম্লবা কংলে খঙ্গগে।

বি. কে. আদম
রিজনেল চ্যেরমেন,
দি কাউন্সিল ফোর ইশলামিক রেন্যাসেন্স ওন, কলচরেল,
লিটরেরি এন্দ এডুকেশনেল, সর্ভে
রিজনেল হেড ওফিস - লিলোং, মণিপুর।



**PROF. GANGMUMEI KAMEI**
*MEMBER*
**Manipur Legislative Assembly**
**Assembly Guest House Campus**
**IMPHAL - 795001**

## য়ামাঙ য়ানবা

এম. খৈরুদ্দিন খুল্লাকপমনা ইবা "টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদ" (মণিপুরী মুসলিমশিংগী হৌরকফমদা য়ুম্ফম ও!বা ইতিহাস) ঐহাক পাজরে। মণিপুরদা খুন্দাখিবা মুসলিমশিংগী সমাজগী ইতিহাসনি, কাংলুপসিবু মীতৈ-পাঙল নত্রগা মণিপুরী মুসলিম হায়না খঙনৈ। অইবসিনা কাংলুপসিগী হৌরকফমদি ময়ায় থংবা এসিয়াদা লৈবা টর্কো অফগানশিংগী চাদ-নাউদানি হায়না উংলি। মীতৈ-পাঙল, মণিপুরী মুসলিম, টর্কো অফগান হায়বা য়াহৈ অহুমসিনা উংলিবসি, ঐহাক্না খল্লবদা মুসলিম ইচিন-ইনাওশিংগী বাখল্লোন্দা অন্তর্জাতিকী ওইবা ইসলামিক ফ্রেটরনিতি নত্রগা মুসলিম ব্রদরহুদনা য়ুম্ফম ওইবা অন্তর-জাতিক শক্তম (ইন্টরনেসনেল আইদেন্তিতি) অমুগা মণিপুরদা কুইনা লৈরক্লবা, মীতৈলোন লোনথ্রবা মীতৈ পাঙলশিংগী লমদমসিগী ওইবা শক্তম (ইন্দিজিনেস আইদেন্টিটি) অনিসিগী চুংশিন্নবা চুংশিন্নদবা য়াফমসি লাইরিক অসিদা মমি তায়। অইবসিনা "টর্কো অফান" হায়বা য়াহৈসি শিজিন্নবনা কাংলুপসিগী শক্তমদা চনৈনবা য়াখলোন (আই-দেন্টিটি ক্রাইসিস) অমুবু উংলি।

টর্কো অফগানশিংনা ভারত্তা লান্দারক্তুনা লৈখিবা, মখোয় খরনা নোংপোক অমস্থি অবাং-নোংপোক ভারত্তা শন্দোরক্তুনা মণিপুরদা খুন্দাখিবগী মরী-মখোও এম. খৈরুদ্দিন খুল্লকপমনা লাইরিক অসিদা শুগাইনা উৎলি। লাইরিক অসিগী থোইদোকপা অমদি থাগৎনিঙাই ওইবদি মণিপুরদা লৈরিবা মুসলিমশিংগী শাগৈ অমদি য়ুম্নাক থোনখিবগী রারী পীরিবসিনি। অইবনা য়ুম্নাক ৬৪ পীরি। মীতৈলোন লোনবা, মীতৈ নিঙোল লৌখিবা মুসলিমশিংগী তোপ-তোপ্পা শাগৈ লোন অহু ফজনা উৎলে। মণিপুরগী, অসাম অমদি বাংলাদেশতা খুন্দাখিবা মুসলিমশিংগী মরমদসু লাইরিক অসিদা তাক্লি। মৌ থিবগী চৎনবী অমসুং মৌলুবীশিংগী মরমদসু য়াওরি! মণিপুরগী মহারাজশিংনা মুসলিমশিংবু ইসলামিক আইন মতুংইন্না, সাসন তৌনবা কাজি হাপতুনা য়ায়েনহল্লি। ইসলামগী মরমদা তোপ তোপ্পা মৌলুবীশিংনা মসজিদশিংদগী ইসলামিক সংস্থানগী থোপু ওইখি। ইসলাম ধর্ম্ম অসি মওং চানা চৎনহনখি।

এম. খৈরুদ্দিন খুল্লাকপমনা মতম চংনা থিজিন খোমজিন্দুনা লাইরিকসি পুথোকপীবসিদা ঐহাক্লা নুঙাইবা কোংদোকচরি। মহাক নৌনা হৌগৎলক্লিবা, সমাজগী ইতিহাসকার অমনি: লাইরিক অসিনা মুসলিমশিংগী ইতিহাস, মণিপুরগী অপুনবা ইতিহাস শাগৎপদা মতেং ওইরনি। ঐহাকসু লাইরিক অসিগী মরমদা বাহৈ খরা ফোংদোকপগী খুদোংচাবা পীবিবগীদমক এম. খৈরুদ্দিন খুল্লাকপনবু থাগৎচরি।

প্রোফেসর গাংমুমৈ কামৈ

মেম্বর, মণিপুর বিধান সভা।

# অফোঙবগী কলমদগী

ঐখোয়গী পুরান্নীগী তেনঞ্জবা ভাংকক অমদা ঐখোয়না ময়েক লানা উমিন্নরে – য়োং কিহুনা লৌপুনা মহৈ-মরোং নৈখায়বা। থন্নাই চাওবা কয়াগী থন্নাইনা পোন্থানঞ্জবস্থ মুখংঙমদ্রি ন্নামৈদি। খুন্নাইসিগী শোথহৌরবা মীতৈ পাঙল ফুরুপচাশিংনা পাঙজনিঙাই শিন্না অমা ফুরুংচহুনা মশানা মশাবু। পাখোঙ নত্রে উমিন্নরে ঐখোয়না ঙসিদি পাথবসি খুন্নাই লম্বেলদা। মসিমক্তা লিজবনি "সার্কলস" না— অখৌ লিচা হেপ্প মখোয়গী ম'র খোঙ্গুল। অসুম্না এন আর সিগী মৌহুং মুহম্মদ খৈরুদ্দিন খুল্লাকপমগী "টর্কো অফগানগী চান্দ-নাউদ" খুদোলজরি খুন্নাইচাশিংদা। মপুঙদা খুৎমাবনি খুদোলসি অন্নাং অপা কয়া য়াও- রম্বা য়াবা। মথগী খুৎনমদা চুমথোকচনবা তেংবাং নিজরি ইরৈবাক- চাশিংদা। অখাব মীয়েং, তমথিবা মীচৈনচিংবদি সার্কলসনা তুংওই- নজগনি।

অহুইং ১৯৭২ দা মুহম্মদ আলি জনাব খান ইফম্না "মণিপুরী মুসলিম" ফোংলুবদা লাইরিকসিদা ন্নামাঙ য়ানবিখিবা ডাঃ এল চন্দ্রমণি সিংহ, স্পিকর, মণিপুর লেজিসলেটিব এসেমব্লি; এলাংবম নিলকান্ত সিংহ, সেক্রেটরি, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল; শ্রী মীনকেতন সিংহ, এসোসিয়ত প্রোফেসর, মণিপুরি বিভাগ, জেঃ এঃ ইউ সেন্তর, ইম্ফাল; গাংমুমৈ কবুই, এসোসিয়ট প্রোফেসর, ইতিহাস বিভাগ, জেঃ এনঃ ইউ সেন্তর, ইম্ফাল; নিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ, সুপারিন্টেণ্ডেন্ট, রেকোর্ড এণ্ড লাইব্রেরি, মণিপুর সেক্রেটরিয়েট অমসুং রাজকুমার শ্রী সনাহল সিংহ, ত্রেজরি ওফিসার, ইম্ফালগী মমল নাইদ্রবা পাউত্তাক কয়া য়াওনা খোঙনেৎনখিবা থৌদোক অহুদি "সার্কলস" না লাইবক খিবা থৌদোক অমনি হায়না লৌজে।

মিজরি খোঔাল মীয়েং খোরাংলবা সার্কলসনা খুবাং চাংজৌ তরা লোয়া, পুমখুপ খুপ্পা মপু ইবুংঙো, খোঔাল হৈবদগী হৈরবা পীনহৈবা নহাকতোঙ্গা।

অসলম খান মককুচা
পরিসর,
দি কাউন্সিল ফোর ইসলামিক রেন্যাসেন্স
অন কলচরেল লিটরেরি এন্দ এজুকেসনেল সর্ভে
শিলোং ২৭।৪।৯৭ ইং (সার্কলস) হেড অফিস - শিলোং।

# মণিপুর পণ্ডিত লোয়শঙ

## ( শ্রীশ্রী গোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড )

ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

তাং ০১ - ০৫ - ৯৭ ইং,

এম. খৈরুদ্দিন খুল্লাকপমনা য়াম্না ঋানা মতম চংনা হোৎনজহ্নুনা মীতৈ লৈপাক অসিদা লৈরিবা মুসলিম ইপা-ইচা. ইচিল ইনাওশিং অসিনা করম্ব মতমদগী অমস্তুং নিংথৌ করম্বগী হাকথক্তা মীতৈ লৈবাক অসিদা লৈরকপগী ঋাকয়চিংবা য়াম্না কুপনা থিজিনা হুমজিল্লিবা অসিদা মীতৈ লৈবাক্তা লৈবথক্তা নত্তনা অতোপ্পা দেশশিংদা লৈরিবা মুসলিম কয়াগী মরমদস্থু কুপনমক ইত্রবস্থু মরি লৈনবা লাকপনচিংবগী মরোলস্থু ইরি। মরম অসিনা মীতৈ লৈপাক্তা মুসলিমনা লাকপা অসিগী মরমদা লাইরিক য়েংবম নোংশামৈনা ইরম্বা পুয়াদস্থু ইরি। লাইরেন নাউফোংবগী সনাহাক্তস্থু কংলা যাত্রা হুনবগী মতাংদা "শকোক লমলেন অহানবা" কৌবা পুয়াদা ইরিবা অসিস্থু শিংথাবা য়াবা কংলাগী যাত্রা হুনবগী মরমদনি। অসিগুম্বা মুসলিম জাতি অসিনা খাগেম্ব ইনিংথৌগী মতমদস্থু খুনশেম-লৈশেম কয়াদা থৌদাং য়াররুবা মুসলিম জাতিনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই হায়না মণিপুর পণ্ডিত লোইশঙনা শিংথাদবা ঙমদে। অসিদস্থু নত্তনা মীতৈগী লমথৈ ঙাকপদা থৌদাং য়ারকখিবা মণিপুরী মুসলিমনি হায়না পণ্ডিত লোইশঙনা শিংথাদবা ঙমদে। ইরিবা মরোলদস্থু নোংশামৈ পুয়াগী ঋাহম্বোক লৌরগা ইজবনি মতুংদ অসিদগী হেন্না মুসলিমশিংগী মপুং ফাবা লাইরিক কয়াস্থু ইরকপগী ঋাখল লৈরি হায়না অইবব পণ্ডিত লোয়শঙনা হন্না হন্না থাগৎচরি।

শ্রীওরিয়াম্বম কুলচন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবা

মণিপুর পণ্ডিত লোয়শঙ

শ্রীশ্রী গোবিন্দজী টেম্পল বোর্ড, ইম্ফাল।

## "য়াফম খরদং"

মণিপুরী মুসলিম নত্রগা পাঙল লমদম অসিগী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাস শাগৎপদা মরুওইবা মফম কন্দুনা লৈরবা কাওলুপনি। শ্রী খৈরুদ্দিনগী 'টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদা' চাউরাক্লা চহী চামরিয়েমগী মমাঙদগী হৌনা মুসলিমশিংনা মতৌ করম্না লৈবাক অসিদা লাক্লনা খুন্দ-লৈতানা লৈরকখিবগে হায়বগী বারৌগী পরিং উৎপনা মপুং ওইবা লাইরিক্নি। হৌজিক্কী মতমদা শাগেগী নত্রগা কাওলুপ অমগী হৌরকফম নত্রগা চাদ-নাউদাশিংগী মরমদা হৈবা হায়বশিমক তরাই-তরাইবা ৱাফম অমদি ওইদে, চিংথ-নাম্নহৌবা ও-মসুং কংলিবা সোর্স অদুগী মতুংইন্না মত খেন্নবা তঙাইফদনা থোক্কবা নত্তে। অদুম ওইনমক, খৈরুদ্দিননা মতম চঙনা লমদমসিগী অপুনবা শকতম শাগৎপদা থৌদাং লৌরিবা, মণিপুরী মুসলিমগী খোঙ্গুল লৌনবা হোৎনরিবা থৌনা অসিবুদি পুক্নিং থৌগৎফম থোকই। খেন্নবা শক্লোন য়াওরবসু "লাইরিক অসি লৈবাক অসিগী শাগে শলাইগী হৌরকফম মথং মনাওগী পরিং নাইনা হৈবা মৈহৌবরোলগী কাওলুপ মতুংচন্না থম্বা য়াই"।

লাইরিক অসিমক্কী অইবনা মশাগী সংস্কৃতি অমসুং পরম্পরাদা মশানা য়েংবা মিংয়েংনি। মসিদা মুসলিম অমনা মশাগী কাওলুপপু নুংশিবগী, কাওলুপসিগা লমদমসিগা লৈনরকপা অচেৎপা মরীগী মঙাল মওং অমা নত্রগা অৎদা তাবসু থেংনগনি। অয়াম্বা রিফরেন্সসু "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" হায়বসিদগী ওইরি। অমা নত্রগা অমবু ওইরবসু শ্রী খৈরুদ্দিনগী লাইরিকসিনা লমদমসিগী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসপু পিজিল্লিবা মীওই-শিংদা অচৌবা মতেং অমদি শোয়দনা পীরগনি নীংই।

ডাঃ পিঃ নবচন্দ্র সিংহ
মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট,
মণিপুর য়ুনিভর্সিতি
কাঞ্চীপুর, মণিপুর।

ইম্ফাল
তাং ১০।৫।৯৭

# য়াহৈ খরদং

মুহম্মদ খৈরুদ্দিন খুল্লাকপমনা ইবা "টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদা" (পাঙল (মুসলিম) শিংগী হৌরককফমদা য়ুফম ওইবা ইতিহাস) ঐহাক মপুং ফানা পাজরে। লাইরিক অসিদা মণিপুরদা খুন্দাখিবা মৈতৈ পাঙলশিংগী হৌরকফম, করম্না লমদম অসিদা খুন্দাখিবগে হায়রী লৌথুন নিংখিনা নৈনরি। এম, খৈরুদ্দিন্না কাঙলুপ অসিগী হৌরকফমশি ময়ায় থংবা এসিয়াদা লৈবা টর্কো অফগানশিংগী চাদানি হায়না ময়েক শেংনা উৎলি। লাইরিক অসিদা অইবনা পৃথিবীদা লৈরিবা মুসলিমশিং হায়রবদি শেখ, সৈয়দ, মুগোল অমদি পাঠানশিংগী মচা-মগু ওক্তনী হায়না মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈলোন লোন্দুনা খুন্দারিবা মুসলিমশিংবু প্রমাণ তৌরি।

মণিপুরগী অরিবা ইতিহাসকার কয়ানা মণিপুরী মুসলিমশিং অসি লাইনিংথৌ খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) হাক্তক্তা লাকখিবা লানফাশিংনা মণিপুরদা খুন্দাখিবা অহান্বা মুসলিমশিংনি হায়দুনা ইবিরম্মী। অদুবু, খৈরুদ্দিননা "য়াদ দাস্ত কুর্সি নামা" গী মতুংইন্না লাইনিংথৌ খাগেম্বা হাক্তক্তগী লাকখিবা লমদম অসিগী মুসলিমশিং অসি লানফা ওইনা উহনবদগী খরদং থৈথরগা মুসলিম লুচিংবনা মৈতৈ নিংথৌগা য়ানরগা লমদম অসিদা খুন্দামিন্নখিবনি হায়বগী হাখল্লোন উৎলি। অসিগুম্বা মণিপুরী মুসলিমগী ইতিহাস অসিনা মৈতৈ ইতিহাসকারশিংনা ইবীরমবগা খরদং থৈনবশি ওসিগী অমদি তুংগী ইতিহাস নৈনবশিংগী মথুংতা শিন্নজরি।

লাইরিক অসিদা অইবনা টর্কো অফগানশিংনা ভারত্তা লান্দারকখিবা অমদি লৈখিবা মখোয়না শন্দোরক্লনা মণিপুরদা খুন্দারকখিবগী মরি মখোং নিংখিনা নৈনৈ। লাইরিক অসিদা মণিপুরী মুসলিমশিংগী য়ুম্নাক ৬৪ অমসুং য়ুম্নাকশিংগী মথৌ মওম নিংখিনা নৈনৈ। লাইরিক অসিদ লোন্দা-পুদা ফজে। মৈতৈলোন লোনবা মীতৈ পাঙলশিংগী

শাগৈলোন অমসুং মীরোনশিং নিংথিনা নৈনৈ। অসিতা নংতনা মুসলিমশিংতগী ওইবা লৈঙাক মপু "কাজী" হাপতুনা ইসলামিক আইন শীজিন্নতুনা রায়েন পথাপ মণিপুরগী মহারাজশিংনা তৌহল্লী অমসুং মৌলবীশিংবু মসজিদশিংগী থৌ পুহনথী হায়বসিগুম উংলি।

লাইরিক অসিবু ইবিরিবা খৈরুদ্দিন মুহম্মদনা মতম চানা থিজিন-বিতুনা লাইরিক অসিবু পুথোকপীবগীদমক্তা ঐহাক্না থাগৎচরি। মসিগুম্বা লাইরিক অসি লমদম অসিদা লৈরিবা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) শিংগীদমক অফবা ইতিহাস অমনি হায়না থাজজে অমসুং লমদম অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্তা নুংশিননা লৈমিন্নবগী অপুন্না ইতিহাস অমা শাগৎপদা অচৌবা শাফু অমা পীগনি হায়না আশা থমজরি। মতুংদসু লাইরিক ইবা অসিনা কূপনা থিজিনবীতুনা অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোকপীবা ঈশ্বরনা ঙমহনবীশনু।

ডাঃ সরোজিনী
মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভ্‌স
পোরোম্পাট, ইম্ফাল।

তারিখ ১৭।৫।৯৭ ইং,
ইম্ফাল।

মণিপুরদা তোঙান-তোঙানবা মতমদা মাইকৈ কয়াদগী মীওই কাংলুপ কয়া লাকখি। মখোয়সিংনা অমগা অমগা তোংন-তিন্নরক্তুনা ইতিহাসকি ইচেল অমদা অনৌবা মণিপুরগী শক্তম অমা সাগৎলকপনি। মসিদা নোংপোক-নোংচুপ, খা-য়াংদগী তোঙান-তোঙানবা কুচু-কুমেন, লাইনিং-লাইসোল, লোন-লি কয়া য়াওগ্র-বনি। মখোয়সিং অদুগী মনুংদা চৈর্কো-অফপান কাংবু কয়া য়াওখি অমসুং মখোয়গী খোঙ্গুল য়েংখৎপা থৈরুক্তিন খুন্নাকপমগী মীৎয়েং অমসুং নৈনবা অসি অনৌবা লম্ অমনি। নৈনবা লাইরিক অসিনা অয়োইবা য়ারেপ্পা অমা ওইদবা য়াই, অদুবু মহাক্না পুখৎলকইবা নৈনবগী হিরম অসি অয়াইবা য়া নত্তে। অরিবা মণিপুর, মণিপুরিগী সক্তমগী মরমদা নৈনবা মীওই খুদিংমক্না তাঙাইফদনা পাদবা য়াদবা লাইরিক অমদি ওইরে।

লাইরিকসিবু খুজিক্কং মাংজোননা পাহনবীবগীদমক অইবা মসাবু থাগৎচরি। নৈনবগী লোইনাইদ্রবা লম্বেলদা মণিপুরগী পাঙলসিংগী মসক-মচু, কুচু-কুমেন, খুন্নাইসিদা পীবা খুদোল খুদিংমক য়েংবা চংই। মতুদা লাইরিক অসিগী ফমফম অমা সোইদনা লৈরগনি হায়না থাজে।

এম; সি: অরুন

N. B. থোমজিনজগিবা শাগৈ/শাগৈগী চাদ-নাউদাশিং অসি কগিওইদা চীথ-নাম্বহোবা অমদি অগান-অহুই য়াওগবস্ ভাকপীগকপা নীংশিংজগি। অনীওবা থুংলমদা চাউকা লোইনবা কোঙনবা থোয়াং ঙৌজগি। শাগৈ/য়ুম্নাক থুদিংমক্তী (মীতৈ অমদি পাঙলগী) ওয়োল-চাগোল ওনা কোঙনবা থোয়াং লৈজে—CIRCLES।

# ৱাহৌদোক

"টর্কো অকপানগী চাদ-নাউদা" কৌবা লাইরিক অসি ঐনা ইজখিবদি মণিপুরদা পাঙলশিংনা লাকখিবা অসিগী মতাংদা অখণ্ড-অহৈ, ওজা-গুরুশিংনা ৱারী ওইনা হায়বিরগা তাহনখিবা অমদি অখণ্ড-অহৈ মশেল ঙাংনবদা তাখিবশিং অদু কাওদদুনা ঐগী থম্মোয়দা নিংশিংবগী পুক্কৈদা পেশিন্দুনা লৈরকখিবনি। অখণ্ড-অহৈ, ওজা-গুরুশিং লোইবা নাইবা পুন্সি ওইখিবনা মাগী মাগী মতম লোইরক্লবদা অতং-অথম নাইদবগী মওংগুম তাইবং শেন্বা মপুগী থুয়া তানগদ্রে। লাকপা লেপ্তবা হনখিবা লোয়বা নাইদ্রিবা মতম অসিদা লৈহৌরিবা মীরোল অসিনা মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) অসিগী মরমদা মতমগী মতুংইন্না থিজিনবগী মতম অমা লাকল্রে। অদুগুম্বা থিজিনবগী লমদা শাইদাংকম ওইগদবা পুয়াশিং মণিপুরী মুস্লিমশিংগী ওইনা মশীং থরা য়ামদনা লৈরম্বদগী থিজিনবগী লমদা অৱাবা চৈথেং অমা থিজিল্লিবা/থিজিল্লিবীশিংনা থাঙনখি। অৱাবা চৈথেং থাঙনবদু উবদা য়াম্না পেন্থখিল্লে, হায়কম থঙদনা ওল্লাংখি। অখণ্ড-অহৈশিং ঙম্মক লৈখিদ্রে, লৈখিদ্রবা মতুং অসিদদি ৱারী থরদমক থঙজ-তাজহৌবা ঐখোয়বুসু (অয়াম্বা ওজা গুরুশিং লৈখিদ্রবনিনা) মরু ওইবা মীওই অমা ওইনা লৌবিরগা অরু-অথেনবু থম্ম-তানবা লাকপীবা মীওই কয়া অমসু য়াওরকখি। অসিগুম্বা মতমদা কাহেন্না অকিবা পোকখিবদি পাঙল জাতি অসি হৌরকফম থঙনহৌদ্রবা মথংগী মীরোলদা মপা-মপী পান্দবা হৌরকফম থঙদবা কোয়চং-চংপা জাতি অমা ওইনা লৌবিখিদুনা ইজ্জৎকী য়ুদ্ধমদা চাওথংপগী মউ লিংবা ঙমহৌরোইদ্রা হায়বা অসিনি। পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) গী ইতিহাসকী লমদা য়াম্না চাওনা অৱাংপা অমা লৈরব্রা অমসুং পাঙল কনানো?

কদায়দগী লাকপনো হায়বা কাওবা কাওশিল্লকপা য়াবগী অকিবা অমা লৈরবা মতম অসিদা ঐস্নু পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) অমা ওইনা পোকচমনগী অৱাংপশিং অসি খরদমক ওইরবস্নু মেনখৎপদা শক্কক য়াজগে। শক্কক য়াজবা অতুদা খরদমক ওইরবস্নু অৱাংপা অতু মেনখৎপা ঙম্মবদি হোৎনজমলগী মহয় য়াল্লগনি খঙ্গদুনা মথক্তা পল্লিবা লাইরিক অসি ইজখিবনি। লাইরিক অসিদা মরু ওইনা পাঙলশিং কদায়দগী হৌরকপনো অমস্নুং টর্কো অফগানশিংদগী পাঙল করম্না ওইরকখিবনো? মখোয়না মণিপুরদা য়েৌরক্লগা করি করম্বা থৌফমদা শক্কক য়াখিবগে অসিনচিংবা অসিনি। পাঙল হৌরকপগী ইতিহাসিক ওইবা খুম্ফম খিদোকপদা পাখিবা লাইরিকশিং মখিং পবা য়াবদি নোংশামৈ পুয়া, চৈথারোল কুম্বাবা, নোংচুপ হারম, চাদ-লাইহুই, বিজয় পঞ্চালি, য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা, তারিখুল ইসলাম, হদিকতুল ঔলিয়া, ইবনে খুলদুন, The rise of Mohammadan power in India, History of India অমদি শাকোক লমলেন অহান্বা সিলেটের মাটী সিলেটের মানুষ, হবিগঞ্জ পরিক্রমা অসিনি। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" লাইরিক অসি মণিপুরী মুস্লিমগী ওইনা লানজিংলেন মুহম্মদ সানি (নবাব) না পাসিদা ইরম্বনি। পুয়া অতু অমুক মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মতমদা রিফায়তুল্লাহ উর্কে খোয়দোংবা জোমাদারনা মপুং ফাহনখিবনি। মুস্লিমগী ওইবা অসিগুম্বা পুয়া লাইরিকী মশিং খরা তাঙই। মমল য়াম্বা পাঙলগী রেকোর্ড কয়া, মাঙকত্রবা ওজা-গুরুশিংগী পাউতাক কয়া অমা অপোকপা জনাব অলহাজ মৌলানা কমরুদ্দিন শাহ মরুহুমনা চেকশিন্না শেম্নবিরম্বদগী ঙসিগী মণিপুরী সমাজগী মণিপুরী ইতিহাসকী ক্ষেত্রদা য়াম্না পাকশন্না অৱাংপা অমা লৈরিবসিদা খরদং ওইরবস্নু মেনখৎনবা হোৎনজগে খনখিবনি। মথক্তা পনখিবা লাইরিক অসি জনাব

মৌলানা অপোকপনা লৈরিবৈদা ভখায়চন্না ইরগা থমগ্রবনি, অবা অনং মায়োক্নবা পুন্সিদা মতম ওইখিবনা মদোমদা খোয়দোক্না ইথিন পীবা ঙমখিদে। অপোকপনস্থু লাইরিক অসে কোঙদোকপা ঙম্মদে। অহানবস্থু পঞ্চাপ্রে, মণিপুরী মুস্লিমগী ওইবা লাইরিকশিংগী অবাংপা লৈবা, খিজিনবগী লমদস্থু মশিং য়াম্মদবা মতম অসিদা মুংশি-মুংশি ভাল্লিবা পাঙল রেকোর্ড শংলেনগী থাউবৈবু অহেবা মঙাল পীশিল্লগা অকম্বা সমাজগী নোংলৈ মুংশিত্তগী হিংহৌনবা থন্দুনা খাইখোক চন্না ইহুনা লৈপ্রবা লাইরিক অসে মপুং ফাহনবিরগা ফোঙদোক-পীনবা শাগে অসিদা লৈবা গুরু-গুরু, অখঙ-অহৈশিংদা কন্না তক্কজখি। লাইবক থীবদি অথুবা মতমগী ওইনা মতুগী ভার লৌবিনবা কনা অমা ফংখিদে। ভাম্নক অসিদা সন্নকারগী লোয়শংদা থবক অমা পায়তুনা Account Section গী অচিনবা থৌগল পুজরগস্থু All Manipur Shahi Association, Lilong না অসিগুম্বা লাইরিক অসি মপুং ফাহল্লগা অথুবা মতমদা ফোঙদোক্নবা এঁভোন্দা থুংশিন্নবিখি। অসিগুম্বা All Manipur শী ওইবা য়াথং অমা ফংজবদগী অমুকস্থু রেকোর্ডশিংদু মাঙখিদনবগী থাখল্লোন্দা এঁনা মতু য়াবা তাখি অমস্থুং Shahi Association না শিন্নবিরকপা থবক অতু হয়াও হয়াও ফিগাও শানা য়াজখি। মণিপুরী মুস্লিম পাঙল-শিংনা তাবা মফম মণিপুর, কাছাড়, ত্রিপুরা, হোজাই, ডিমাপুর, নিচুগেৎনচিংবদা কয়ারক হন্না রেকোর্ড খোমগৎপা চৎখি। অতুগুম্বা খোঙচত্তা রেকোর্ড কয়ামুক খোমগৎলকখি। রেকোর্ড খোমগৎলকপা লম-লমগী মীওইশিংনা চাওরবা শরুকী মতেং পাংলকখি। অতুগুম্বা মতেং পাংলকখিবশিংবু ঙমথৈ লৈতনা ধন্যবাদ পীজরি অমস্থুং ময়ামগী লমন তোনশিঙ্গরবনি হায়না

লৌখৈ। অদুবু লাইবক থীবদি লাইরিক অসি প্রেসতা থাজিন্দুনা নমহন্নবগী মতাংদা All Manipur Shahi Association, Lilong না কন্নিগুম্বা মখলগী দায়ত্ব অমত্তা লৌবিখিন্নবনা চহি ১/২ গী মতম থিন্দুখি। নৌহৌননা অমুক All Manipur Manipuri Muslim Historical Society অমসুং The Council for Islamic Renaissance on Cultural, Literary and Educational Survey হায়বা Organisation অনীসিনা লাইরিক কোংদোকপগী দায়ত্ব লৌখখি। লাইরিক অসি কোংদোকপগী দায়ত্ব লৌবিখিবগী দমক Organisation অনীবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু অথুবা মতমদা কোংদোক্লবা তকশিল্লকখিবনা অন্নান-অনুই, ময়েকী, বনান অমদি লোন্দা পুদাদা অশোয়বা য়েংশিন-থিজিনবগী মতম লৈজখিদে। অশোয়-অঙাম য়াওরবদি তাকপীরকপদা হরাওনা লৌজগনি অদুগা বনানচিংবা শোয়রবসু মথংগী থুংনমদা শেমদোক্লবা থোরাং থমজরি।

তাং ০৬-০৯-৯৬ ইং

এম. খৈরুদ্দিন খুল্লাকপম্
লিলোং তুরেল অহন্বী, খোংন ংমখোং
মণিপুর।

# "তরফ" লৈবাক

"তরফ" অরাবিক বাহৈনি। হায়নবা লৈ, তরফ জয় তৌখিবা লানঙম্বা সিপাইসলার সৈয়দ নাসির উদ্দিন্না নিংথৌ আচক লায়ায়নবু অতোপ্পা মকমদা চংখিনবা হায়রম্মী। মসিদা "তরফ" কী অর্থদি অতোপ্পা মকমদা চংখিবা নত্রগা মকম থাদোকপা হায়বনু খঙহল্লি। অতোপ্পা মোং অমনা আউলিয়া ১২ মী মনুংদগী হজরত শাহ্ গাজী (রঃ) কৌবা অমনা "ইস তরফ জাওগে" হায়না লমজিংখি, মতুদগী তরফ মীংথোনখি। মতমতুগী তরফকী ভমথৈখদি অরাংদা বরাক তুরেলগী branch শিং থাদা বেজুড়া পরগনা অমদি ত্রিপুরাগী চীং, নোংপোক্তা ভানুগাসকী চীং অমসুং নোংচুপ্তা লাখাই। মতুংদা তরফ রাজ্য পরগনা ২০ থোক্না থায়দোকখি। পরগনাশিংচুদি মথংশিংনা-দাউদনগর, গোদা হাসন নগর, নুরুল হাসন নগর, উসাইনগর, রিয়াজপুর, ফয়জাবাদ, পুটীজুরি, বালিশিরা, আদি তরফ, বিশগাঁও, অনন্দপুর, বামৈ, রঘুনন্দননচিংবা। যায়া পাক-চাওরবা পাং ঘোড়িয়ারীজুরি লাল্লগা তরফ রাজ্যগী অরাংদা old branch of Barak River গী তোর্বান্দা তরফকী সীমানা (ভমথৈ) লেপ্লুনা লৈরিবা খুন্ অদুবু সীমেরগ্রাম নত্রগা সীমের গাঁও হায়না কৌই। তরফকী খা-নোংপোক কাচিন ওইদুনা বাংলাদেশতা ঐতিহাসিক ওইরবা খোয়াই (খুরাই) তুরেল চংশিল্লকই। কু হায়বগী অর্থদি চীংজাও, আই নত্রগা ইয়াগী অর্থদী ঈচেল হায়বনি। কু-আই নত্রগা কুয়াই থৈদরকপদা ক্ষেমাই নত্রগা খোয়াই কৌবা চীংদগী চেন্থরকপা ঈচেলনা তরফকী চুনারুঘাট, বাহুবল, হবিগঞ্জনা-চিংবা থানা ফাওদুনা চেল্লি। খোয়াই, করাঙ্গী, সুতাং শয্যনালী, কালিশিরি, যোজনাল অসিনচিংবা তুরেলশিং অমসুং তুরেলখোংশা কয়ানা থল্লবা মকম অসিদা মতম অমদা পৃথিবীগী য়ায়া নুংঙাইবা মকম ওইরম্মী। দিনারপুর চীংগী নোংপোক্তা লৈবা হাইল হাওর অমসুং নোংচুপ্তা ঘোড়িয়ারীজুরী হাওর লৈ। চীংগী অরাংথংবদা

চেল্লি গোপলা তুরেল। অরিবা রাজমালাদা ইরিবা "কোপলাই", গোপলা মীংদা মমিং চৎখি। গোপলা খোঙলোয় মতুংইন্না বিজনা, বালিখাল মীংথোন্দুনা অজমীরিগঞ্জগী মনাক্তা ভেড়া মোহনা তুরেলদা ঈতিনখি। ভেড়া মোহনা, সুরমা, কুশিয়ারান-চিংবা তুরেলশিং "কালনি" হায়বা মফমদা ঈতিন্নদুনা ভৈরব বাজারগী মনাক্তা মেঘনাগা ঈতিন্নখি। চহি লিশিং কয়াগী ট্রেদিশন অমসুং চাওখৎলবা কৌউ-শিংউ মফম অসিদা শিজিন্নদবা অমসুং লায়থোকপদগী য়াম্না ঈং-তপনা, চোকথরদুনা রঘুনন্দন অমসুং দিনারপুর চীংদা কোক থম্লগা তুমখ্রে। ঐখোয়না খঙবা ভন্মী, গোপলাগী তোর্ব্বান্দা দিনারপুরগী অসিগুম্বা মফম অসিদা মতম অমগী ত্রিপুরাগী নিংথৌ শাগৈ অহাৎ থোককখি। করম্বা মতমদগী হৌদুনা মফম অসিদা মীওইবনা খুন্দারকখিবগে হায়বদু ইতিহাসকী চেনাদা চমম্লনা লৈরি। তরফ অসি ব্রাহ্মণ-বড়িয়ার গী অরাংদা লৈবা সরাইল হায়বা মফমদগী অরাং-নোংপোক্তা কি: মি: ৬৪ ( মাইল ৪০ ) লাপনা লৈবা মফমনি।

★ হবিগঞ্জ পরিক্রমা — Edited by { ডা: মোহম্মদ অফজল / সৈয়দ মোস্তফা কামাল

## মাগধ রাজ্য অমসুং প্রতাপগড়

হটুনাথকী পাচালীগী মতুং ইন্না অঙ্গ লৈবাক্কী যুবরাজ ছত্র সিংহ ব্রহ্মচালগী যক্ত গী বার্ত্তোন ফংদুনা লাক্লম্মী। যক্ত অতুগী মতুংদা ত্রিপুর নিংথৌ ধর্ম্মধরনা হায়জবদগী ছত্রসিংহ কৈলাশগড়গী যজ্ঞসু য়াওরম্মী। মহাক্না মরৈবাক্তা হনখিবদা মাগী রাজ্য অদু য়েল্লবনা খুদুম চনখিরম্মী। মস্তৌ অদুদা তঙাইফদনা মহাক সিলেটতা হল্লরম্মী অমদি যক্ত তৌবা নিংথৌশিংদা মহাক লৈবাক অদুদা লৈজগে হায়না হায়জরম্মী। গৌড়গী নিংথৌ ধর্ম্মধরজ, ব্রহ্মচালগী নিংথৌ ব্রহ্মাজিৎ অমসুং ত্রিপুর নিংথৌ ধর্ম্মধরনা মোৎ

অমত্তা ওইনা ত্রিপুরা অমসুং গৌড়গী Union Place কী মকম খরা ছত্রসিংহদা দান তৌখি। মকমতু আদম আইল চৌংগী মনাক্তনি। মাগধী ছত্র সিংহনা পীরুবা রাজ্য অমা শেম্লতুনা "মগধ" মৌংথোনখি।

ছত্রসিংহনা লৈরম্বা চৌংগী মমিং ছত্রচূড়া নত্রগা ছাগচূড়া হায়না খঙনৈ। মহাক্কী মচানুপীগী মমিং কাঞ্চনমালা কৌরম্মী। মহাক্কী অহান্বা মচা নুপা নত্তবদগী নিংথৌনা কাঞ্চনমালাবু লুহোংবিতুনা মঙ্কাক নুপা ফংজখি। মহাক্কী অরোইবা পুন্সিদা মচানুপা অমা ফংজখি। মরম অসিনা মহাক্কা মহাক্কী রাজ্যবু মচানুপা অমদি মঙ্কাক নুপা অনীদা য়েনথোকখি।

গৌড় গোবিন্দনা পাম্বা মতমতুদা শাগৈ অতুগী কনকসিংহগী মমিং তাবা ফংই। কনকসিংহনা ত্রিপুর নিংথৌ রত্নমানিক্যগী মচানুপীবু লুহোংলম্মী। কনকসিংহগী মচানুপা প্রতাপসিংহ অমসুং জগৎসিংহনি অতুগা মচানুপীনা শান্তিপ্রিয়ানি। গৌড়গী নিংথৌ গোবর্ধনগী মচানুপা গরুড় ধ্বজগা শান্তিপ্রিয়াগা লুহোংখি।

সিলেটকী করিমগঞ্জগী খাদা ছত্রসিংহ, কাঞ্চনমালা, কনকসিংহ, প্রতাপ সিংহনা চিংবা রাজ্য লৈরম্মী। Region অসিদা লৈরিবা ছাত্রচূড়া, প্রতাপগড়, সোনাই কাঞ্চনপুরনাচিংবা মফমশিং অসিনা মগধ নিংথৌরেলবু নিংশিংহম্বদা মতেং পাংলি। Probably, শাগৈ অসিগী অরোইবা নিংথৌদি প্রতাপ সিংহ নত্রগা জগৎসিংহনি।

প্রতাপগড় ঃ "সোনাই কাঞ্চনপুর" অসি প্রতাপগড় রাজ্য ওইনা ফাওরকখি। প্রতাপগড়গী নোংপোক মায়গৈদা চরগোলাদা "জগৎসিংহ গড়" মৌংথোনবা লৈবাক্কী fort লৈ। মসিদা পাল্লম্বা নিংথৌ শাগৈন মুৎথরকপগা লোইনংলেইনন প্রতাপগড় শুরুবা উমং রামং ওনখি। মতমগী খোংলোয় মতুংইন্না region অসি ত্রিপুরা রাজ্যগী মন্নুংচনখি অমসুং পোড়া রাজা কৌবা Tributory Prince অমগী অধিকারদা লাকখি।

সুলতান বায়জিদ : মতম অতুদা ১৫ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরক্তা মির্জা মালিক কৌবা পাখঙ অমা লাইবক চাংয়েংবা ওইনা চরগোলাদা লাকখি। মহাক্না "পোড়া রাজা" গী মচানুপী উমাবতীবু লুহোংহনা প্রতাপগড়গী নিংথৌ ওইখি।

শাগৈ অসিগী ইরোই লোয়বা মীওইদি সুলতান বায়জিদনি। ত্রিপুরা নিংথৌ ধর্ম মানিক্যগী ধনমানিক্য অমসুং প্রতাপ মানিক্য কৌবা মচা অনী লৈরম্মী। ধন মানিক্যনা নিংথৌ খুডম মুনশ্রবদা মচিনমনাও অনী য়েংখিনবা হেনগংলকখি। প্রতাপ মানিক্যনা মহাক্কী শক্তি হেনগৎনবগী বাখলদা মচানুপী রত্নাবতীবু সুলতান বায়জিদকা লুহোংবিখি। প্রতাপ মানিক্য ১৪৯০ দা হাৎখি। সুলতান বায়জিদনা প্রতাপগড় improvement তৌখি। বায়জিদকী মচানুপা অহল মেরামত খাঁ বীর ওইরম্মী। প্রতাপগড়না শক্তি হেনগৎলক্লবদা কাছাড় নিংথৌনা চিংনরকখি অমসুং প্রতাপগড় আক্রমন তৌখি অদুবু কাছাড় নিংথৌ মায়থোখি। মেরামত খাঁগী মপুনুপা আফতার খাঁগী মতমদা কাছাড় নিংথৌ তুলসীধ্বজনা অমুক হন্না প্রতাপগড় আক্রমন তৌখি। লান্দা তুলসীধ্বজ শিখিরম্মী অদুবু মাগী লোয়নবী রানী কমলা দেবীনা লান অহু শোক্লখি। আফতাব খাঁসু শিরম্মী কাছাড়ী সিপাইশিংনা প্রতাপগড় দখল তৌখি।

প্রতাপগড়গী নিংথৌ শাগৈ ( মথং-মনাও নাইনা পীজরি )

মির্জা মালিক মুহম্মদ তুরানী

মির্জা মালিক মুহম্মদ সানি ( মালি কামাল উদ্দিন )

মির্জা মালিক মুহম্মদ মজকুর ( মালিক প্রতাপ )

রাজা মেরামত খাঁ

জমসের খাঁ

আফতাব খাঁ

1। সিলেটের মাটী, সিলেটের মানুষ — অইবা — ফজলুর রহমান

2। "রাদ দাষ্ট কুর্সি নামা" — অইবা — খান্নু মিয়া চৌধুরী

3। "রাদ দাষ্ট কুর্সি নামা" — অইবা — রিফায়তুল্লাহ

# ৱাহৈ খরা

মুঃ খৈরুদ্দিন শাহ (খুল্লাকপম) না ইবা "টর্কো অঙকগামগী চাদ নাউদা" হায়বা লাইরিক অসি পাবে। মণিপুরদা মতম কুইন্দগী মচৈবাক মবমদমক ওইনা লৈরক্লবা মীতৈ পাঙালগী হৌরকফম অমদি ঙসিগী যুগ অসিফাওবদা চৎথরক্লিবা পারী পুরিগী ৱারী অমা থিজনা পুথোক্লবা অইবনা লাকনবি। হকথেংননা উহৌ-খঙহৌবা, অখঙবশিংদগী খুদম পীজনা চেংনা থাজরবা পরীং অমা শেমগৎনবা লাক্লরি। মতম চংনা থোনা কৈনা হোংনরিবা অইবগী মওং অসি খাগৎহনিংঙাইনি।

মুঃ খৈরুদ্দিন শাহনা লানথোক্লিবা পরীং অসি কদায় ফাওবা ময়ামগী ওইনা লৌশিনবা যারবা লোয়নমা কয়া য়াম্না লাইথায় তাবা যাববা হায়বতুদি ইতিহাস খুৎসুবশিংগী নৈন পরৈদা লৈরে। অতুগা নৈনবগী মচল পুথোক্লিবসিদি খিংকী নত্তে হায়না লৌখিব থোকই। হৌখফম থিজনা খঙদোকপা কৈ। ইশাগী লাং খঙবা অমদি খঙহনবা যাম্মক মরু ওইবা লীচৎ অমনি। লীচৎ অসোমদা পুক্নীং চংলকপা অইববু তরাম্না ওকফম থোকই। তুংগী লম্বেন্দম্নু তাইবঙ মপুনা থোনা পীবিবা ওইসনু।

-

কাঞ্চীপুর

২৫/২/৯৪ ইং

ডাঃ এলাংবম দীনমণি সিংহ
প্রোফেসার অমসুং হেড,
মণিপুরী দিপার্টমেন্ট,
মণিপুর য়ুনিভরসিটি।

# হীরম লমায়

---

# ভারত্তা মুসলমানশিং লাকপা

তরাশুবা শতাব্দীদা আরব সম্রাজ্য মরায় চায়থরকখি, নোংপোক থংবা আরব সম্রাজাগী শরুক মচেং তাদুনা টুর্কীশিংনা শক্তি পায়বা হৌরকখি। খৃঃ ৯৩৩ দা টুর্কী মীনাই আলপ্তীগীন,না অফগানিস্থানদা মনিংতম্বা গজনী লৈবাক শেমগৎখী। মহাক্না শিরবা মতুংদা মহাক্কী মীনাই ওইরম্বা সবুক্তগীননা খৃঃ ৯৭৭ তা গজনীগী মপু ওইখি। মতম অদুগী গজনী লৈবাক্কী ভমথৈ পেশাবর ফাওবা শন্দোরকখি। সুলতান মামুদ (মহমুদ) (খৃঃ ৯৯৮-১০৩০) সবুক্তগীননা শিরবা মতুংদা মহাক্কী মচানুপা মাহমুদনা গজনীগী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্না ভারত্তা ১৭ রক লান্দারকখি। খৃঃ ১০০১ দা মহাক্না ভাতিন্দগী নিংথৌ জয়পালবু মায়থোবা পীখি। খৃঃ ১০০৮ দা জয়পালগী মচানুপা আনন্দ পালবুসু মহমুদনা মায়থোবা পীরম্মী। খৃঃ ১০১০ দা মহমুদনা মুলতান জয় তৌদুনা লৌশিনখি। মহাক্না মথং মথং নগরকোট (১০০৯), থানেশ্বর (১০১৪), মথুরা (১০১৮), কনৌজ (১০১৮), গ্বালিয়র অমসুং কালিনজর (১০২১-২২) অমসুং গুজরাটকী সোমনাথ (১০২৫) লান্দারকখি। অসুম তৌদুনা ময়াই থংবা এশিয়া জয় তৌনবা থৌরাং তৌরম্মী। ময়াই থংবা এশিয়াদা অচৌবা গজনীগী সম্রাজ্য অমা শেমগৎনবগী বাথল অদুনা মাওজিন থাদুনা মহাক্না ভারত্তা লান্দারকখিবনি। খৃঃ ১০৩০ সুলতান মহমুদ তাইবং পাম্ববু থাদোক্লম্লগা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহমুদ মশামক লান্দা পৌনা কবতা নত্তনা কলাবিদ্যা অমসুং সংস্কৃতিবু পুক্নিং চংনা য়োকথংপা পাম্বা নিংথৌ অমা ওইরম্মী। মহাক্না ফজরবা ফুরা দলাল কয়া শাদুনা

গজনী সহরগী মতিক মগুন হেনগৎহনখি। মহাক্না গজনীদা বিশ্ববিদ্যালয় অমসুং অচৌবা লাইব্রেরি পাকম শঙ লিংখৎলম্মী। মহাক্কী কোশুংদা অফাওবা কবি অমসুং পণ্ডিত কয়া লৈরম্মী। ফিরদৌশি অমসুং অল-বিরুনীনা পুম্নমক্কী অথোইবা ওইরম্মী। ফিরদৌশিনা সুলতান মহমুদপু থাগৎতুনা "শাহনামা" কৌবা শৈরেং বারী (কাব্য) অমা ইরম্মী। অল-বিরুনীনা ভারতকী মরমদা লাইব্রেরি অমা ইরম্মী। সুলতান মহমুদ মশামক অচুম্বা চৎপ অচুম্বা লৈঙাকলোন পাম্বা অমসুং য়োকখৎপা নিংথৌ অমা ওইরম্মী। মশামক্না লৈবাক বায়েল্লম্মী।

মুহম্মদ ঘোরী :— ঘোর লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা অহানবদা গজনী লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী মখা পোল্লম্মী। খৃ: ১১৭৩দা ঘোরগী সুলতান গিয়াসুদ্দিননা গজনী লৈবাক জয় তৌদুনা লৌশিনখি। ঘোরগী নিংথৌনা মহাক্কী মনাওনুপা মুইজুউদ্দিনবু গজনীগী রাজপ্রমুখ হাপ্লম্মী। মুইজুউদ্দিনবু মুহম্মদ ঘোরী হায়না খঙনরম্মী। মহাক্না খৃ: ১১৭৫ দা মুলতান অমসুং উছ খুদম চনখি। পেশাবর অমসু লাহোরসু জয় তৌদুনা লৌশিনখি। অসুম্না পঞ্জাব অপুন্না মহাক্কী মখুৎতা তাখি। পঞ্জাব লৌশিনখিবা অসিনা অরাং ভারত অপুন্বা মুহম্মদনা জয় তৌবদা, মহাক্না ভারত্তা মুসলমানশিংগী অচৌবা সম্রাজ্য অমা লিংখৎনিংবগী অচেৎপা বাখল লৈরম্মী। খৃ: ১১৯১ দা থানেশ্বর (র্কনাল)গী মনাক্তা শোক্লখিবা টেরাইনগী লানফমদা দিল্লি অমসুং অজমীরদা পাল্লম্বা চৌহানগী নিংথৌ পৃথিবীরাজনা মুহম্মদপু মায়থিবা পীখি। অতুবু অনিশুবা টেরাইনগী লানফমদা (খৃ: ১১৯২) পৃথিবীরাজ মুহম্মদকী মখুৎতা মায়খিখি। অনিশুবা টেরাইনগী লান্দা মায়পাকপা অসিদগী মুহম্মদকী পুক্নীং থৌগৎখি। লান অদুনা, মহাক্না ভারত্তা মথং মথং লান্দারকপগী অহাম্বা থোংজং ওইখি। ভারত্তা মুসলমানশিংগী লৈবাক অমা লিংখৎনবগী য়ুম্ফম শেমখিরম্মী। মুহম্মদনা অজমীরসু খুদুম চল্লম্মী। মথংদা মহাক্না কনৌজ নিংথৌ জয়চন্দ্রবু চান্দবার (ইটবা)গী লানফম (খৃ:১১৯৪) দা মায়থীবা পীরম্মী। মুহম্মদকী

সেনাপতি কুতুবুদ্দিননা দিল্লী, মিরট, রণথম্বর কোল কালিনজর অমসুং অল-হিন্দবারা জয় তৌরম্মী। মুহম্মদকী অতোপ্পা সেনাপতি বখতিয়ার খিলজীনা বিহার অমসুং বঙ্গদেশ জয় তৌতুনা লৌশিনখি। অসুম্না অরাং ভারত অসি মুহম্মদ ঘোরীগী মখাদা পুরকখি। মুহম্মদ ঘোরীনা লৌশিনবা ভারতকী লমশিংদুগী রাজপ্রমুখ ওইনা কুতুবুদ্দিনবু হাপ্লম্মী। খৃঃ ১২০৬ তা পঞ্জাবকী খোখারশিংনা মুহম্মদপু হাংখিরমই। মহাক্না শিরবা মতুংদা মহাক্কী মখাদা লৈরম্বা অরাং ভারতকী লমশিং অদুগী অশুপ্পা মপু কুতুবুদ্দিননা ওইখি। কুতুবুদ্দিননা মীনাই শাগৈ লিংখৎতুনা দিল্লিগী অহাম্বা সুলতান ওইখি। ভারত্তা অহাম্বা মুসলমানশিংগী শক্তি লিংখৎখিবা হায়বদি অহাম্বা সুলতান ওইখিবসি কুতুবুদ্দিননি। মহাক্না ভারত্তা শেমগৎ-শাগৎলম্বা মুসলমানশিংগী শক্তি অদুনা নোংপোক-লোমদা খ্বাইদগী চাওবা সম্রাজ্য অমা ওইরকখি।

বখতিয়ার খিলজী (টর্কী জাতি) না বিহার জয় তৌরবা মতুং মথং মথং খৃঃ ১২০৪ দা বঙ্গদেশ জয় তৌখি। খৃঃ ১২৭৯ দা বঙ্গ-দেশকী গর্ভনর টুগরিলনা লাল হৌরক্লবদা দিল্লিগী সুলতান গিয়া-সুদ্দিন বলবন্না লালহৌবদু নমথখি। মহাক্কী মচানুপা বোঘরা খানবু বঙ্গদেশকী নীংতম্বা গর্ভনর হাপ্লম্মী। বোঘরা খান্না নাছিরুদ্দিন মিং-থোল লৌরগা (খৃঃ ১২৮২-১৩২৪) বঙ্গদেশকী নিংতম্বা সুলতান ওইখি। মতম অসিদা টুর্কী হায়বদি তুরানিশিং খৃঃ ১২৮৪ দা বঙ্গদেশতা য়ৌরকখি। টুর্কী তুরানিশিং লাক্লবা মতুং চহি তরুক (৬) লৈরগা খৃঃ ১২৯০ দা য়েমনদগী শাহজালালগী কাওবু অমা বঙ্গদেশ য়ৌরকখি[1] টুর্কীশিংনা বঙ্গদেশ লৌশিনবদা বাবাজী শাহজালাল

১। 'ইসলাম জ্যোতি হযরত (হজরত) শাহ জলাল' By :- চৌধুরী গোলাম আকবর- সাহিত্য ভুষণ Page 43 অমসুং 'ময়াই থংবা যুগকী ভারত ইতিহাস' By :- এল, বোধরঞ্জন সিংহ Page 23 অমসুং "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নাম." By :- খামু মিয়া চৌধুরী সিলেটী

পীর সাহেবকী অচৌবা শক্তক অমগী থোদাংনা মায় পাকপা ওয়খিবনি। মাবাজী পীর সাহেব শাহ্ জালালুদ্দিন স্বর্গ মুরিদ ৩৬০ অমসু লোয়নরকখি। টুর্কী জাতিনা চংলক্লগা বঙ্গদেশতা অহানবা হেক্তা লান তৌরমদে। লানগী লানওং য়েংতুনা লৈরম্মী। লানওং য়েংলিঙৈ বুরহানউদ্দিন কৌবা মুপা অমনা মচাগী 'অকিকা' শা অমা কংখি (জীবা তৌখি)। জীবা তৌখিবা শা অদু চাবিনব মুসলমান মশাং য়াম্না ৱাংলম্মী। মতম অদুদা গৌড়গোবিন্দগী এলাকাদা মুসলমানগী য়ুম ১৩ খক্তা ডায়রম্মী। মখোয়না শা অদু চাবদগী অকিকাগী অরেম্বা শা মচেং অমা উচেক্না পুখিরম্মী। পুখ্রিবা শা মতুম অদু গৌড়গোবিন্দগী কোন্নুংদা তাহৌরম্মী। শা মতুম অদু উরবদা শা লেনবা, জীবা তৌবা মুসলমান কনা লৈবনো হায়না খিরকপদা বুরহানউদ্দিনবু ফংখি। মতুনা মরম ওইদুনা গৌড়গোবিন্দনা মহাকপু দণ্ড পীখিবনি। দণ্ড ফংলবা বুরহানুদ্দিননা তাঞ্জ। অসিদা পীর সাহেব শাহ্জালাল অমদি মুরিদ ৩৬০ গী মতেং লৌখি। অসুম তৌনা লাম্হেংনরকপদগী ইংশোক ১২০২ দগী ১৩১৮ ফাওবগী মতম খরা অসিগী মনুংদা বাংলা লৈবাক সিলেট অমসুং ত্রিপুরা য়াওনা মুসলমানশিংনা লৌশিনখি। মির্জা খাকান টুরানীগী মচানুপা মির্জা মালিক মুহম্মদ টুরানীনা ত্রিপুরাগী পুরারাজাগী মচানুপী উমাবতিবু তালোয় ওইনা লৌরগা মচা মঙা পোকখি। মখোয়দুদি- (১) মির্জা মালিক মুহম্মদ সানি (২) মির্জা মালিক মুহম্মদ মজকুর (৩) মির্জা মালিক মুহম্মদ জুনেদ (৪) মির্জা মালিক মুহম্মদ কৌরিফ (৫) মির্জা মালিক মুহম্মদ কুলগুম নি।[2]

মির্জা মালিক মুহম্মদ টুরানীগী মচা মুহম্মদ সানি তরক লৈবাক্তী মনুংচম্বা প্রতাবগড়গী ইলহাইল কৌবা মফমদা কোন্নুং ওইদুনা পাল্লম্মী। মহাক্না পাল্লম্বা দেশ অদুগী পাকচাওবা ওয়খৈদি তরাংদা অমোসী নোংচুপ্তা সুরখাই (ঢাকা দক্ষিণ), নোংপোক্তা বদরপুর, খাদা কাটশিল

২। "য়াদ দাস্ত কুর্সি নামা" By :- খামু মিয়া চৌধুরী সিলেটী।

(লুসাই চীং ফাওবা) অসিনি। ইলহাইলদা হৌজিক ফাওবা লৈরিবা 'মুণ্ডোমালা' পুথি মতমতুগী কোনুংগী ফজবা নিংথিজবগী লমদা চাওনা শরুক য়াথিবা অমসুং সনাগী মথক্তা তম্ফা খীবগুম নিংথিজবদা শিংথানিঙাই ওইরবা অমনি। পুথি অতু মুহম্মদ সানিনা কনথোবা অম দ হৈশিংবা নবাব অমা ওইনা পাল্লগ্রদগী 'মুণ্ডোমালা পুথি' অসি পুথোকখিবনি। 'মুণ্ডোমালা পুথি' কৌখিবদি য়ুমসোন্নবা দেশকী য়েক্কবশিংনা নবাব মুহম্মদ সানিবু মায়থীবা পীগে হায়নুগে হায়না অকনবা মীওই চামথক লাক্লম্মী। মফম মতমগা লাক্লিবা মীয়ামগা ভাবনা লানবুং অমা শারগা য়েংবদা খরা চরক-চহীং নাইবগী মতৌ থোক্কদোরে হায়বা খংলতুনা পাইরক্কী লৌশিং অমনা লাল্লোং অমা শেম্মে। নবাবকী বজিরবু লাক্লিবা য়েক্কবা ময়ামদা লাও-থোকহল্লে 'নবাব সাহেব কন্না নাতুনা লৈরে ময়াম করিগীদমক্তা লেঙবিরকপনো; ভসিদি হৃৰীরো অনাবসি কন্না নারবনিনা নথোয় ররী শানবা য়াররোই' য়েক্কবা ময়াম্মা তায়বকই, 'নবাব কন্না নারবনিনা ঐখোয় ররী শাররোই, অমুক্তা মশক উন্নরম্লগা চীংচৈনা হুল্লগে।' য়েক্কবা ময়াম্মা হায়রিবতু নবাবনা য়ারে অমসুং থাজিল্লকবা য়াথং পীরক্লে। থোরাং পুন্নমক হান্নমা লোয়রতুনা লৈরবনিনা নবাবনা করিসু নাচুংদে। বজিরনা ময়ামদা এলান অমা তৌখি (লাওথোকখি)। অনাবসি কন্না নারবনিনা নথোয় লেংবিরক্লিবা ময়াম লাংবিদনা মী অমমমতা মমাঙ থোঙজাওদগী চংবীরগা উনবীয়ু অমসুং নবাবপু উন্নরম্লগা মনীং থোঙজাওরোমদা ভপ্পা থোকপীয়ু। বজিরগী এলানগী মতুংইন্না য়েক্কবা ময়াম অতু অমমতা ওইনা মমাঙ থোঙজাওদগী চংলকপা হৌরে। মতম অতুদা মমুংগী অনিশুবা থোঙদা নবাবকী জল্লাদ (মীহাৎপা মী) উধাবান কৌবা নুপা অমনা থাংশাং অমা পায়রগা লুমতুনা লৈরম্মী। অমমমতা চংশিললক্লিবা য়েক্কবশিংতু অনিশুবা থোঙ লানশিল্লকপগা জল্লাদ মীহাৎপনা থাংশাংনা ককতুনা হাৎলম্মী। অসুম্না হাৎখিবসি মী ৯৯ শুপ্রে।

শরিবা মীওই ৯৯ শুদ্ধ হায়বা নবাবতা খণ্ডহল্লবদা অমস্তা ভায়রবা য়েক্লবা অহু নবাবকী হুকুম্নি থাদোকখো হায়রকখি। বাকম অহু হজিরনা লাওথোক্লবদা ১০০ শুবা য়েক্লবা অহু মফমহুদগী নাম্থোক্‌না চেনখ্রে। শিহৌরিবা মীওই ৯৯ গী মকোক্‌না কক্লগা কোয়না থম্বদা পাক চাওনা কল্লিবা মীকোক ৯৯ গী অকোয়বগী এলাকা (মফম) অহু পুখ্রি অমা তৌখি। মহুগী পুখ্রি অহু মুগোমালা পুখ্রি কৌখি।[3] মুহম্মদ সানিনা নবাব ওইবা মতম অহু দিল্লিদতা নত্তনা ভারতকী মফম অয়াম্বদম্ত মুগোলশিংনা পাম্বা মতমনি। মরম অহুদগী ময়াম্না মুহম্মদ সানিবু মুগোলনি হায়না লৌনৈ। তশেংবদি মুহম্মদ সানি মুগোল নত্তে; টর্কী জাতিনি। সুলতান বায়জিদ অমদি মুহম্মদ সানি মবাম্লিমক মতম অমদতা পানমিম্নখি। সিলেটকী চীফ ওইনা পাল্লম্বা বায়জিদতি মুগোলনি। অম্মুম্না মবানি টর্কী অমদি মুগোলনি হায়বা মশা থায়না খণ্ডবীগদবদি রিফরেন্স ওইবা ইতিহাস "The Rise of the Muhammadan Power in India" By:- Mohd. Kasim Farishta হায়রিবা লাইব্রিক অসি পাবিরগা খঙগনি। ইতিহাস অসিদা মচা থায়না তাকপীরি। অতোপ্পা রিফ-রেন্স ওইবা লাইব্রিক অমনা 'য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা' By : রিফা-য়ত্তুল্লাহনি। অহুবু রিফরেন্স লাইব্রিক খরা-নোংশামৈ পুয়া, চৈথারোল কুম্বাবনচিংবদদি মুগোলনি হায়না পীরি।

অম্মুম্না তৌত্তুনা মপাল নৈবাকশিংদগী মতম মতমগী ওইবা য়াওলদা মুসলমানশিং চংলকখি। চংলকখিবা মুসলমানশিং অহুদি— আরব.স. টর্কী, মুগোল, পার্শিয়ান অমসুং অকগানিশিংনি।[4]

---

3। 'য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা' By :- খামু মিয়া চৌধুরী সিলেটী

4। 'A History of India' Vol. I By: Romila Thaper, Page 266 & 267.

# মুসলমানশিং মণিপুরদা লাকপা

খৃঃ ১৫৬২ দা মৈদিংঙু মুংয়াম্বানা মনিপুরগী নিংথৌ ওইখি। মতম অতুদা সিলেটতগী মুসলমান মীওই অহুম লাকখি। মখোয় অহুমগী মমিংদি—আশিক শাহ, রুবা শৈখ অমদি কটুব্রান খান কৌই। মুংয়াম্বা নিংথৌগী মচানুপা অহন মৈদিংঙু খাগেম্বনা খৃঃ ১৫৯৭ তা মণিপুরগী নিংথৌ ওইথি। খাগেম্বা মতমদা মণিপুর চাকঃহাং-ঙাহোংবা, লৈবাক ৱায়েল থৌদা তৌবদা শাসন চুম্মা তৌবা অমসুং চাওখৎপা লৈবাক অমা ওইরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বনা পাম্বা মতমদা হিয়াং তান্নবা কুম্মৈ হৈটে লেবেলদা পুথোকপা হৌখি অমসুং চহি খুদিংগী হিয়াং তান্নবা পাংথোকপা হৌখি। চহিগী হিয়াং তান্নবা মেরা কুমজনবা মতম য়োৎরক্লে। হিয়াং তান্নবগী হি চীংশোম্বা খুরাই লাকপগী লৈরমদে, মনাও শানোংবগী হিচু ৱাইরগা হিয়াং হিদেন্দা হিদান্নবা য়াওখি। হিদান্নবদা চীংশোম্বগী অৱাই হি অচু থেংগাইনড়ুনা কায়রে। অৱাইবা হিচুগী মচুৎ শিংনবা মনাও ইবুংঙো শানোংবদা ৱা ঙাংনখি। মনাও ইবুংঙো শানোংবনা ময়ামবুংগী ৱাকম অচু য়ানিংখিদে। হায়নগ্রিবা ৱাকমদি অকায়বা হিবু ফোৎলগা খেনাচিংবা তৈরগা শিংলগে নত্রগা অহনবা হি অমা লৈরগা মচুৎ পীগে নত্রগা মমল ওইনা হি অচুগী মতিক চাবা পীগে হায়বনি। শানোংবনা খুমকখি-"ঐগী হি অচুতা পীবীয়ু নত্রবদি ঐ য়াজদে"। অস্মুন্না নীংঙাই শংদানরকপদগী ময়ামবুং নিংথৌ খাগেম্বগী মনাক য়ৌনরে। মৈদিংঙু খাগেম্বনা ৱায়েৎদসু অচুক তেমশিনবা য়ানদ্রে।

থৌদো অদুদা মৈদিংঙু খাগেম্বস্থু য়াম্না শাঙরে। তৌকম থোকপা থবক তৌবদা য়ারক্কবা হায়বসি লৈবাক সমাজ অমগী য়েক্কবা মীশক অমনি। অদুগুম্বা মরাল লৈরবা মীওইবু মীতৈ নিংথৌ অমা ওইনা পীক্ম থোকপা মতিক চাবা চৈরাক পীদ্রবদি তাইবঙ শেম্বা মপুনা অচুম্বা চৎতবা নিংথৌ অমনি হায়দুনা দণ্ডী পীরকপা য়াই খন্দুনা হায়রকখি- "ইনাও ইবুঙো শানৌতোন, নংদি হায়রু খুদিংমক অমত্তা য়ানিংবগী ৱাকম লৈতে। নংনা থাঙ্গৎলিবা ৱাকম অদুদি তাইবং শেম্বা মপু নত্তনা কনা অমনা থুংহনবা ঙমবা থবক নত্রে। অদুগুম্বা ওইথোক্লরোইদৌবা ৱাকমবু চেৎনা খোন্দুনা লৈরবদি ঐ নিংথৌনি খঙদ্রা? নিংথৌ ঐনা য়াদ্রবদি ঐগী লৈবাক অসিগী মনুংদা লৈহন্দবা ঙম্মী কাওরব্রা? নয়ামবুং চীংশোম্বনা হায়রিবা ৱাকমশিংদু নবুকা নখোলগা তান্নরগা অদুক য়াশিন্নৌ নত্রবদি নহাক মনিপুরদা লৈবা য়ারোই" হায়রগী য়াথং পীখি। শানোংবগী মমা ইবেম্মা চাং পোম্বীগী ফত্ত-থৌইনশিন্দগী নহান্দগীস্থু নিংঙাই শংদান্নরকপনি ঙসিস্থু য়াশিন্নরকপগী মহুত্তা অহোইনদুম মনাই অচাম্বশিংগা ৱা তান্নখি। কাছাড়গী ডিমাসা প্রতাফিলদা মতেং পাংবিনবা হায়জবা তাখি। নিংথৌ প্রতাফিলনা মীতৈ নিংথৌ খাগেম্বগী মথক্তা লান্দাদুনা মায়থীবা পীবিয়ু, মায়থীবা পীরবা মতুংদা শানোংববু নিংথৌ হাপ্পীয়ু হায়জখি। অইবা চিঠী অমগা লোয়ননা শানোংবা কাছাড় লৈবাক পাংথ্রে। কছাড় য়ৌরদুনা ৱারম খুদিং মতোন লোম্না ঙাংনখ্রে। নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলনস্থু য়াবিরে। খাগেম্বগী মথক্তা লান্দাবা চৎনবা অরেপ্পা ৱাকম থমখ্রে। কাছাড় নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলনা অথঙবা অমা লৈবদগী মণিপুর মীতৈ নিংথৌবু মায়থীবা পীবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে খন্দুনা মথৌনা ফবা পাশা মুসলমানশিং সিলেটতগী মতেং নিরকউবা দরকার ওইরম্মী। সিলেটকী নবাব মকোক নাজিরীদা হায়জরুই। মুহম্মদ নাজিরীনা য়াবিরক্লদুনা মণিপুরদা মৈদিংঙু খাগেম্ববু মায়থীবা পীবা চৎপদা কাছাড় ময়াং লৈবাক্তা

তায়নবা নৱাব নাজিরীগী মনাওশিং থোক্পা মুহম্মদ সানিবু সিপাই ১০০৭ কা লোয়ননা ডিমাশা প্রতাফিলগী মতেং পাংনবা থারকখি। মুহম্মদ সানি অমসুং খোঙমী-লাম্মী পুম্নমক ডিমাশা প্রতাফিলগী কোনুং উধারবন্দ য়ৌরক্লে। কাছাড় নিংথৌ ডিমাশা প্রতাফিলগী কোনুংদগী অমুক মণিপুরগীদমক খোঙশান্নবা শেম শারে। নিংথৌ প্রতাফিলগী সেনাপতি মকোক ভীমবল অমসুং য়ুথারেক লমজিংহনগদবা অনীমকসু থুংলরে। নৱাব মুহম্মদ সানিগী পীক্রিবা মপারী নাজরা অমসুং মনাও অতোনবা শাহ কুলসুম কৌবগা মবানিবু অঙাং ওইরিবা মরমনা চৎপদা ব'গনি খন্দুনা কোনুং অসিদা লৈহৌও, হয়েং ঐনা মণিপুর জয় তৌরগা নপান্‌চা অনিমক লাকউ হায়না পাউতাক্রবদা অঙাংশিংদু লৈহৌরে অমসুং খোঙমী-লান্মী ময়াম অদু ভীমবল অমদি য়ুথারেক অনিনা লমজিংলগা মণিপুরগীদমক কাছাড় থাদোক্লম্নে।

লানজিংলেন মুহম্মদ সানি মতুং ইল্লকপা সিপাই ১০০৭ বিষ্ণুপুর য়ৌরক্লে। মতম অদুদা মীতৈ সিপাইশিং অংকপা ফংনা মায়কৈ ঙাক্লম্মী। মুসলমান সিপাইশিং য়ৌশিনখ্রে লোয়ননা হকনবা লান শোক্লখ্রে। লান অদু মুসলমানশিংনা মায় পাক্লে। মায় পাক্রবা লান লোয়রবদা পাশা সিপাইশিংনা হায়রকই— "লান ঐখোয়না ঙম্লে অদুনা লোইপোৎ পীয়ু। লোইপোৎকা কোম্না ঐখোয় চৎথগে। মীতৈনা হংলকই- "লোয়পোৎ করি ওইনা পীজোগে অপাম্বদু তাকপীয়ু।" পাসাশিংনা হায়রকই, "লোয়পোৎতি সনা ওইনা পীয়ু।" "সনা ওইনা পীয়ু হায়রবদি মতম থরা ঙাইবীয়ু ঐখোয়গী সনা লৈজদে অকক্রবা মতম অমদা পীজগে" পাউথুমখি। ৱাফম অদু য়াশিন্নবা অমদা লোইপোৎ ওইনা সনা ঙাইবা তাখি। লোয়ননা সনা পুরগা ময়ুম লৈবাক হনখিনবা ঙাইরম্মী। অমুম্না সনা ঙাইরিঙৈ মতম অদুদা মুসলমানশিং য়াম্না চম্না ফ্রি ওইনা মখোয়গী ধর্ম্মগী লাইনীংলাইশোন তৌদুনা লৈরম্মী। নোংমদি মৈদিংঙুগী সেনাপতি মকোক

ধনঞ্জয় কৌবা মুপা অমনা শগোল অমা তোংলগা মুসলমান তেঙ্গোল তম্না ফুজিল্লক্কুনা চাইনীং লাইশোন তৌরিবা পাসা মুসলমান সিপাই অমবু উমাইবীনা লৈমায়থক্তগী য়েন্নাও চেনখিবগুম চিংদুনা পুখিরম্মী। পুখ্রিবা সিপাই অদু মৈদিংগুগী লৈমদা চঙনা কৎলুরে। সিপাই ময়ামবু চঙনা ফাবা ঙম্বা ওইসনু হায়বগী থাজনবী অমদা কারক্লিবা কামরান শেখ সিপাইবু মমিং লান্নী য়াম্বা থোনখি।[5] নবাব মুহম্মদ সানিনা পাসা সিপাই অমা ফাখিবগী মরমদা শাওনা হংখিরম্মী। মতুংগী মরম চপচাবা ফংখিদে। লোয়ননা পাসাশিংনা হায়খি— "পোইরৈচাশিংনা লোইপোৎ পীরগে ঙাইহিবিয়ু" হায়বগী য়ানবা অমদা ঙাইখিবনি। লোইপোৎ ঙাইরিঙেদা সিপাই ফাফম থোক্লে। সিপাই অদু থাদোকউ। লোইপোৎশু হায়নখিবা সনা অদু পীরো হায়খি। পোইরৈচানা খুমখি— নখোয়দা লোইপোৎ পীগে হায়জিনবনি। নখোয়সি ঐখোয়গী য়েক্লবনি, করিসু ইরাল লৈতবা ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দারকপগী। ইরাল লৈতবদা লান্দারকপা নখোয়দুদি লোইপোৎ পীগে হায়না থমলগা খুদোংচাবা লৌবা তঙাইফদবনি হায়খি। বাহৈ-শিংদু তাবদা মুসলমানশিং য়াম্না হৈনদবা অমা ফাওখি। লোয়ননা লান্দানবা শেম-শারম্মী। পোইরৈচাশিংনা পাসা মুসলমানশিংবু মণি-পুরদা লৈমিন্ননিংবদগী মখোয়না শাওরিবদু থেমলদুনা হায়জখি। পোইরৈচাশিংগী অদুগুম্বা প্রেমদগীগী হায়জবা বাহৈবু হেন্দোকপা ঙমদ্রদুনা মণিপুরদা লৈমিন্নখি।[6]

মণিপুরদা লৈরিবা মুসলমানশিংসি মুগোল, টুর্কী, পার্সিয়ান, আরব,স অমসুং অফগানিশিংনি। অদুবু মখোয়গী মচা-মশুশিং অসিসু অপুনবা মীং অমা শেম্লগা মখোয়গী মচা-মশুশিংনি হায়না লৌনৈ। মমিং অদুদি "টর্কো অফগানগী চাদ নাউদা"।[7]

---

5। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" By :- রিফায়তুল্লাহ
6। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" By :- রিফায়তুল্লাহ, Page 21&22
7। "A History of India" By: Romila Thaper, Page 266 & 267.

# মণিপুরদা মুসলমানশিং খুন্দাবা মফমশিং

বিষ্ণুপুর (তৌবুল)গী লানফমদা শোক্লখিবা লান লোয়শিনখ্রে। নবাব মুহম্মদ সানি অমসুং মৈদিংঙু খাগেম্বা অনিমক য়ানবা পুরকখ্রে। মণিপুরদগী পাসা মুসলমান সিপাইশিং মরৈবাক্তা হন্দনবা য়ারী শানখ্রে। লোয়ননা খৃ:১৬০৬ কী ইঙা থাগী ১৭ নি পাম্বা ইরাই নুমিত্তুগী খুন্দা লৈতাবা হৌখি। মখোয়শিংবু অহাম্বদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহগী মতম ফাওবদা মৈদিংঙু শিংগী য়াথং ফংদুনা লৈখিবা পাম্বা য়াবা মফমশিংদি :-(১) মোইরাংখোম (২) শিংজমৈ (৩) বামোন লৈকাই (৪) লাংথাবাল কৈবুং (৫) মাকলং (৬) লমশাং তাওথোং (৭) পাংশোই (৮) পাঙলতাবী (৯) খোংজোম ভাখিয়াম লৱাই (১০) য়াংজিং ভুরেল য়াংমা (১১) হেরোক (১৩) মালোম (১৪) চঙমদবী কংলা উকোক (১৫) ফুন্দ্রে (১৬) বিষ্ণুপুর মনীং খৌবুম চৌংজিন (১৭) মালোম খোময়াল (১৮) কৈনৌ (১৯) মোইরাং তাওথোং (২০) য়াইরিপোক নিংথৌনাই (২১) ক্যামগৈ লৈশাংথোং (২২) উচিবা (২৩) শুগ্নু (২৪) কাজিপাৎ (২৫) সোলাই (সাপম সোলাই) (২৬) নোংজাই (২৭) কমেং (২৮) হৈতাং (২৯) কাইরং খুমীদোক হৈনৌ খোংনেম্বী (৩০) মপাল ইথোল (৩১) শেবী কান্দোং (৩২) মাইবম লোকপা (৩৩) য়াংবন (৩২) শিংজমৈ চিংভাগী অৱাং (৩৫) বামোন কম্পু (৩৬) ময়াং ইম্ফাল (৩৭) কোন্থা অসিনচিংবনি।

মফমশিং অসিদা মতম অমদতা চপ মাম্না লৈখিবা নত্তে।

অহান অকোন নায়না থৌভম থৌভমগী ওইনা লৈখিবনি। মফমশিং পীরিবা অসিদা ইকোন-কোন্না লৈখিবা মফমদি কাজি পাৎনি। কাজি পাৎতা তাখিবগী মতমদি গম্ভীর সিংহগী মতমদনি।

অহাম্বা য়ুম্ফম ওইখিবা মফমশিংগী মনুংদগী হৌজিক পাঙল তাড়্না লৈরিবা মফমশিংদি :— (১) য়াইরিপোক নিংথৌনাই (২) চঙমদবী কংলা উকোক (৩) ফুম্ব্রে (৪) ময়াং ইম্ফাল (৫) উচিবা (৬) কায়রং খুমীদোক হৈনৌ খোংনেম্বী অসিনি। থরা থেংগরক্রবা মতুংদদি মখোয় মখোয়না খুদোংচাগদবা য়েংলগা য়ুম-কৈ হোংদোক হোংজিন তৌড়্না অপাম্বা মফমশিংদা লৈনখ্রে। খৃঃ ১৮১৯-খৃঃ ১৮২৫ ফাওবা মণিপুরবু অৱানা ওৎ-নৈবদা চহি তরেৎ (৭) খুন্তাকখি। চহি ৭ খুন্তাকপ্রবগী মতুংদা মণিপুরদা অমুক হন্নিল্লগা খুন্দা লৈতাড়্না লৈনরে। খুন্দা লৈতাড়্না লৈরবা পাঙলশিং হায়গুম্বা হোংদোক-হোংজিন তৌনখ্রে। মখোয়না লৈবা মফমশিং লেংদনা লৈবা হৌনখ্রে। খুল মচা-মচাশিংগী মনুংদা মপুংফাবা খুনকমদি :—লিলোং, য়াইরিপোক শঙ্গাইয়ুম্ফম, ক্ষেত্রিগাও, অমদি ময়াং ইম্ফাল মঙা অসিনা অথোইবা খুনকম ওইরকখি। খৃঃ ১৮৯১ খোংজোম লান মতুংদা কাকতা কৌবা খুল অমসু শেমগৎলনা মুসমানশিং পুঙনা তাখ। ঙসি মণিপুরগী মরু ওইবা খুনকম তরুক (৬)' সিদা লৈরিবা জাতি অসি টুর্কী অমদি আফগানিশিংনি। মীর সমশুদ্দিন [8] ইরাকী অফাওবা শিয়াগী লিদর অমনি মহাক মণিপুর য়ৌরকখিদে। মরম অসিনা মুসলমানগী কাঙলুপ অনি হায়বদি- শিয়া, সুনিগী মনুংদা সুনি জমা'ত অমসুং হনফি মজহব (ধর্ম্ম') নি।[9]

8। মীর সমশুদ্দিন ইরাকী অফাওবা শিয়া গ্রুপগী লিদর অমনি। মহাকনা ভারতবর্ষদা শিয়া জমাত' (ধর্ম্ম) হৌদোকখি।

9। History of the Rise of Muhammadan Power in India By : Mohd. Kasim Farishta Vol. IV Page 261.

# মণিপুরগী মপান্দা পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) খুন্দাদুনা লৈখিবা

খৃঃ ১৬০৬ তা টুর্কী অমদি আফগানশিংগী কাঙলুপ অমা মণিপুরদা সিপাই ওইনা লাকখি। সিপাই ওইনা লাকখিবসি মণিপুরগী নিংথৌ মচা মশেল খংনবদগী মথোয়শিংসি অমনা অমগী মথক্তা অকনবা চৈরাক পীনিংলম্মী। অসুম্না অপীকপা রাহৌ অত্তুদগী অচৌবা রাজাও অমা থোক্লম্মী। (শানোংবনা কাছাড় নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলদা খাগেম্ববু মায়থীবা পীবীয়ু।) মৈদিংঙুগী মনাও অতোনবা শানোংবনা কাছাড় নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলদা ময়াম্বুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা লান্দাবিয়ু হায়জবদগী ডিমাসানা য়াবিদুনা পাসা মুসলমান সিপাইশিংবু নেক্লগা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা লানদানবা থৌরাং অমগী মথাদা লাকখিবনি। লাকখ্রিবা মুসলমানশিংসি অমক্তা ময়ুমদা হন্দনবা হায়জরগা মণিপুরী মীতৈ নিঙোলশিং পীরদুনা মণিপুরী মুসলমান (পাঙল) ওহ্নোকখ্রবনি। মীতৈ লৈবাক্তা লৈরগা মমারোল মণিপুরী লোন্দুনা পাঙল ওইনা মতম শাংনা লৈরকখ্রে। অসুম থেংথররক্লবা মতম অসিদদি হিংনবা লম্বী থিবদা অম্রাবা কোঙ্গায় মায়োক্নরক্লে। লোয়নন‍া "খাগী-অরা" চক্লুনা হিংননবা শিনফম থিবা তারকখি অমসুং মনিপুরগী মপান্দা চংতুনা খুন্দাবা হৌখি। মণিপুরগী মপান্দা লৈগ্রবশিং অসি লোয়নমক হিংনবা লম্বী থীখিবশিং'দুনি হায়বদুদি নত্তে। চাম্মগী মসুংদা ৪/৫ দনি। অয়াম্বদি চহি ৭ খুত্তাকপদা মণিপুরদগী মপান্দা চেনখ্রগা অমুক হন্নক্তনা খুন্দাদুনা

লৈনখিবনি। মখোয়না খুন্দাক্লনা লৈরবা মণিপুরগী মপানগী লৈবাক-শিংডুদি:— কাছাড়, আসাম, ত্রিপুরা, নাগালেণ্ড, বাংলাদেশ, বর্মা, অমদি সাউদি অরাবিয়ানি।

কাছাড় জিলাগী মনুংদা পাঙল তাবা মফমশিংদি:— (১) কোনোকপুর (২) কপ্তানপুর (লাংগী) (৩) গোবিন্দপুর (৪) জোয়পুর (৫) তারাপুর (৬) কাকমারা (খাংমরা) (৭) কৈনৌ (৮) কোরোইকান্দি (৯) ইফম (১০) শাবল লৈকাই (১১) লম্বাবস্তী (১২) বাশকান্দি (১৩) হিংগাত-মোইজিং (১৪) জোয় নগর (১৫) শিঙ্গের বন্দ (১৬) লালপানি (১৭) সাপোর ময়না (১৮) ডোলুগ্রাম (১৯) মরাগাং (২০) তলেনগ্রাম (তলেন খুন) (২১) লালং (২২) বাগেহর (বাইগর) (২৩) চিরিগাং (স্ত্রীগাং) (২৪) দীঘলাং (২৫) লখীছুড়া (২৬) শিবপুর (২৭) বাদ্রীপার (২৮) আলীপুর (বাগাপার) (২৯) নুংফৌ পাঙল (ইস্লামপুর, অনুরার মপাল) (৩০) হৈনৌ মখোঙ (৩১) মোলোং (৩২) জাইরলতোলা (৩৩) দুর্গাপুর (৩৪) মোঙ্গোলপুর (৩৫) বগলা পার (লৈশাংখোং) (৩৬) লালং খুন্জা (৩৭) ভাগাডহর (বাম)।

অসামদা পাঙলশিং লৈবা মফমদি— (১) সাদিয়া (২) বোকাজান (৩) হোজাই শালবাগান।

ত্রিপুরাদা পাঙলশিং লৈবা মফমশিংদি— (১) লতাসোরা (২) মীথির্মা (মীথিরমিয়া (৩ হালালি (অলালী) (৩) লতিয়াবিল (৫) কমলপুর (৬) মনিকভাণ্ডার (৭) মোলায়া (৮) বোরবারিক (৯) কালাছাড়া (১০) ভুমিহিল অভঙ্গা (১১) কৈমাছাড়া (আলালী)।

নাগালেণ্ডদা পাঙল লৈবা মফমশিংদি — (১) নীচুগেৎ (২) সেমাইল (৩) চার মাইল (৪) কপ্তানপুর (ডিমাপুরদগী নোংপোক্তা মাইল ১৪ রোম লাপ্পা লৈবা মফম)।

বাংলাদেশতা পাঙল লৈবা মফমশিং— (১) শ্রীপুর (২) জলালপুর (৩) মাধবপুর (৪) মৌলুভী বাজার (৫) কুনাগাও (৬) ফুলতোলী (৭) ঘোরা মোড়া (৮) দানুয়া (৯) ভানুগাহ (১০) মঙ্গে মখোঙ

(১১) শমশের নগর (১২) ভানুবিল (১৩) জমিরকুনা (১৪) খাদিম নগর (সিলেট) (১৫) কুমড়া খাপোন (১৬) মুকাবিল (১৭) লৈশাংখোং (১৮) শাহপরাণ (সিলেট) (১৯) দিব্বানেরচোক (গুলাপ গঞ্জ) (২০) বাশতোলা।

সউদি অরাবিয়াদা পাঙল লৈবা মফমশিং— (১) মক্কা (অজমীগী কোলোনী) (২) জিদ্দা (৩) তয়েফ।

বর্মাদা পাঙলশিং লৈবা মফমদি— (১) মণ্ডলে ছত্রা নম্বর।

অসিতন্সু নত্তনা মালয়েশিয়াদসু পাঙলশিং লৈবগী পাউ ফংই।

বাংলাদেশতা পাঙলশিং :—

| পাঙলনা খঙনবা খুল মমীং | | ময়াংনা খঙনবা খুল মমীং |
|---|---|---|
| ১। | ভানু গাহ | কুমড়া খাপোন |
| ২। | জামির কুনা | জমিরা কোনা |
| ৩। | ফুলতলী | ফুলতোলী |
| ৪। | আলীনগর | রানী বাজার |
| ৫। | মোইচীং | কমেরজান |
| ৬। | তখেলতাবা | দক্ষিণ তিলকপুর |
| ৭। | মাধবপুর | শুকুর উল্লার গাও |
| ৮। | পুরানা বাড়ী | পুরানা বাড়ী |
| ৯। | খেড়া মরা | নজাত কোনা |
| ১০। | ক্যামগৈ | ঘোড়ামারা |
| ১১। | লবুক লৈকাই | বন্দের গাও |
| ১২। | কোনজিন লৈকাই | দক্ষিণ ঘোড়ামারা |
| ১৩। | কান্দি | কান্দি গাও |
| ১৫। | মোয়নাম লৈকাই | কান্দি গাও |
| ১৪। | ইফম লৈকাই | জলালপুর |
| ১৬। | চংগাল | পশ্চিম জলালপুর |
| ১৭। | কৈনৌ | খেরালী ঘাট |

পাঙলনা খঙনবা খুল মমীং

১৮। বারমিল

১৯। লৈশাংখোং

২০। তম্পাকনাই

২১। খুনৌ

২২। দাম্নুয়া

২৩। শ্রীপুর

২৪। লতা তাবা

২৫। মোকাবিল

২৬। শাহ পরান (সিলেট)

২৭। মৌলভী বাজার

২৮। খাদিম নগর

২৯। দিবানের চোক

৩০। বাশতলা

টর্কো অফগানগী চাদ-নাউদ

ময়াংনা খঙনবা খুল মমীং

কোনাগাও

পুর্ব জলালপুর

দক্ষিন জলালপুর

নয়া গাও

কালারা বিল

গুলের হাউ

রাতা বাড়ী

মোকাবিল

শাহ পরান (সিলেট)

মৌলুভী বাজার

খাদিম নগর

দিবানের চোক(গুলাপগঞ্জ)

বাশতলা

# টুর্কী জাতিশিংনা মণিপুর য়ৌরক্লগা ঙসিগী পাঙল ওইরকপা ফাওবগী শম্নপ্পা রারী

ঐখোয়না ইতিহাসকী লমায় ফাকংতুনা য়েংলদা খঙবা ঙম্মী য়াম্না ঙল্লিঁঙৈ মতমদা লৈবাক কয়ানা চাওখংপগী মাংজিল থাদুনা চংশ্রবশিংগী মনুংদা টুর্কী কৌবা জাতি অসিসু অমনি। টুর্কীষ্টানদা লৈরিবা জাতি অসি কনানো, কদায়দগী হৌরকপনো হায়বদু অমুক খল্লা নৈনসি। হজরৎ নুহ অলৈহিসসলাম আদম সানিগী মচান্নুপা অঙম পোকই— হাম, শাম, য়াফিস কৌই। য়াফিসকী মচা-মশুশিং চীনারোমদা শন্দোক্লুনা লৈখি, য়াফিসকী মচা-মশুশিংগী মনুংদা "তরক" কৌবা নুপা অমা য়াওখি। তরকনা পোকপা মচা-মশুশিংগী মমিং ইবদা "তরক" হায়বা রাহে অসি মীংগী মমৈদা অতুম ইরম্মী। অসুম্না মীংগী মমৈদা তরক হায়বা রাহে অসি ইন-খিবদগী মখোয় অসি তরক কৌবা জাতি অমা ওইনা খঙনখি। য়াফিসনা পোকপা মচাশিংশি চীন, টুর্কীষ্টান, খুতিন অসিনচিংবা লৈবাকশিংনা শন্দোক্লুনা লৈখি। মখোয়শিং অসি মশীং য়ামখংলক-লম্মী। মশীং য়ামখংলকপদগী মখোয়শিং অসি কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনা তোথায়না লৈনরম্মী। মখোয়গী কাঙলুপ খুদিংগী লুচিংবা অমমম শেম্বা হায়বসি তঙায়ফদবা অমা ওইনা খম্নে অমসুং লুচিংবা অমমম শেম্লম্মী। লুচিংবা অমমম শেম্লগা মখোয়গী লৈবাকশিং অতু লৈঙাক্লরম্মী। "তরক" কী মচাশিংগী মনুংদা অলনাজা খান কৌবা নুপা অমা য়াওখি, অলনাজা খান্না মাগুল-তাতার কৌবা অনী পোকখি, তরককী কাঙলুপতা মুলজুকী কৌবা অমসু লৈ। তরককী

মচা-মশুশিংগী মনুংদা সুলজুক কৌবা নুপা অমা পোকখি। মহাক্কী মমিংদগী লৌহনা সুলজুকী কৌবা কাণ্ডলুপ ওইরকখিবনি। অল্নাজা খানগী মচা মাগুর, তাতার অনিমক তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্তা, মাগুলনা চীনা নম্রগা মাগুলিষ্টানদা তাতারনা টুর্কীষ্টানা লৈখি।

টুর্কীষ্টান দেশতা মতিক মগুন বাংবা থৌনা ফবা অচৌবা শাগৈ জাৎ অমা লৈরম্মী। অফাওবা শাগৈ জাৎ অসিদা "তুর" কৌবা নুপা অমা পোকখি[১১]। ফরিদৌংগী মচা তুরন' টুর্কীষ্টানদা হুকুমৎ তৌরম্মী। অসুম তৌনা মহাক্কা টুর্কীষ্টানদা পাল্লম্বগীদমক মাগী মমিং লৌহনা টুর্কীষ্টানবু "তুরাণ" হায়নসু কৌখি। (ইসলিএ উসকো তুরাণকে নাম সে ভী য়াদ কিয়া জাতা হে।)

মপ-মমা অমত্তনা পোকপা মচিন-মনাওশিংগী মনুংদা কাণ্ডলুপ কাণ্ডলুপ তোঙান-তোঙান লৈনখিবনা জাৎ তোঙান-তোঙান ওইনখ্রে। মখোয় কণ্ডলুপ খুদিংমক্কী মীং মাগুল-তাতার সুলজুকী হায়না খঙনখ্রে। সুলজুকী কৌবা কাণ্ডলুপ অসিনা ইহান হাম্বা ওইনা নবা-বুখার' কৌবা মফমদা ইসলাম চুবুস তৌখি (ইসলাম ধর্ম লৌখি)।

তাতার সুলজুক কৌবা কাণ্ডলুপ অসিনা পুনশিন্নরগা মুসলমান লৈবাক ফারীস, খুরাস'নদা লৈখ্রে।

ইরানগী নোংপোক থংবদা লৈবা প্রোভিন্স অম', প্রোভিন্স অদুগী লৈবাক খুরাসান, ফারীস, সমরকন্দ, বুখারা অসি ইরানগী প্রোভিন্স ওইনা লৈরম্মী। সেন্ট্রেল এশিয়াদগী ত তার কাণ্ডলুপ (টুর্কী জাতি) গী তুরনা য়াথং তৌরম্বদগী প্রোভিন্স অসি তুরান হায়না কৌখি। নাকল অমরোমদনা ইরানবুসু ইরান-তুরান হায়না খঙনখি[১১]

ইরানদা পোকখিবা এক্রাসিয়াববুসু তরকনি হায়না লৌনৈ।

---

১০। তারিখুল ইসলাম Vol. III Page 354
By : মৌলানা অকবর শাহ খান নাজিব অবাদী

১১। The Rise of the Muhammadan Power in India
By : Mohd. Kasim Farishta

অদুবু মহু অচুবরা হায়বহুদি নত্তে; মহাক্তি অশেংবা ইরানগী নিংথৌরেল থাম্দাননি। এক্রাসিয়াবনা ফাওগৎলকপা অমম্নুং টুর্ক জাতিশিংগা তোংন-তিন্নননা লৈখিবর্দগী মতুংইন্না সুলজুকীশিংবু এক্রাসিয়াবকী মচা-মশুশিংনি হায়না খঙনখি। অশেংবমক্তি সুলজুকীশিং টুর্ক জাতিনি। মাগুল তাতার মচিন মনাও অনিমক অমত্তা ওইনা লৈমিন্নরম্দগী তোঙান তোঙান তানখিত্রুনা অমনা অমগী মথক্তা ইত্তৎ-তৎতনা লাম্দানখি। মগুল-তাতার অনিনা লান্থেংনবা অসি মাগুলনা অতুম মায়থীখি, তাতারশিংতনা মায় পাকখি। মাগুলশিংবু লাকচা খুত্তুম চনখিবনা উপায় লৈরক্দত্রুনা মাগুলশিংনা হুন্দোকশা তাখি। তাতারশিংনা মখোয়বু লাঙ্গোয় চন্দুনা থম্লমী। মখোয়গী নুপী-অঙাংশিংদা নত্তবা মীৎয়েং য়েংখি। য়াম্না ওৎপী-নৈবিখিবগী মহৈ ওইনা পোক্লকপা জাতি অহু মাগুলশিংনঃ লৌশিনখিদে, তাতারশিংনসু লৌশিনখিদে। মখোয়গী কাঙলুপ অহু তোঙান্না লৈরম্মী। চারৌ-মোরৌনবসু কাঙলুপ অহুগী মনুংদা অতুম তৌরম্মী। কাঙলুপ অসিসু অঙকপা ফংনা মশিং য়াম্লক্লে। অদুবু তাতারশিংগী ফত্ত-কর্ম ফল ওইনা মখোয়বু কড়া-তাতার হায়নসু খঙনখি। হৌজিকী টুর্কমানশিংসি কড়া তাতারশিং অতুনি হায়না অহবশিংনা মোৎপীনরি।[১২]

ফরিদোংগী মচা তুরনা ইরানগী প্রোভিন্সপু লৌশিল্লগা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী। লোয়নননা ইরানগী নিংথৌরেলগী টাইটল "শাহ" ফংখি। ইরান তুরানদগী লাকখিবা সেখ মির্জা খাকান তুরানী উর্ফে শেখ চুংক শাহ খাকান তুরানী ভারতবর্ষদা (ইণ্ডিয়া) লাক্লবা মতুংদা টাইটল "শাহ" ওইখি। মির্জা খাকান তুরানীনা ভারত্তা লাক্লবদা মচ নুপা অনী পোকখি। মচানুপা অনীত্তগী মমিং মীর্জা মালিক মুহম্মদ গিয়াসউদ্দিন, মির্জা মালিক মুহম্মদ তুরানী

---

১২। তারিখুল ইসলাম, Vol. III, Page 355
By : মৌলানা অকবর শাহ খান নাজিব অবাদী

কৌই। মিৰ্জা মালিক মুহম্মদ তুরানীনা[১৩] সিলেটকী চরগোলাদা লৈরগা মচা মঙা পোকখি।[১৪]

সুলতান বায়জিদ মিংথোলনা "নাজিরী" মির্জা মালিক মুহম্মদ সানি অপোকপা মির্জা মালিক মুহম্মদ তুরানী মখোয় অসি অপোকপা মচিন-মনাওশুম্না সিলেটতা নবাব ওইনা পানমিননরম্মী। সিলেট-কী মকোক সুলতান বায়জিদ আফগানিনা "নাজিরী" হায়বা মীংথোল লৌরগা নবাব মকোক ওইরম্মী। মির্জা মালিক মুহম্মদ সানি (টর্কী জাতি) সিদ্বেশ্বরগী এলহাইল কৌবা মফম প্রতাপগড়দা নাজিরীগী মখাদা নবাব ওইনা পাল্লম্মী।[১৫]

খৃঃ ১৬০৪/৫ দা মনিপুরদা খাগেম্বনা নিংথৌ ওইবা মতমদা মচিন-মনাও অহুম— খাগেম্বা, চীংশোম্বা অমসুং শানোংব হিয়াং হি তান্নবগী কুম্মৈ পাংথোক্লবা শেম শারম্মী। হিয়াং তান্নবগী তান্ন-হি চীংশোম্বনা মনাওশুম্না শানোংবদগী হি রায়রগা হিদান্নবা য়াওখি। হিদান্নবদা অরায় হি অতু থেঙ্গাইহুনা কায়রে। হিদান্নবা লোয়রবা মতুংদা কায়রবা হিগী মতাংদা চীংশোম্বা শানোংবা মচিন-মনাও রারী শানখি। মচিন-মনাও রারী তেমশিনবা ডম্নরবদা অরোইবদা ময়াম্বুং নিংথৌ খাগেম্বদা চীংশোম্বনা রাকৎখি। রাফম অতু নিংথৌ খাগেম্বনা বিচার তৌবদসু শানোংবনা য়াম্রবদা শানোংবদা ময়াম্বুং চীংশোম্বগা য়াশিন্নরগদি নিংথৌনা অকনবা চৈরাক পীগনি হায়খি। অকনবা চৈরাক অতুবু করিসু নাচুংবা তৌদনা মমা ইবেম্মা চাংপোম্বীগা মনাই-মশল থরগা রা তান্নখি। রা তানরবা মতুংদা শানোংবা কাছাড় নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলগী কোন্নুং উধারবন্দা চৎলহুনা মহাক্কী মতেং

---

১৩। সিলেটের মাটি সিলেটের মানুষ, পেজ ৫৪
অইবা— ফাজলুর রহমান

১৪। "য়াদ দাষ্ট কুসি নামা" পেজ ১২, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

১৫। ইসলাম জ্যোতি হযরত শাহজলাল, পেজ ১০৪
অইবা— চৌধুরী গোলাম আকবর সাহিত্য ভূষণ

পাংবীনবা হায়জকই। শানে'ংবগী হায়জ রাহৈবু য়াবিরদুনা সিলেট প্রতাপগড়গী প'সা মুসলমানশিংগা লোয়ননা প্রতাফিলনা মণিপুরদা লান্দারকখি। ভীমবল অমদি য়ুথারেক অনীন' লমজিংলগা লান্দাবা লাকপা সিপাই পল্টন অদু বিষ্ণুপুরগী চীংথক্তা কেম্প শাদুনা লৈরে মীতৈগী লানবননা চীংথাদা লৈরে। লাল শোক্তরমদাইদা মুসলমানগী মমাংদা মীতৈনা উংখিবা থৌনা শক্তি অদুদা থৌবু ওইনা লাক্লিবা ভীমবল অমদি য়ুথারেক কিরদুনা কাছাড়রোমদা হন্দুনা চেনখ্রে। কাছাড় নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলদা নত্তবা প্রচার কয়া পাউদম্লরে। অসোমদনা নৱাব মুহম্মদ সানি লোয়নবা সিপাইশিংগা মীতৈ সিপাই-শিংগা অকনবা লান থেংনহৌরি। পাসা মুসলমানশিং থৌদু নুংভাবগুম খোংফম হন্না লৈতনা তকশিন্দুনা লান শোক্লরে। লান মুসলমাননা ভুমখ্রে।[১৬] লান ভুমবদা মুসলমানশিংনা মীতৈ নিংথৌদা হায়রকই— "পাসা ঐখোয় হল্লগে। ঐখোয়দা লোয়পোৎ পীরো। পাসা সিপাইশিংগী রাহৈ অদু তারগা মৈদিংগু খাগেম্বনা হায়রকই— "লোয়পোৎ করি ওইনা পীজোগে?" পাসাশিংগী লোয়পোৎ সনা ওইনা পীবিনবা হায়রক্লবদা মীতৈ নিংথৌনা সনাদি ঐখোয়গী লৈজদে অৱাদগী লৌক্লরগা পীজগে অদুনা থা অ-িদং ভাইবিনবা হায়জরম্মী।[১৭] রাফম অদু য়ানরদুনা মুসলমানশিং লোয়পোৎ সনা অদু ভাইদুনা লৈরম্মী। নোংমদি লোয়পোৎ সনা ভাইদুন' লৈরিভৈদা নমাজ শোল্লিবা কামরাল সেখপু খাগেম্বগী সেনাপতি ল ইরিক য়েংবম ধনঞ্জয়না শগোল অমা তোংদুনা লাক্লগা ফাখি অমসুং মৈদিংগুগী লৈমদা চংনা কৎখি। লান লোইরবা মতুংদা পাসা সিপাই অমবু ফাখি হায়দুনা মুসলমান-শিংনা শাওরম্মী। মুহম্মদ সানি লানজিংলেন্না কামরান ফাখিবগী মরম হংলম্মী। মীতৈনা খুম্নকখি— করিগুম্ব ইরাল লৈজদবা ঐখোয়দা পাসাশিংনা লান্দারকখিবনি। মরাল লৈতবশিংদা ল'ন্দারকখিবগীদমক

১৬। "য়াদ দাষ্ট কুসি নামা" পেজ ১২, অইবা— রিফায়তুল্লাহ
১৭। "য়াদ দাষ্ট কুশি নামা" পেজ ৭, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

খুদোংচাবা লৌহুনা লান লোইরবস্থ সিপাই চংনা ফাবনি।" পাসা-শিংনা হায়রকই— নখোয়দি অরেম্না লৈতে। লান হাম্না ঐখোয়না ঙম্নহুনা লোয়পোৎ পীরগে হায়বহু য়ানরগা লোয়পোং সনা ভাইহুনা লৈরিবৈদা সিপাই চংনা ফাখিবনি। অহুনা সিপাইস্থ থাদোকউ, লোয়পোৎস্থ হায়নখিবা মতমগী মঙ্গুংদা পীয়ু নত্রবদি ঐখোয় অনীরক শুবা খোঙফম ওইনা লন্দারগনি। মীতৈনা হায়রকই— "ঐখোয় হৌজিক য়াশিন্নরসি অহুগী রাকম অমা চে ইনরসি। চে ইনদ্রিবৈদা রাকম অমত্তং হায়জগে— মীতৈগা মুসলমানগা য়াশিন্নরবগী মতুংদা মুসলমান সিপাই অমবু ফারুবসি অকাইবা রাফমদা রাহৌদোক ওইনবনি খন্দুনা ফারুবা নত্তে। পাসা মুসলমান নখোয় ময়াম অসি চাকহোং ভাহোংবা লৈবাক অসিদা লৈমিন্ননিংহুনা ফাজিল্লগা লৈমিন্নগে খল্লু-বনি অহুবু নখোয় ঐখোয় য়ানবা অমগী মথাদা চাকহাং-ভাহোংবা লৈবাক মণিপুর সনা লৈবাক্তা লৈমিন্নরসি হায়বা প্রেম দণ্ডী অসিনা অরোইবা রাহৈনি।"[১৮]

নখোয় ময়ামগীদমক্তা মীতৈ ঐখোয়না লৈনবা য়ুম, চাননবা চীঙ্গাক, শেংননব' চরৈ, তালোয় অমদি মীনাই তয়ুন্নচিংবা পীজগনি। মীতৈগী প্রেম দণ্ডীগী রাহৈ অহুবু টুর্কো অফগানশিংনা ধর্ম্মদা য়ুক্ষম ওইরগা মীনা হায়জবা অহু য়াদবা ঙমখিদে। মবুক্তদি লান ঙম্নবা মতুংদা রাকাই হৌহুনা নমাজ শোল্লিবৈ সিপাই অমা ফাখিবা অহুক কাউবা লৈতে। অনীরকশুবা ওইনা মণিপূরদা লান্দাগে সিলেটতগী খোংমী লাম্নী ময়াম অমা কৌথোক্লে হায়বা রাফমনা লেংদ্রবা রাখল ওইরম্মী। মীতৈনা হায়রিবা রাফমবু পাসা মুসলমানশিংনা মপুক্তনা রাকম অমা ফুম্নগা চীম্বানথোংদা য়াখিরম্মী। পাসা মুসলমান সিপাই ময়াম মণিপুরদা খৃঃ ১৬০৬ ইঙা থাগী ১৭ নি পান্না ইরাই নুমিৎতা খুন্দা লৈতাহুন মণিপুরদা লৈবা হৌখি। অসোমদনা ভীনবল য়থারেক অনীমক্তা কিরহুনা বিষ্ণুপুবগী লানফমগী ময়ুম লৈশাক্তা হন্দনা

১৮। "য়াদ দাষ্ট কুসি নামা" পেজ ১৭, অই।।— রিফায়হুল্লাহ

চেনখিরম্মী অমসুং অনিমক্না ভিমাসা প্রতাফিলদা পাউদম্মী— পাসা মুসলমান সিপাইশিং লোয়না লাকহৌরে ঐখোয়না হান্না থুংলবগী য়ানি মখোয়সু থুংলরগনি- য়াকম অদু তাবদা শাহ কুলসুম- নাজরা অনীমক মপা-মতোন ময়াম অদু য়ানা লাক্লগনি লম্মথাংদগী ওক্ৰসি হায়না অসুম অয়াং নোংপোক্লোমদা কাথৎলক্লে। উধারবন্দগী জিরি জিরিবামদগী ওইনামলোং, ওইনামলোংদগী খোবুম তম্পাক তারক্লে। মফম অদু য়ৌরফাওবদা মপা-মতোন কনামক্তা থেংনরমদে। নাজরা শাহ কুলসুম অনীমক্তি মফম অদুগী কবুই খোলাং খুলগী প্রজানা ফাদুনা মীনাই-নাইথাং চন্দুনা থমখ্রে।[19] অমুকসু নাজরাবু অয়াং খুল অমদি কবুই খোলাং খুলনা কোনবা উঙ্গী উঙ্গংতা থুল্লাকপগীদা লৈখ্রে।

নরাব মুহম্মদ সানি লানজিংলেন্না থম্মোয়দা য়াম্না পেন্দবা অমদি অচাকপা য়াথলগা লোয়ননা কোংদোরকই— "মীতৈ নখোয় ধর্ম্ম ভাক্তে। লান লোইশিল্লবদা লোইশিন্দ হায়খি। নমাজ শোল্লিবা সিপাই অমসু ফাদুনা পুখি। ঐখোয় টুর্কী জাতিদি কিগনবা থোংনাং ময়াং মীচেলগুবা নত্তে। অচুম্বা চৎপা পাসা মুসলমান জাতিনি। ঐখোয় শিগনি হায়বগী কৈসু কিদে, মীনা হাৎলগা শিবা নাইবা জাতি নত্তে। য়েক্লবগী মায়োক্তা ইশানা নোক্লা হরাও-মীনোক তন্না শিজবা ওস্বা জাতিনি। টুর্কী জাতি ঐখোয়গী মরুওইবা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা লীচৎ অহুমথক লৈ— (১) তাইবঙ শেম্বা মপুবু চেৎনা থাজবা থম্বা (২) মীনম্বা ওইদবা য়াঙাং শিজিন্নদবা অমসুং (৩) মীনা হায়বা য়াহৈ-শিং অচুম্বনি হায়না লৌবা অদুগা য়েক্লবগী লানফমদা পম্বং য়োংগ তাল্লিবা অদু ফংদ্রিবা মথৈ মায় ওন্দুনা চত্তবা অসিনি।"[20]

মণিপুরদা পাসা মুসলমানশিং লৈমিন্নরসি হায়বা য়ানবা অমগী মখাদ: লৈখ্রে। নরাব মুহম্মদ সানি অসি পাসা লুচিংবা অমনি। লুচিংবা অমা ওইনা মতোন্দা মীতৈ নিঙোল নোংথোম্বম চনু মাইতেক সনা,

১৯। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ১২-১৩ অইবা— রিফায়ত্তুল্লাহ
২০। — do — পেজ ৯ — do —

চকপ্রম নিঙোল মেলৈ কৌবী অনীবু মাগী তালোয় ওইনা পীবিখি।[২১]

নোংথোম্বম তেম্বু মাইতেক সনানা অহোং কৌব মপারী অমা ফংজে। চকপ্রম চম্ন মেলৈদি পারী মামোম শাংখিদে। নৱাব মুহম্মদ সানিগী লৈফমদি মোইরাংথোম জন্মস্তান মোংবাহম্বগী মখা থংবা পাকা লৈকাই হায়রিবা অসিদা লৈহল্লম্মী। নৱাব মুহম্মদ সানিবু মীতৈনা "বড়সেনা" হায়নম্ম খঙনৈ। বড়সেনা মুহম্মদ সানিবু পাসা সিপাইশিংগী মথক্তা "কাজী" হাপ্লে। "কাজী" হাইহে অসি অরাবিক রাইহেনি মসিগী অর্থদি ময়াম পুম্নমকপু ভাবশেম্বা, রায়েল থোঁদা তৌবা হায়বনি। রায়েল থোঁদা তৌগদৌরিবা অসি হান্নগী মণিপুরদা লৈরম্বিবশিং অতুগী নক্তেঃ নৌনা লাক্লিব পাসা সিপাই ১০০৭ পু মীতৈ নীঙোল ১০০৭ পীতুনা লৈরগা রুম ১০০৭ কা মথক্তা রায়েল থোঁদা তৌবা, ভাকশেম্বা হায়বনি। মসিবু মীতৈলোন্দা হম্বা তারবদি খুল্লাকপা হম্বনা হম্বা তায় অমস্তুং মৈদিংঙু খাগেম্বনা খুল্লাকপা হায়না হল্লম্মী। খুল্লাকপা ওইরিবা হায়বদি কাজী ওইরিবা মুহম্মদ সানি, মাগী য়ুম্নাক শাগৈদি খুল্লাকপা ময়ুমগী শাগৈ "খুল্লাকপম" হায়না নিংথৌ খাগেম্বনা শাগৈ মমিং থোম্বিখি।[২২]

মুহম্মদ সানিগী মরী-মতা থোকপা সফর মুহম্মদপু পাউমী ওইনা সিলেটতা থানিংলম্মী। সিলেটতা চৎনবগীদমক নিংথৌ খাগেম্বদগী অয়াবা লৌবা ওইনঃ সফর মুহম্মদনা হায়জখি— "ইনিংথৌ ননাই ঐগী ইনাওনুপা অমগা জৈনব কৌবী ইচল নুপী অমগা মবানি সিলেটতা লৈহৌই। মখোয়গী কনা অমা লৈহৌদ্রে ইনিংথৌনা য়াবিরবদি সিলেটতগী ইনাও অনী অসি লৌথোরকউগে ঐবু সিলেটতা চৎপা অসি য়াহবিয়ু। নিংথৌনা হায়রকই— "নং সিলেটতা চৎঞগা অমুক মণিপুরদা হল্লক্তুবদি ঐগীদি য়াম্না মাংজৈদো অতুনা নং শোয়দনা হল্লকড্রা? সফর মুহম্মদনা— ইনিংথৌ শোয়দনা হঞ্জরকনি

২১। য়াদ দাই কুর্সি নাম', পেজ ৯ অইবা— রিফায়তুল্লাহ
২২। — do — পেজ ১৮-১৯, — do —

মতুংগী দমক্তা করিস্থ চিংনবিগন্থ। মহাক্কী রাহৈ অত্থু তাবদা পেন্থির-তুনা মীতৈ মচা অহমগা লোয়ননা সফর মুহম্মদ সিলেট চৎপগী য়াথং পীবীরে। মুহম্মদ সানিনা সফর মুহম্মদপু সিলেটতা নবাব মুহম্মদ মজকুরদা তম্মনবা ঈপাউ শিন্নরগা থাখিরম্মী। পোইরৈ সনা লৈবাক্কী রাইখোমচা গঙ্গারাম, ময়াং শলিয়া, হাওবম লমথোক অসিনচিংবা লোয়নখিরম্মী।

সফর মুহম্মদনা সিলেট য়েৌরগা মুহম্মদ মজকুর নবাবক্তা রাহী শান্নরবদা মুহম্মদ সানিগী অপাগ অমস্থুং অনীংবা অত্থু মতোন লোন্না খঙলে। মুহম্মদ সানিনা মণিপুরদা অনীরকশুগা লাঞ্জং অমা চৎনবা হায়বত্থু মুহম্মদ মজকুরনা নাজরী নবাব মকোক্তা তান্নরগা অয়াবগী য়াথং পীরক্লে। সফর মুহম্মদ ঈপাউ পুরক্লতুনা মনাওনুপা কৌশর মুহম্মদ অমস্থুং মচন নুপী বিবি জৈনবকা লোয়ননা মণিপুর থোরক্লে। ঈপাউ অত্থু রাহৈ অমা চীথদনা মুহম্মদ সানিদা পাউ থুংখি। সিলেট লৈবাক্কী ফজবা অমস্থুং হুংডাইববু মৈদিংঙু থাগেম্বদা পাউদমজরে। সিলেট মায়কৈগী ফজববু শীংথারম্মী— সিলেটকী অরাং মায়কৈরোমদা আলী মুহম্মদনা নিংথৌ ওইহনা ডাকই। মুহম্মদ মজকুর (মালিক প্রতাপ) না অরাং নোংপোক মাইকৈ ডাকই। মুহিবুল্লাহ কৌবনা নোংচুপ মাইকৈ ডাকই। মুহম্মদ নাজিরী উর্কে বায়াজদ অফগানিনা নিংথৌরেল ওইনা অশুপ্পা লৈবাক ডাকই। তরফ সনা লৈবাক্কী মনুংদা মুহম্মদ সানিনা নবাব ওইনা পাল্লম্মী মনাওনুপা মুহম্মদ মজকুরনা নবাব মহুৎশিন্দুনা লৈডাকহৈবা মফমদি অরাং ডমখৈদ অমোসি (কুশিয়ারা সুরমা তাইনবা মফম) নোংচুপ্তা সুরখাই, নোংপোক্তা শিলচর মনাক ফাওবা, থাদা লুসাই চীং ফাওবা অসিনি। হায়রবা এরিয়া অসি প্রতাপগড় কৌই।[২৩]

প্রতাপগড়গী ইলহইল কৌব মফমদা কোন্নুং ওইনা পাল্লম্মী। কোন্নুং অসিগী ফজবা মওংবু মুঙো মালা পুথ্রিনা অমুক ইনোৎ

২৩। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" অহইসা— রিফায়তুল্লাহ

হাপকৎলি।[২৪]

সফর মুহম্মদনা মনাওনুপা কৌশর মুহম্মদ অমদি মচনমুপী বিবি জৈনব লোইথোকপ চৎথেদ হুরাই মরু, হৈনৌ মরুনচিংবা মহৈ মরোংগী চারা কয়ামুক পুরকখি। মহৈ মরোংগী চারাশিং অদু থাহুনা চহী কুমজা অহুম শুরদা তাউজিং হৈনৌ পাল্লহুনা মৈদিংঙু খাগেম্বদা হৈনৌ কৎখি। নিংথৌ সনামখোং থোনা নৌথাক পুন্না তৌন্না তাউজিং হৈ চানরে। নিংথৌনা রাহমল্কই— "হে পুনোম শেখ, কৌশর মুহম্মদ, সফর মুহম্মদ নখোয়না নিংথেম ইম্খোল লেন অমা শেম্মু, ইম্খোল লেন অদুদা মহৈ-মরোং, মনা-মশিং থারগা ইনশাং মথেল শেম্নবা।"

পুনোম শেখ, কৌশর মুহম্মদ নখোয়না নিংথেম ইম্খোল কৌনা ইনশাং শেম্মু হায়হুনা তাকপীবগীদমক খোমীদোক হৈনৌ খো নেম্বীদা ইম্খোল লেন শেগা য়েনশাং-নাপী, হুরাইনচিংবা থাহুনা ইম্খোল কোয়রম্মী।

টুর্কো অফগানশিংনা মণিপুরদা খুন্দ-লৈতাহুনা লৈখিবসি চহী অহুম হৌজিনখ্রে। সিলেটতগী অনীরকপুবা খোঙকম ওইনা মণিপুরদা লান্দানবগী লম্মীং-তুম্মীৎ য়েংবা চংনবগী থৌরাং লোয়রহুনা থোংবম মংশাগী কুমশোক ১৫৩০ লোইদাম কালেন্থাগী হুম্নি পান্নদা মীর অহুম মণিপুরদা থুংলখি। মখোয় মীর অহুমহুগী মিং— সৈয়দ অম্বীয়, সৈয়দ অব্দুল্লাহ অমসুং সৈয়দ খুলকা হুসেন কৌই। মখোয় অহুম্না থুংলবদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা হংলকখি— "কাজি মুহম্মদ সানি, মখোয় অসি কনানো, কদায়দগী লাকপনো?" কাজিনা পাউখুম্নকই— ইনিংথৌ মখোয় অসি সিলেটতগী লাকপনি। নবাব নাজিরগী গুরুশিংগী মচা মনাইশিংনি। ইরৈবাক অসিদা লাক্লিবসি করি লৈবদগী লাক্লিবনো হায়না হংলক্লবদা কাজী মুহম্মদ সানিনা পাউখুম্নকই — করিম্ব থোইদোকপা মরম লৈতে ইনিংথৌগী

২৪। খামু মিয়া চৌধুরী সিলেটনা ইবা account তগী লৌখোকপা।

চাকহোং ভাহোংবা লৈপাক অসিদা লাইফম তীনফম কোয়রুগে তপস্যা মঙম পাঙথোক্লগে লাকচবনি হায়রিএ। "অহু ওইরবদি মখোয় অসি মীরাইনা তৌবা য়াদে; মখোয়না লৈনবা নিংথিবা য়ুম, চানবা চীঞ্জাক, মীনাই তয়ুম্নচিংবা নিংথৌগী চাকথা পীগদবনি" হায়তুনা মীর অহুমবু লৈননবা য়ুম পীতুনা থৌজাল মায়োক্লখি। মীর সাহেব অহুম্না মুহম্মদ সানি কাজীগা ৱারী শানরবদা মীর অহুম্না হায়রকই— ঐখোয় অহুম্না লাক্লিবা খোঙফম অসি অনীশুবা খোঙফম ওইনা মণিপুরদা সিলেটতগী লান্দারক্লবগী লম্মীৎ-তুম্মীৎ য়েংবা লাক্লিবনি। নৱাব মুহম্মদ সানিগী মোং করিনো? কাজী মুহম্মদ সানিনা হায়রকই— হৌজিক্তি ঐবু কাজী হাপ্লে, মুসলমানগী চৎনবী পুন্নমক (শারা শরিয়ত হায়বদি ইস্লামিক্কী চৎন-পথাপ) লোয়না ভাক্না ৱায়েলহল্লে। অহু ওইরগনু হায়নখিবা ৱাফম ভাকপা ওইনা মণিপুরদা অনীশুবা খোংফমগী ওইবা ল'ন্দাবা হায়বতু ঐনু য়ারি। মীর অহুম্না হায়রকই— পাসা মুসলমান ময়াম মণিপুরদা লৈখিবদা তুংকোয়না লৈখিবা য়ারোইদ্রা? ইসলাম ধর্ম্মগী লৈঙাক্লোন্দা অথিংবা অমুক লাকদ্রা হায়বগী চিংনবা অম। লৈরম্বনি, হৌজিক্তি মুসলমানবু কাজী হাপ্লগা ইস্লামিক্কী ওইবা ৱায়েল থৌদা তৌহল্লবনিনা নৱাব নাজিরীগা নৱাব মজকুর সাদ মালিকক্কা ৱা' তানহল্লুবা অমা দরকার ওইরে। ৱা তানহল্লুবা চৎপদদি কুরআন শরীফ অচৌবা কাওরম্লে সিলেটতগী অমুক লৌরক্লগে হায়জিল্লগা মীর সাহেব সৈয়দ খুলকা হুসেন খুদক্তা মণিপুরদগী হনগ্লে। সিদ্বেশ্বরগী ইলহাইল কোন্নুং "সিলেট প্রতাপগড়" দা থুংগ্লে। মফম অতুদা মুহম্মদ মজকুর সাদ মালিকক্কা সৈয়দ খুলকা হুসেনগা মণিপুরগী ওইরিবা ফিভম পুন্নমক কুপ্পা খন্না নৈনগ্লে। অমুকসু নৱাব মজকুর সাদ মালিকনা নৱাব মকোক মুহম্মদ নাজিরীদা হঙ্গৎলুরে। মণিপুরগী ওইরক্লিবা ফিভম পুন্নমক কুপ্পা নৈনরবা মতুংদা নৱাব নাজিরীনা হায়রকই— মণিপুরদা মুসলমানবু কাজি হাপ্লবদি মফম অতুদা মুসলমানশিং লেংদনা তুং-কোয়না খুন্দা লৈতাহুনা লৈবা য়ারে। ঐখোয়গী

ইসলাম ধর্মগী লৈঙাক্লোন রায়েল থৌদাদি শরীয়তকী কাজীনা তৌগদবনি। অদুমদি ওইরবদা মৈদিংঙু খাগেম্বগা কাজী মুহম্মদ সানিগা মথোয় অনীগী য়ানচে অমদি সহী তৌনহনগদবনি। সহী তৌনগদবা শর্ত অহুম লৈ। শর্তশিং অদুদি ঃ—

(১) মণিপুরদা লৈরিবা পাঙাল মুসলমানশিং অমদি অফগানশিংসি মণিপুরগী নাগরিক অমা ওইনা শক খঙবা।

(২) মণিপুরদা লৈরিবা মুসলমানশিংগী ইসলাম ধর্মগী লমদা শরীয়তকী কাজীনা ইস্লামিকী লৈঙাক্লোন রায়েল থৌদা চলাইজবা অমসুং মতুদা অথীংবা পীবিদবা।

(৩) মণিপুরী মুসলানশিংবু মণিপুরদগী তাম্থোকপীদবা। করিগুম্বা তাম্থোকপা নত্রগা চয়েংনবা থৌভম লাক্লবদি মমা মীতৈ নিঙোলশিংনা পোকপা মণিপুরী মুসলিমশিংগী মমাগী স্বতঃ ওইনা ফংকম থোকপা হক্ মণিপুরদা লৈ হায়বা য়ানবা অসিনি।

শর্ত অহুম অসিগী য়ান-চে ইনবদা য়াত্রবদি মণিপুরদা অনীগুবা খোঙকম ওইনা লান্দারনি, য়ানহুনা চে ইনরবাদ লান্দাবা হায়বসি তোক্লসি হায়না পাও পীরক্লে। সৈয়দ খুলকা হুসেন সিলেটতগী কুরআন অচৌ-অচৌবা পুহনা মণিপুরদা লোইদাম ফা রেন থাগী ১৭ নি পান্বা নিংথৌকাবা (খৃঃ ১৬০৯) দা থুংলরে।

সৈয়দ খুলকা হুসেন, সৈয়দ অব্দুল্লাহ, সৈয়দ অম্বারা অমসুং কাজী মুহম্মদ সানি মথোয় মরি সিলেট প্রতাপগড়দগী পুরকপা পাও অহ য়ায়া তুপ্না খল্ল-নৈনরগা কাজী মুহম্মদ সানিনা মৈদিংঙু খাগেম্বদা হঙ্গংচৈ— ইনিংথৌ, ঐহাক করিগুম্বা রাহৈ অমা-অনীদং ইনিংথৌগী চরন্দা খল্ল-নৈনজবা পাম্মী। "করি রাকল্লে খল্ল তানবা য়াগসি অপাম্বা অহুমক হেক্তা হায়দু।" 'ইনিংথৌনা মসলমান ঐখোন্দা চংপীরিবা নিয়ম, থরীরিবা মওং-মচৌ, অদুগা ঐবু কাজী হাম্রীহনা ইস্লামিকী লৈঙাক্লোন চলাইহন্দুনা ঐখোয় মুসলমানশিং লোয়ননা ইসলাম ধর্ম মণিপুরদা হি হইরে অদুবু হুগ হুগ থুদিংদা হিংহুনা লৈহৌনবা

ওইনা শর্ত অহুমগী য়ান-চে অমতং ইনজবা পাম্মী। "কাজী মুহম্মদ সানি, ঐদি অমুক হায়দোকখিবসিনা অরেপ্পনি, অইবদগী হেন্না চেৎল-বনি, অহোংবা অমুক করিস্সু লাক্লরোই অতুবু নহাক্কী থম্মোয় পেন্নবা ওইনা শর্ত অহুম হায়বত্থ ইবা য়াই" হায়খি। লোয়ননা শর্ত অহুম অতু কাজি মুহম্মদ সানিগা মৈদিংঙু খাগেম্বগা খৃঃ ১৬০৯ লোইদাম লমদা থাগী ৫ নি পাম্বা ইরাই মুমিত্ত ইনখি।[২৫]

সৈয়দ অম্বীয়া, সৈয়দ অব্দুল্লাহ, সৈয়দ খুলকা হুসেন মীর সাহেব অহুম্না হায়রকই— অরাপ্পা নোংচুপ মায়কৈ পাংবদগী মালেম চীংজাউ অমখক্তং শুন্য অতিয়া মালংদা মালেম লৈদা তাদনা চীংনা লেম্না লাক্লগা লৈতাহুনা লৈ হায়হুনা লুমবাসাদা নাতাই-এ। মফম অতু চীংনা লেম্না লাক্লগা লৈতাহুনা লৈ হায়হুনা লংমাইচীং কৌই হায়বা নাতাই-এ। মণিপুরগী মক্লওইবা লাইফম তীর্থলেম্নি হায়না ঐখোয়না খঙলহুনা তপস্যা খুরুম্বা লাকপনি, মফম অতু খরা তাকপীয়ু লাইফমলেনবু খুরুমজগে। মৈদিংঙু খাগেম্বনা কংলা পুংজাও খীন্দুনা লৈবাক প্রজা পুম্নমক খঙনা মীর সাহেব অহুমবু লংমাইচীং লাইফম তান্না থিনগৎহুনা তীর্থ মফম খঙহল্লুই। অথঙ-অহৈ ওজা-গুরুশিংবু মৈদিংঙু খাগেম্বনা পামজবনা মীর সাহেব অহুমবু য়াম্না লুনা-চান্না থৌজানবিহুনা মচাদ-মচা, মনাওদ-মনাওশুম্না নাওয়োকখি। মখোয় অহুমদা মীতৈ নীঙোল অমমম পীবিহুনা য়ুমলিং-খুলিংহুনা খুন্দাহনখি। সৈয়দ অম্বীয়াদা নোংথোম্বম চনু হেমাবতী, সৈয়দ অব্দুল্লাহদা য়ুম্নাম লেম্বী, সৈয়দ খুলকা হুসেন্দা মোইরাং চনু কুঞ্জবু তালোয় ওইনা মৈদিংঙুনা কংপীখি। মীর সাহেব অহুমগী য়ুম্নাক শাগৈদি মীরাই ময়ুম ওইখি।

কাজী মুহম্মদ সানি পাসা মুসলমানশিং (টুর্কো অফগান) গী ওইবা রায়েল লোইশঙদা লেঙশিন্দুনা ময়ামগী মথক্তা ঙাক-শেল্লহুনা রায়েল থৌদা চংথখি। অতুবু অসোমদদি মনাওনুপা শাহ কুলসুম অমসুং মচা

২৫। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ১৭, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

মুপা অনীমক কাছাড় নিংথৌ ডিমাসা প্রতাফিলগী রাজবাড়ী উধার-বন্দাগী ভীমবল য়খারেক অনীগী ওইদবা মীনম্বা রাহৈ তারগা অস্নুম লাকখিবনা খৌবুম তম্পাক্তা থোলাং হাওখুলদা ফাজিন্দুনা থমখিবগী পাও অদু খৌবুম তম্পাক্নী লম্ব্ হাওরুংবম কোইডমদগী মুহম্মদ সানিনা ফংবগা মৈদিংঙ্ খাগেম্বদা হায়জরগা মতেং পাংহনখি। মৈদিংঙ্ খাগেম্বনা খৌবুম তম্পাক্নী লম্ব্ হাওরুংবম কোইডমবু কৌহল্লগা খৌবুম তম্পাক্নী য়ুম্নাক ১৫০০ গী মীওইবু লোইনা খোম-জিল্লগা খৌবুম তম্পাক্তা শানৈ-য়ুনৈহল্লু অদুগা মীয়ামগী চাক খাংলগা মীয়ামবু পীজো। খুঞ্জা ময়াম চাবা লাকপদা শাহ কুলসুম য়াওরক্লগদি মাবু ফারগা নিংথৌগী হুকুম্নি হায়দুনা মণিপুর তম্পাক্তা পুরক্লবগী-দমক্তা য়াথংনবগা লোইননা অচংবা শরচ পুম্নমক নিংথৌনা মঙোন্দা শিন্নরবদা খৌবুম তম্পাক্তা চৎখিরম্মী। মফম অদুদা লৈরিবা খুল মরী থা-অরাং, নোংপোক-নোংচুপ পুম্নমক্নী মীওইশিংবু বার্তে ন তৌরগা ময়ামগী চাক খাংলে। খুঞ্জা ময়াম চাক চাবা লাকপদা শাহ কুলসুম য়াওরক্লবদি ফাহৌনবগীদমক নিংথৌ মনাইশিং ঙাইরম্মী। চাবা হায়কেৎ লোয়শিল্লক্লবা ফাওবদা শাহ কুলসুমদি লাক্লিবশিংদুগী মরক্তা য়াওরমদে। নিংথৌ মনাইনা খুঞ্জাশিংদা হায়খি— "নথোয় খুঞ্জা লাকদবা য়াম্না রাংলি, চাক অসি লেমদুনা লৈরে অদুনা খুঞ্জা অমত্তা লেমহৌবা য়ারোই কোইনা লাকদবনি।" খুঞ্জা মীয়ান্না খুম্নকই— "মী অয়াম্বা লৈহৌদ্রে, অনাব ৪/৫ গা মীনাই মুপা অমথক্তগা ঙাইহোরে।" "অদুদি মীনাই অদুসু লোক্লবা তাই। মহাক অদুসু লাক্লবা য়াদে" হায়দুনা খুঞ্জাগা নিংথৌ মনাইগা চত্তুনা মীনাই অদুসু লৌরক্লরে অমসুং পুরক্লুনা পীজ-পীথক তৌখি।

কোম্না লাক্লিবা মীনাই অদু শাহ কুলসুম ওইরম্লে। চাক চাবা লোইরবদা নিংথৌ মনাইনা হায়রকই— "শাহ কুলসুমসি মণিপুর তম্পাক্তা পুরা তারে নিংথৌ হুকুম্নি। শাহ কুলসুম থম্রম্বা হাও খুম্নাক-পনা হায়রকই — "শাহ কুলসুম পুরা য়ারোই, মহাক্তি প্রেগী ইচানি।"

নিংথৌ মনাইনা খুম্নকই— "নিংথৌগী হুকুম্নি শাহ কুসুম মুসলমাননি মহাকপু মণিপুর তম্পাক্তা পুরক্তবা য়াদে হায়হৌই।" অমুকহন্না হাও খুল্লাকপনা— ইচানি পুবা য়ারোই হায়রবদা নিংথৌ মনাইনা হায়রকই— "অতুদি ফরে, ষ্টেটমেন্ট অমতংদি শাহ কুলসুমদগী লৌফম থোকই।" হায়রবদা হাও খুল্লাকপনা ষ্টেটমেন্ট অদুদি লৌবা য়াই হায়রকই। নিংথৌ মনাই অচানবনা শাহ কুলসুমদা হংই— "শাহ কুলসুম, নং চীংমীন্না নত্রগা মুসলমাননা?" শাহ কুলসুন্না খুম্নকই— "তশেংনমক ঐ মুসলমাননি।" নং মুসলমাননি হায়বগী করি প্রমান লৈবগে হংবদা চান্দবা য়াওদবা সনজাবতা ভায়রবা রোমী টুপী শেগাইরবা অমা পেরাইদগী লৌথোক্লগা "ঐগী প্রমান হায়ববু অসি মভায়রে" হায়দুনা ময়াম সভাদা উংখি। শেগাইরবা মনীং য়াওদ্রবা মরুংতা ভায়রবা রোমী টুপী অদু উংলবা অদুদা হাও খুল্লাকপা অমদি নিংথৌ মনাই নাকল অনীমক মুসলমাননি হায়বা য়ানরে। য়ানরবা মতুংদা নিংথৌ মনাইনা খুল্লাকপা অদুদা হায়রকই— "শাহ কুলসুম মুসলমান্নি হায়বা য়ানরবনিনা মহাকপু মণিপুর তম্পাক্তা পুরগে।" মতম অদুদা হাও খুল্লাকপনা মথা তারকখি— "শাহ কুলসুম ঐগী ইচা নত্তে, ঐনা লৈজবা মীনাইনি, ঐনা লৈবদা চংখিবা মীনাই মমল হন্বীরন্নগা মহাকপু পুখিবা য়াগনি।" লোয়ননা মীনাই মমল হল্লগা শাহ কুলসুম মণিপুর তম্পাক্তা পুরকখি। মশাগী চহী ১২শুবা মতমদা হাওখুলদা ফাখিবা শাহ কুলসুম চহী তরেৎ লৈরম্লগা মশাগী চহী ১৯শুবা মতমদা মণিপুর তম্পাক্তা য়ৌরক্লুনা ময়ান্বা মুহম্মদ সানিগা উন্নখি।[২৬] মৈদিংঙ খাগেম্বগী লৈমনা ময়াম্বগী মনাক্তা লৌনা চাক্লিবা শাহ কুলসুমবু মহাক্না লৈনজগে হায়বদগী মুহম্মদ সানিনা লৈমগী মনাক্তা লৈহনখি। মতম অসি ফাওবদসু মুহম্মদ সানিগী মচানুপা নাজরা কৌবদি মপা-মচা উনদ্রি।[২৭] অদুবু তাইবং শেম্বা মপুগী অফবা নোংদমখোল হায়বদুনি।

২৬। য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা, পেজ ১৯ অইবা— রিফায়তুল্লাহ

২৭। — do — পেজ ১৯ — do —

নোংমা মুহম্মদ সানিনা চৈরাপ ওফিসতা ফম্লিডৈদা করুই থাঙ্গাল হাওখুলনা কোম্বা উম্নুংতা খুল্লাকপনা চৈরাপ ওফিস লাকপদা মাগী খাও পুনবা মীনাই অমা ওইনা নাজরাবু লোয়নররুম্মী।

হাওখুল্লাকপনা ওফিস মঙ্গু চংখ্রিডৈদা খাও পুবা নাজরাদি ওফিস মপান্দা কমডুনা লৈহৌই। নাজরা মচিন্দা নীংঙমদবা বাহৈ খরগা লোয়ননা মতোমতা মুরুম-মুরুম শোঞ্জে। মানা মুরুম-মুরুম শোঞ্জ রিবা মরোল অদু খঙলদুনা মনাক্তা চংশিল্লগা লাইরিকয়েংবম ধনঞ্জয়না "ইবুঙো নং চৎশি লাকও" হায়রগা শাগল পায়দুনা মুহম্মদ সানিগী মনাক্তা পুশিল্লকই। অদুগা হায়রকই— "বড়সেনা, অঙাং অসি মশক খঙত্রা হৌংবিয়ু।" মুহম্মদ সানিনা অঙাং অদু উবদা মশক খঙলদুনা মাগী ফমফম গদী মথক্তগী মপা মচা অনীদু খুৎ পায়নদুনা মুশাবাহ (মতম কুইনা উনরুদবগী হরাও তয়াম ফোংদোকপা) তৌনৈ। অসিগুম্বা হরাও তয়াম্বগী ঈপাকথক্তা তাওরিডৈ নোংশামৈ অথৌবনা মচান্নুপা নাজরাবু মহাক্তা লৈনজগে হায়না মুহম্মদ সানিদগী অয়াবা লৌখি। মুহম্মদ সানিস্থু প্রেমদগী অদুবু হিক্তোকপা ঙমদ্রদুনা য়াথোক-খিবনি। নোংশামৈ অথৌবনা নাজরাবু অপোং হিংগোলদা শেখ জলালীগী মচা শেখ বনিয়ানগা অনীমক অচান-মীরাই নাইদনা চপ মান্নবা থম্বীখি।

নহানডৈ শাহ কুলসুমসু খৌবুম তম্পাক্তগী খোক্লকপগা লৈমা নোংথিল চাইবীনা (খাগেম্বগী লৈমনা) মহাক্তা লৈনজগে নিংথৌ থুয়া খাদা সেবা চৎনহনগে হায়ববু নাম্থোকপা ঙমদ্রদুনা হরাও-হরাওনা য়ানখি। শাহ কুলসুমসু লৈমা নোংথিল চাইবীগীদা লৈখিরম্মে।

পাসা মুসলমান লাক্লুনা মণিপুরদা লৈরে অমুকসু মীর অহুম লাক্লুনা লৈরে। অসুম্না মণিপুরদা লৈরিবা মুসলমানশিং মৈদিংঙু খাগেম্বনা মচা মনাইগুম্না নাওকোন্দুদা লৈরবদা মুসলমানশিংবু মাগী মাগী শিম্বা পীথোক্লুনা থবক তৌহনখি। খরনা ইঙ্খোল কোয়হল্লি, খর অমনা সিপাই ওইহল্লি, খর অমনা লৌ উহল্লি অদুগা খরা অমবুনা

লৈবাক্কী হায়েল থৌদাগী খবক তোহল্লম্মী। চকপ্রা লৌউবশিংদা লৌউহল্লম্মী। মথোয়না উবা লৌউদি মহৈ-মরোং য়াম্না নীংথিজরম্মী ফৌকৈদোম অমদা লৌহোন ওইনা ফৌ ময়াম হুম্মিল্লগা ফৌ অহুনা পুমংকক চাওরক্লবা মতমদা অমুক ফোইরগা মপূন মচা পুল্লগা অতোপ্পা মকম অমদা লিংথোকই। মপুন মচা মচা শাহুনা মথং মথং লিংথোকনবা থম্বৃ পোইরৈচা লৌউবশিংনা মৈদিংঙুদা পাউহংলুই- "ইনিংথৌ পাসা মুসলমানশিং অসি ফৌ ফোইদোক্লগা মপুন মপুন পুনশিন্দুনা থমগ্রে, মরৈবাক্তা চেনখিদৌরমায়ে।" অমুকন্দ সনা কৈথেল কাহুনা মরুপ-মপাং ময়াম তিম্না চীঙ্গাক লৈরুরে, পোইরৈচা লৌউবনা মৈদিংঙু নিংথৌদা হাইমলুরে— হে নিংথৌ য়াইকবা ও! ময়াং লাংজিংবা ১৫ না লোইমোম ফোবুম্না হুনজিল্লগা লোয়না ফুকতোক্লে। মখোয়না তৌরিবা অসি করিনো? মীরৈবাকচা ময়ামসি হন্দুনা মরৈবাক্তা চেনিংলমায়ে। লাইরেল মৈদিংঙুনা হাইমলকই— থোংনাং মরোল খঙবা ময়াংলোন হৈবা সাইরেন নোংশামৈ অথৌবনা পুংবুম্নাবা হৌখিকৈদা (চংখ্রিকৈদা) লোংনা চেল্লগে হায়না থৌরাংলে হন্দুনা অহিং ইন্নুংমদা পোইরৈ পনা খুন্নোং মরিমনা খোমজিল্লগা লাম্মী ১০০৭ কী লানজিংলেন মুহম্মদ সানিগা লোয়ননা অকনবা ১১ গা অকোং অথৌবা, মোনাই অকম্বা, অরুপ অথৌবা, সুলৈয়া অকম্বা, ফাইতোং অথৌবা, মুনৌয়র উর্ফে মুনন লানজিংবা, নমফা অকনব, অমান লানজিংবা খেন্তাও অথৌবা, কাম্বা অকনবা ১১ মগা ইন্নুংমদা সেম্বী কোন্দোং তানা পুরে।[28] পোইরৈ লাম্মীনা কোয়না শংলে। লাইরেল মৈদিংঙু খাগেম্বনা পোইরৈ লাম্মী থোম্না সমশোক পনয়া থেংগে কবো ঙমখৈ কংগে হায়না লান হৌরক্লে। লান অহুদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা মায় পাকপগী মওং লৈত্রবদা অমুক হন্দোরক্লে। চীংমী মরিং অমসুং তরাওনা লম্বী খুদিংমক কোইশিন্দুনা মৈদিংঙুবু হাংননবা থৌরাং তৌহুনা লৈগ্রে, অহুগা অসোমদনা চীংমীশিংনা মণিপুর

28। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ২৩, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

তম্পাক্তা লাম্দারক্লে। অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা মীতৈ লাম্মীনা থাগেৎবা নিংথৌবু মরিং অমস্থং তরাওশিংদগী মথ্বায় কল্পনবগী উপাই লৈরক্ত-বদা নোংশামৈ অথৌবনা মুহম্মদ সানিদা হায়রকই— "লোইবী চীংমীশিংনা মণিপুর তম্পাক্তা লন্দারক্লবনিনা ঐখোয় হৌজিক পোইরৈ সনা লৈবাক য়েৌদবা য়াদ্রে। অতুবু লম্বী মায়গৈ মরিদি লমখোং ফুন্দুনা লৈগ্রে। সেখী কোন্দোং লাকপা, কবো কিয়াং লাকপা মংশা লাকপা, তুমু লাকপা মরিমকপু কৌবদস্থু মরিং তরাওগা লো-মামবদগী লাকখিদ্রে। সেন নংগী নথৌনানা পোইরৈ সনা লৈবাক য়োনবা থৌদাং করি লৈবগে, তাঙ্গা অসিদা অরৈবা শক্তি ফুদোক্লো। মুহম্মদ সানিনা পাউথুমকই— হে লাইরেল নোংশামৈ অথৌবা ও! লোইবী মরিং তরাওনা পামেল খোঙকাপ লম ফুনগ্রবস্থ লেয়ে তাবু কানবা ওায়ীন তকম্র তকথায়গে লম্বী লমকাওহনগে। অতুগা কিয়াং লাকপা, কবো কোন্দোং লাকপা, মংশা লাকপা, তুমু লাকপা মথোয় মরিবুস্থ হৌজিক ইকুই কুইদনা শামু খুৎ তুংবুম্না কাক্লগে" হায়রগা ফিরোই ফিদম, কিমু, লানপোৎ য়েম্থোক্লে। খুংগু খুংলাই নোংমৈন-চিংবা পুমমক সিপাইশিংদা পীথোক্লদুনা অহোং অমদা লানগী লাল্লোং শীল্লে। অহোং অমদা তুমু লাকপা, কবো কিয়াং লাকপা, সেম্বী কোন্দোং লাকপা, মংশা লাকপা মরিমকপু মথ্বাইদি মাংহন্দনা নোংমৈ তোকনীংনা শুনা শামু খুৎ তুংবুম্না কবো লাম্মী চামঙা শুনা কারগা মৈদিংগু থাগেম্বদা কৎলুবদা থাগেম্বা নিংথৌনা পুক্লীং পেল্লদুনা থৌ-জাল মায়োক্লেয়ে। অসিগুম্বা থবক থৌরম অসি পাংথোক্লবগী তুংদা অমুক তরাও মরিংশিংগী মথক্তা লাম্মীশিংনা ফুজিনথিদুনা লম্বী লম্ফুল-লম্বা অতু লমকাওনহল্লে। থৌদোক অসি মৈদিংগু থাগেম্বনা অদুম্না হায়খি—"হে পোইরৈ অথৌ লীচা হন্দক মন্থং অসি মরিং-তরাওনা থৌরাংলম্বা অসিদি মাং-তুং অনীমকপু কাগুপ য়ৈনা চপথাইদুনা তুম্না হাংকে তোরহনি। সেম্বী কোন্দোং লাকপা, কবো কিয়াং লাকপা, মংশা লাকপা, তুমু লাকপা মথোয় মরীবু বড়সেনা লানজিং-

লেম্না তানশিন্দুনা কারমত্রবদি পোইরৈচা অয়াম্বা মাংঙৈনে ।

লাইরেন মৈদিংঙ চিংলেন নোংদাই নিংথৌরেলগী সনামখোংখাদা "লাইরেন নোংশামৈ অথৌবগা মুহম্মদ সানি লানজিংলেনগা অনীমক্তা মরিং লানয়াম কাবগী বারী মুংঙাইববু বারী মরম তত্তুনা লৌশিং মতোল লোম্না শামু থাংচপ্পা পাউদম্নবদা মৈদিংঙ খাগেম্বনা কল্লকপেন্না হল্লাও পুক্লীং থুংনা কৈব্রা তাম্বোং য়ৈনা কংলা মীনোকখোল চাওনা নোকচখি ।" মুহম্মদ সানি লানজিংবগী মথৌনাবু কল্লকপেন্না শৈশকখি । অতুৈ তৌবুল বিষ্ণুপুরগী লানফমদা মথৌনা লৈনা শোক্লখিবা লান খুশোক্লা, শেষী কোন্দোংগী লানফমদা মরিং অমস্তুং তল্লাওগা পাঙ্গল কনা শোক্লখিবা লান খুৎশোক্লা থোকম অনী অতুবু পেম্বিরতুনা মুহম্মদ সানিদা "পাঙ্গলবা" মীংথোল অসি পীবিখি । লোয়ননা মুসলমান সিপাই ময়ামবুসু "পাঙ্গল" কৌবা জাতি অমা ওইনা মীংথোনবিখি ।[29]
পাঙ্গলদগী থৈথরক্লনা "পাঙল" হায়বা বাহৈ তাখি ।[30]

মুহম্মদ সানি মীরৈবাকচা লানজিংলেনগী মথৌদাং তোমখীন ঙাম্বা মতৌবু পেম্বিরতুনা মুহম্মদ সানি অমদি মাগী লানজিংবা ১৩ গা লোয়ননা লৌচা পীবিখি । লৌ ফংখিবা মীওইশিংদি :— লাম্মীয়াম্বা কুলসুম, অখোঙ অথৌবা, মুনান উর্ফে মুনৌবর লানজিংবা, অরুপ অকনবা চুলৈয়া অথৌবা, নমফা অকনবা, ফাইতোং অথৌবা তুময়া অকনবা, খময়া অথৌবা, অমান লানজিংবা, খেন্তাও অকনবা, অকোং অথৌবা । মখোয়না ফংখিবা লৌগী মীংদি— মিয়াম লৌ, কুলসুম লৌ, পুনোম লৌ, মুনৌবর লৌ, সপ্রা লৌ, কস্রা লৌ, অরুপ লৌ, চুলৈ লৌ, নমফা লৌ, ফাইতোং লৌ, খময়া লৌ, অমান লৌ, খোন্দোং লৌ, অকোং লৌ, খানলৈ লৌ হায়না মীংথোন্না লৌই-এ । কাজী মুহম্মদ সানিগী য়ুম মোইরাংখোম জন্মস্তান মোংবা হুবগী মখা থংবা পক্তা লৈকাইদা লৈখি । শাহ

29। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ২১-২৩ অইবা—রিফায়ৎউল্লাহ
30। —do— পেজ ২৩ —do—

কুলস্থম, কামরান উর্ফে লাগ্গায়াম্বগী মচা মেনৈ কৌবীবু নুহোংবীরগা মুতুমচা শিংজা পৈ (শিংমৈ) দা য়ুম ইখোল পীবিরদুনা লৈহল্লে।[31]

খৃঃ ১৬৫২ লোইদাম ফাইরেল থা ১১নি পানবা নিংথৌকাবা হুমিত্তা প্রমিও লৈবাক্কী ইশহাক আলি মুল্লাহ কৌবগা মোমন্নু তালোয় মরুম্বি বিবি ফাতিমা মশানৌ মুসতাক আলি মুল্লাহ কৌবগা ক্ষেত্রিদাসি বামোণ সিতারাম কোনোক তাখিলা, কোনোক বাসুদেব মখোয় ৭ খোক্লকপবু তখেল লমদাংশাং লমথোক্লকপদা কৌইবি কবুইনা য়াংলৌ লম্বি লম্মখাংদা ফাগ্রবদা মশানৌ ইসহাক আলি মুল্লাহ কৌবগা ক্ষেত্রিদাসি বমোণ সিতারাম কোনোক তথিলা মরিমদি নিংথৌগী মখোঙ থাদ থুংখরে। মশানৌ মুসতাক অলি মুল্লাহগা মতৈমা বিবি ফাতিমা কৌবিগা অনিমদি লোইবি কবুই ময়ুরেন্না তম্নুম নাই ওইনা ফাহৌরে। ইশহাক আলি মুল্লাহদা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা "নিংথৌ ঐবু নিংবগী লাকপ্রা, করি লৈবাক্কী লাকপনো ? মশক খঙব্রা কাজী মুহম্মদ সানি" হায়না হংবদা বাহুমকই—তরফ সনা লৈবাক্কী নোং-পোক মৈরমদা লৈবা মৌজা অমগী লানজিংলৈননি, নিংথৌগী চাকহোং ভাহোংবা লৈবাক্তা লৈজবা পামদুনা য়ৌরকপনি হায়রিএ।" মৈদিংঙু খুঞ্জাওববু নিংবা মনাইনি হায়না নিংথৌনা চাকথা পীনা অপোং ইখোলদা লৈহল্লে। বিবি ফাতিমাবু কাবুইনা ফাহৌবদু লাই-রিক য়েংবম অতোম্বদা মীনাই ওইনা অমুক য়োল্লুকলে। মীনাই ওইনা য়োল্লক্লবী ফাতিমা লাইরিক য়েংবমচা অতোম্বগী কৈথেল পোংয়োম্বি ওইনা শিজিন্নদুনা নিতি নুমিৎ খুদিংগী পোৎ য়োলহল্লম্মী। মহাক্না কৈথেলদা পোৎ য়োল্লিঙৈদা ইশহাক আলি মুল্লাহ নিংথৌনা চান-বিবা অমা ওইনা শাগোল তোংদুনা নিংথৌগী কোন্নুং কাবদা বিবি ফাতিমান উরম্মি। বিবি ফাতিমানা শগোল তোংদুনা লাক্লিবা ইশাহাক অলি মুল্লাহদা হায়রকই "হে নিংথৌগী মনাই অচানবা ভাইহাক মীৎকুপ অমদং লেপ্পিখো, লাইবক খিবি ঐবু লাম্না থনবিগনু

31। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা", পেজ ১৯, ৩৯ অইবা—রিকায়ত্উল্লাহ

করিগুম্বা ৱাহৈ অমা অনিদং হায়জগে।" "করি ৱানো হায়বিয়্, করি অৱাৎপা লৈরবগে?" "ইরুম ময়াং লৈবাক্কী চাকহোং ভাহোংবা মণিপুর সনা লৈবাক্তা লাকমিন্নবদা লম্বিদা লোইবী কবুই ময়ুরেন্না তমুম নাই ওইনা ফাতিমাবু ফাহৌরে, ইশহাক আলি মুল্লাহ ইপুরোই-বদি নাম্বোক্তুনা চেনখ্রগা মণিপুর মৈদিংঙুগী খুয়াখাদা ৱাইথুংখ্রে। মহাক অদু চেংলৌ শক উনব্রা নখোয় নরেং নমামবনি হায়দুনা হংজ-বনি।" ৱাহৈ অদু হেক তাবদা ইশহাক আলী মুল্লাহগী ৱাখলগী পর্দা হাংদোকখিদুনা হৌখিবা থৌদোক্কী মমি মথং-মথং উরকখি, লোয়ননা ফাতিমাবুসু শক্ থঙলে। ইশহাক আলি মুল্লাহনা হায়রকই- "ফাতিমা, নংবু কবুই ময়ুরেন্না ফাহৌবদু করম্না নাম্বোরকপনো, মফম অসিদা অসুম্না পোৎয়োম্বী ওইদুনা লৈরমগ ন হায়বা থাজরুদে। ঐনি ইশহাক আলি মুল্লাহ অদুবু, অদুক হায়গ্ন নং করম্না মফম অসিদা কৈথেল পোৎয়োম্বী ওইরাম্লবনো? কবুই ময়ুরেন্না মথং য়োম্বোক্তনা লাইরিক য়েংবম অতোম্বনা লৈরক্লগা মাগী কৈথেল পোৎয়োম্বী ওইনা লৈরক্লিবা অসিনি হায়না বিবি ফাতিমানা পাউদমজখি।

লাই'রক য়েংবম অতোম্বা হায়বদুগী ময়ুম চৎশি হায়দুনা মতৈ-মনাও অনীমক খুৎশমনা লাক্লগা মৈদিংঙু খুগ্গাওবদা চংজরে। লাই-রিক য়েংবম অতোম্বদা ৱারম মতোন লোম্না মৈদিংঙু খুগ্গাওবনা পাউ-দমহল্লবদা তমুম নাইকোক হন্দোকপীরে। বিবি ফাতিমাবুসু মহাক্কী তালোয় ওইনা পুখ্রে। খৃঃ ১৬৫৩ কালেন্থাগী হুমি পাম্বা শগোলশেন নুমীৎ মশানৌ মুশতাক আলি মুল্লাহসু ৱাইথুংলরে। নিংথৌগী চরণদা ৱাইথুংলবগীদমক মাবু নীংবা মনাই অচানবনি হায়দনা নিংথেম মাইবী হঞ্জবীদা মুশতাক আলি মুল্লাহবু খুৎশিন্নরে, খুৎশিন্নদুনা নাওয়োক হল্লবদা মাইবী হঞ্জবীবু নিংথৌ পুক্নীংনা পেম্না থোজাম্বীদুনা লমলেন মদাইমা পাৎশোয় লমজাউলেনবু পীবিরে। পাৎশোয় লমহনবু নিংথেম মাইবীদা পীবিখি। মুশতাক আলি মুল্লাহবুনা পাৎশোয় লমহনবু শেম্ন-

হুল্লে। পাংশোয় লমহমবু পান্নে শেন্নে হায়রতুনা পাংশোক চাবা কৌনখিএ।

মচিন-মনাও অনীমক্কী শাগৈগদি ইশহাক আলি মুল্লাহবু কোন্থা কৌবা মফমদা ইহান হান্না মুম তাই হায়তুনা "কোন্থা মমুম" কৌনখি। মুশতাক আলি মুল্লাগী শাগৈগদি পাংশোয় চাবা কৌনরম্বদগী "বাশৈ মমুম" তারকখি।

খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭ অসিদা মৈদিংঙু পাইখোম্বনা নিংথৌ ওই। মহাক্কা নিংথৌ ওইবা মতম খৃ: ১৬৭৯ দা সিলেটকী মঙ্গং চন্না লৈবা মকক লৈবাক্কগী লখিয়াফুল, গুনারফুল, মাস অমো কৌবা নিংথৌ মচাশিং মখোয় অহুম মণিপুরদা থোক্লকই। মখোয় মচিন-মনাও অহুমগা লোয়নরকপা মীওই মশিং ৩৭ নি। মখোয়শিং অসিগী মমিং-জিন্নতুল্লা শেখ, লৈথৌ, শেখ জলালী, ককচীং তাবা, পোইনাম চান্দ, মুহম্মদ শাহ, অকুন শেখ, ইসমান খান, প্রতাবন, হমুন, কৈনৌ তাবা উখা দৌলত, হৈবান শেখ, উরণ খান অসিনচিংবা মীওই ৩৭ থোক্লকই। মকক লৈবাক্কী নিংথৌ মচাশিংগা লাকমিন্নখিবা শেখ জলালী অতুগা কাজী মুহম্মদ সানিগী মচা মুসলমান নিঙোলনা পোকপা নাজরা মবানিবু (লাইরিক য়েংবম ধনঞ্জয়) নোংশামৈ অথৌবনা মচা মমাওগুম্না অচান মীরাই নাইদনা নাওয়োক্তুনা মবানিবু অপোং ইথোলদা লৈহল্লগা কত্রং লংনাইবগী থবক তৌহল্লমী। নাজরা কৌবনা মুম্নাম চঙ্গু য়াংবীবু তালোয় ওইনা ফংজরগা মপারী পুন্সি থোয়রী, নমথোক্ অম্নমমা ফংজখি। নাজরাগী মুম্নাক শাগৈগদি লমশাং তাওথোংদা ইহান হান্না তাই হায়তুনা "তাওথোং তাবা মমুম" হায়না মৈদিংঙু খাগেম্বনা মমিং থোনবিখি।[32]

শেখ জলালীনা মচানুপা অনী পোকই। প্রতাপ, বনিয়ান কৌই। প্রতাপনা অমু পোকই।

32। "য়াদ দাষ্ট কুসি নামা" পেজ ২২, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

মৈদিংঙ্ পাইখোম্বগী মতমদা গুজরাট লৈবাক্তী মীওই খরা পুতুন খান, সেলিম খান, মিনার খান, লুকমান খান, মিলেন খান মখোয় মঙা কেত্রিদাসী রাম নারায়ননচিংবা মীওই নিপালগা মখোয় ১৩ মণিপুরদা থোক্লকই। মখোয়না থুংলরবদা ময়াং মরোন হৈবা কাজী মুহম্মদ সানিনা করি বারম লৈবদগী মণিপুর সনা লৈবাক্তা লাক্লিবনো হংই। পুতুন খান, সেলিম খান, অনীনা খুম্মী—"হে রাজা নিংথৌরেল, করিস্থ থোইদোকপা মরম লৈজদে। ইনিংথৌগী লুংভাইরবা লৈবাক অসিদা লৈজগে, তম্মুম নাই ওইনা থোগল কংজগে লাকপনি।" বাহৈ খরহু তাবদা মৈদিংঙ্না পেম্বিহুনা মহাক্তী অশেংবা মনাইশিংনি খম্দুনা তালোয় মুপী পীহুনা কুচু থোংলাংমৈগী খা পাংবল রোমদা শংলাংমৈগী মনাক্তা শঙশানা লৈহনখি।

# কুমশাক ১৬১৯ (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯)

## মৈদিংঙু চরাইরোংবনা পাম্বা

খৃঃ ১৬৯৭ তা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্না পাম্বা মতমদা মনিপুরগী ঙমখৈ মাংদনবা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নবা হৌরকখি। মহাক্না পান্নিরিবগী মমাঙদা মণিপুরগী ঙমখৈ ঙাকপগী থবক হৌদোকখিরম্লে। মণিপুরগী ঙমখৈ মাঙদনবা অরানচিংবা য়েক্ন-বশিং লানশিল্লক্কনবা অকনবা চেকশিন থৌরাং লৌখৎতুনা পৈরা-শস্ত্রী থমলগা লৈবাক্কী ঙমখৈ ঙাকহন্বা হৌদোকখিবদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদনি। মহাক্না চেকশিন থৌরাং লৌখৎতুনা লৈপক্কী ঙমখৈ ঙাকহল্লম্বগী মহুৎ ওইনা চহি কয়ামরুম মণিপুর শান্তি ওইরম্মী অমসুং চাকহোং ঙাহোংলম্মী। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা পাম্বা মতমদা শান্তি ওইরম্বা অমদি চাকহো-ঙাহোংলম্বত্থু ফীভম ফংচিল্লক্লে, অমদি লুৎ-পাট হেঞ্জিল্লক্লে। মণিপুরগী ঙমখৈ মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈরক্লে। অসিগুম্বা মতম অসিদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা হান্নগী মতৌগুম্না ঙমখৈ ঙাকপগী থবক হৌদোকখিবনি। মণিপুরগী লোইচৌ লোইয়াশিংদা চীংমীশিংনা লাক্লগা লুৎ-পাট তৌরকখি অসিগুম্বা লুৎ-পাটতগী থীংনবা অমসুং মরিং তরাও অমদি অরাশিং লানশিল্লক্কনবা পৈরা শস্ত্রী অসি অমুক থমখিবনি। মণিপুরী মুসল-মানশিংনা মতম-মতমগী নিংথৌশিংনা মখল-মথেল থৌদা কয়া পীরকখিবত্থু অদুম শরুক য়াথুনা লাকখি অমদি পাংথোকখি। খাগেম্বগী মতমদসু মুসলমানশিংনা মণিপুরগী খা অমসুং নোংপোক থংবা ঙমখৈবু ঙাকখি। ঙমখৈ ঙাক্লবগী লানবল কয়া শাথুনা লৈরম্মী। লানবল

শাহ্না লৈরম্লিবা মফমশিংদি— ফুট্রে, হৈরোক, উখোংশাং, মালোম খোংনাংবন্দ, চঙমদবী কংলা উকোক, ময়াং ইফাল অমদি পাঙল তাবীনি ।[33]

মথক্তা পনখ্রিবা লানবলশিং অসিদা শক্তীগী লিদর ওইখিবশিংদি ফুট্রেগীদা ফুট্রে ময়মনা ওইখি। হৈরোকী লানবলদা বাং ময়মনা লুচাংখি। উখোংশাংগী লানবলদা ফুসমনা, মালোম খোংনাংবন্দনা খুল্লাকপম, মকক শাগৈ অনীনা লুচাংবা ওইখি।[34] চঙমদবী কংলা উকোক লানবলদনা শাজবমনা লুচিংবা ওইখি। ময়াং ইফাল অমদি পাঙলতাবী মকম অনীনিংদ ইফয়া লুচিংখি। অতোপ্পা শাগৈ অয়াম্বনস্থু ইফয়া লুচিংবদা মতেং পীখি।[35]

চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইবা চহী মঙা শুরবদা খুঃ ১৭০১ ছিয়াগী থা ২৯ নি পান্বা ইরাই মুমিংকী অহিং পুং ১ (অমা) তাবা মতমদা খাগোকপম কোইরেং, মেরৈ ঙাংবা, অঙোম ললহাং অমস্তুং পাঙল শাংকাক মরিমনা সনা-শাইজীন্দ মৈ থারবদা মৈদিংঙু চরাইরোংবা লৈমা নোংথিলচাইবীবু খুৎতা শম্না (খুৎশম্না) চোংথোরক্লে। মেরৈ ঙাংবগা হকথেংননা মায়োক্নরবদা নিংথৌনা হায়মলকই— "নিংথৌ ঐনী থরাই হকচাং ওইরিবা ইতাওদি শাম্বী মৈকম্বা চংলকপ্রা ? ইতাও সনা য়ুমজাও খম্বা ! য়োইবু য়োইহেন পুন্নমক অমাঙ-অতা থোক্তনবা নিংথিজনা মৈ কন্নীয়ু।" হায়রম্নগা নিংথৌদি চেম্না লৈথোকখ্রে। নাওশমচা পুখ্রম্বনচিংবা মখোয় মীয়াম অমনা ইবুংঙো লোয়ম্ববু নিংথৌ শেমগে থৌরাংলবদা থোংলেন শগোলখোং লাইরেনমা কলিকা শঙ্গাই য়ুমক্তাও মৈ চাক্লিঙৈদা মনাই অনীমদি চারু শি-এ। মৈ থাবতু

33। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ৩০, অইবা— রিফায়তুল্লাহ
34। মালোম খোঙনাংবন্দদা লানবল লুচিংবা ওইথিবা শাগৈ অনী অসি চরাইরোংবগী মতমদতনি। খাগেম্বগী মতমদদি খুল্লাকপমতা ওইখি।
35। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ৩৮, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

করিগীনো খংদহনা থা অহুম হিয়াঙ্গৈ, পোইন্নৈ বাকচাং কাওবা লৈরক্লবদা নিংথৌ, মেলৈ ঙাংবা য়াওববু খঙলবগী "ইভাও ঙাংবদি মাঙলগনি" হায়না খঙদ শানা লৈরক্লে। কাইরেন ১৫ নি পাম্বদা তশেংনা বারম তক্কনা হায়রবদা নাওশমচা পুপ্রম্ববু চিংনা ইবুংঙো লোয়ম্ববু শেম্ববদা অরাম্বশিংবু হংনরগা তৌরম্বা অশেংবা ওইরম্বগীদমক নাওশমচা পুপ্রম্ববু কৌবরেন্দা পীনা হাংখি।

খাগোকপম কোইরেং, অঙোম ললহাং মেলৈ ঙাংবা, পাঙল শাকোক মরিমদি কাংপোকপীদা য়াম্ন থিন্না হাংখি। নিংথৌগী পেন্দবা মোলোম মৈনিংচিংনা মেলৈ ঙাংবা, খাগোকপম কোইরেং অঙোম ললহাং, পাঙল শাকোক মরিমগী ময়ুম মকৈ, মরল-মথুম, মচা-মনাই খোমগৎলুবদা মায়মুনা হায়খি— ঐগী ইমাগা পোক্লবা ইকুনে, ঐগী লন-থুম সু থমহনখি হায়দুনা মাল-চাং মুম্নরুই। শিংজমৈ ঙাংবনা মনাই ঙশিংবদি ঐগীনি হায়রুই, লৈশাংবা খুঙমনা লৱায় কোৎঙো কৌ চাংপোং অহুম খমজখি হায়না লম মুম্নরুবদগী শিংজমৈ ঙাংবা মায়মু পীখাংবা লৈশাং খুঙম সৈয়দ সুলৈমান মতু-মচা মনাই ঙাশিংবনচিংবা নিংথৌগী মোলোমদগী মখোয় ভরকমবু সমু তুংবুন্না পুখৎলবদা নিংথৌ বাথল চাওবনা সৈয়দ সুলৈমানদি কাজী কম মাঙবা ভারে মথৱাই মাঙকদে খন্দুনা মথৱাই কন্নীহৌই। সৈয়দ সুলৈমান কাজী ওইনা লৈহৌই। শিংজমৈ ঙাংবা মায়মু পীখাংবা লৈশাং খুঙম মনাই ঙাশিংবা ঙাংবগী মপান্না ৫ দি মাৰ্জিং লাইদা পীনা হাংখি-এ। অয়াম্বা তুম্না হাংগ্রবসু ঙাংবগী মুপী মীরোম্নিবী কপয়াই নিঙোলদি মপামদা লৈখিবনা হাংল শুনবদগী হিংহৌরে। মপামদা অঙাং নাওয়েক ভয়ে, মমিংসু কোবা থোন্নে। কাজী সৈয়দ সুলৈমান নোঙ্গাপ্রবদা থারা থনমজে। মতম খরা মণিপুরদা মেরাই কাজী মুংলুরে। মৈদিংঙু চরাইরোংবা হৌখিবা মাগী পুন্সিদা ওন্নবা নীতি, ধর্ম্মনা য়াদবা থরা তৌগ্রবরা? মশাদা অনাবগী লাইথে চোংথোরক্নে। মাইবা-মাইবী খেলচাং য়েংহনবদসু মরাল লৈত্রবা মুপী অঙাং

ষণ-ব্রাহ্মণ কয়া হাৎখিবগী ওইনা লাইফাওরক্লে। ইবুঙো লোয়ম্বম্বু নিংথৌ শেমগে তৌরম্মী হায়দুনা চৈরাক পীখিবশিংদা হেক্সিনখিবদি মেন্নাই ময়ুম শাগৈদনি হায়বা মৈদিংঙ্‌্‌ চন্নাইরোংখনা ভাব তান্নদুনা মনাই অচানবশিংদা য়াথং পীখ্রে— "ঐগী লৈবাক অসিদা কনাগুম্বা মেরাই মচা অমত্তং লৈত্রা থিরকউ। মহাক্কা ঐ কোকথোক্লগে, মহাক পুম্ব কাজী হাপকে।" নিংথৌগী য়াথংনি, মনাই অচানবা ময়াম মেরাই খিবগী থৌদা মখাদা চৎনখ্রে। মতম শাংনা থিরক্লে, খিবা থওদ্রে। কাইনথংদা খুম্প্রাশিংগী চৌনবুংদগী লিখুন অমা ফংলদুনা কপয়াই তান্না চৎলে। কপয়াই য়ৌরদুনা অঙাং অদুগী মমাগা ৱান্নী শানরে। নিংথৌ মনাই অচাবনা অঙাং মমাদা হায়রকই- "ঐখোয়না লাক্লিবা অসি মৈদিংঙ্‌্‌গী য়াথংনি, নং অশেং-অশেংবা পাউখুমদমক পীবিয়, নত্তা ওইদবা অমত্তা হায়বিন্নু। নংগী অঙাং অসি করি শাগৈনো? মমিং করি কৌই?" অঙাং মমানা হান্নরকই— "ঐগী ইচা অসি মমিংনা "কাবা" কৌই। অঙাং অসিগী শাগৈ জাৎতি চৌংমীনি।" নিংথৌ মনাইনা মখা তানা হংলকই "অঙাং অসিগী শাগৈ জাৎতি মুসলমান নত্তব্রা?" "নত্তে, মহাক মুসলমান নত্তে চৌংমীনি।" অশেংবা পাউ ফংদবদগী নিংথৌ মনাইশিং সনা কোন্নুংগীদমক কপয়াই থাদোক্লয়ে, নিংথৌ কোন্নুংদা হাজির তৌরদুনা মৈদিংঙ্‌্‌দা হন্দৎলি— "ইনিংথৌ! কপয়াইদা মেরাই শাগৈ লৈতে, অঙাং মমাগা ৱান্নী শানরক্লে, অঙাং অদু মেরাই নত্তে" হায়দুনা মখোয়না শানরকপা ৱারিশিংদু মতোন লোম্না তাহল্লবদা মৈদিংঙ্‌্‌না হায়রকই— "নখোয় মফমদুদা অমুক হন্না চৎলো শোয়দনা মহাক মেরাই শাগৈ ওইগদবনি। নখোয়না মমাদা হায়মু, করিম্নু চিংনবা, অকি-তুজুংবা তৌগন্নু। মেরাই শাগৈ মচা অমবু নিংথৌনা অচানবা মনাই ওইগে, মহাকপুম্ব কাজী হাপকনি হায়রি হায়বদম্ব হায়দোক্লবদি অঙাংগী মপাগী মমিং, মপুগী মমিং মপু পোকপা মপুথৌগী মমিং হংউ। অঙাংগী মমিং "কোবা", মপাগী মমিং "ঙাংবা", "ঙাংবগী মপাগী মমিংনা নহারুপ হঙ্গবা, নহারুপ হঙ্গববু

পোকপদি মেরা য়াংবনি হায়না পারোল-পুরোল থারক্লবদি মহাক অহু অশেংবা মেরাই মচানি। অহুনা মমা-মচা অনীবু পুরক্তবা য়াদে” হায়না শিন্নরবদা নিংথৌগী মনাইশিং কপয়াইদা অমুক হনগ্রে। কপ-য়াই য়োরবদা অঙাংগী মমাগা রারী শানবগী মতাংদা নিংথৌ মন'ই অচানবনা হায়রকই— “অঙাংগী মমিং করি কৌবগে? অঙাং পোকপা মপাগী পারোল-পুরোল চায়য়ু।” হায়না থাহল্লবদা অঙাংগী মমিংনা কোবা, কোবগী মপাগী মমিংনা ঙাংবা, ঙাংবগী মপাগী মমিংনা নহাকপ হল্লবা, নহাকপ হল্লবগী মপাগী মমিংনা মেরা য়াংবা কৌই। মমিং-মথা, পারোল-পুরোল চুম্নরবদা নিংথৌ মনাই অচানবনা হায়রকই— “অঙাং মেরাই অসিবু কাজী ফম হাপনবা নিংথৌনা থিরিবনি। অহুনা নমা-নচা অনীমক নিংথৌগী কোন্নুংদা চত্তবা য়াগ্রে, চৎলশি।” অঙাং অহুগী মমানা বাহৈ অমা অনিদং হাযজগে হায়রকই— “অহুডৈ মেরাই তুন্না হাংখিবহুদা ঐগী ইচাসি মেরাইনি হাযবা নিংথৌদা খঙহন্নদা হাংপিখিগদ্রা হাযবা অকিবা লৈজে। ইম ইচা অনীনা কোন্নুং চৎলুবদা অমুক হাংপীখিগদ্রা? হাংপীগদবা ওইববদি অশেংবা পাওতাক পীবিয়্, ঐখোয চৎচবোই, লৈজাহৌগে।' নিংথৌ মনাই-শিংনা হাযরকই- “করিস্থ চিংনবিকগনু, হাংপ-তুপ্পা কবিমত্তা ভৌরোই। অশেংবমক অঙাং অসিবু কাজী ফম হাপকদৌরিবনি।” ‘অঙাংবু কাজী ফম হাপ্পীগদবা, হাংপী তুপ্পীরোইদবা লৈরবদি ইমা-ইচা অনী-মক নিংথৌ কোন্নুংদা চৎচরগে” হাযহুনা চহী নিপাল (৮) তা ঙায়রিবা কোবা কৌবা অঙাংবু পুবগা মমা-মচা অনীমক নিংথৌ কোন্নুং য়োবগ্রে। মৈদিংঙুগী মমাঙদা হাজির তৌরহুনা লৈরবদা নিংথৌনা হায়রকই— “নুপী নংগী নচা অসি মমিং করি কৌই?” অঙাংগী মমানা খুম্মী— “ঐগী ইচাগী মমিংদি কোবা কৌই। নিংথৌনা হংলকই— নচাবু মমিং কোবা থোল্লুবসি করিগীনো? “মপা শিগ্রবনি, মপা শিগ্রবা মতুংদা পোকপনি, মপাগী মায়থোং উবা কংজহৌদ্রবা অঙাংনি, অহুনা মপ্যাগী নিংশিংবা ওইনা মেলৈ ঙাংবা মীং অহুমক থোন্নিংবনি অহুবু মেরাই শাগৈ তাকডৈনা হাংখিবা সৈয়দ সুলৈমানতমক কাজী

ওইনা থম্লগা অদুদা ঐগী ইচাবু মেলৈ ঙাংবা মায়না মীংলেল্লরবদি শোয়দনা খাঙথক্তা পুন্সি কেমৈওনি থন্দুনা কিজ্জবদগী কোবা কোবা মীং অসি থোগ্গরবনি। হৌজিক্তি ইনিংথৌ মৈদিংঙু্না হাৎপীরোই, কাজী কম পিনবিরগে হায়রবদি মেলৈ ঙাংবা হায়বা অসি মীংথোগ্নীয়ু, অদুগা মীংথোল্লবা মতুংদা কাজী কম হাপ্লীয়ু।" মমাংগী হায়জ রাইৈবু মৈদিংঙু্ চরাইরোংবনা পেশীরহুনা অঙাং অদুগী মমিংবু মেলৈ ঙাংবা মীংথোগ্নীরগা মেলৈ ঙাংববু কাজী কম হাপ্লিখি। মেলৈ ঙাংবগী মতুংদি মেরাই শাগৈগী কাজী অয়ূক লাকখিদ্রে।"[৩৬]

কুমশোক ১৬৩১ (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) অসিগী লাংবল থাগী মরিনি পান্না থাংজ নুমিত্তা গুজরাট লৈবাক্তী লম্বোইবা মণিপুরদা থোক্লকপা মেরা থাগী নিপালনি পান্না শগোলশেল নুমিত্তা থুংলৈ। যোগী মথোয় মঙামক থুংলবদ মৈদিংঙু্না রাহমলকই— "যোগীশিং ঐগী লৈবাক্তা লাকপবু করি রারম লৈবগী ওইরবনো ?" যোগীশিংনা পাউথুম্লকই— "হে নিংথৌ লাইবু নিংব ও রারম করি থোইদোকপা অতৈ করিহ্ম লৈতে, মণিপুর সনা লৈবাক্তা অতোম পোক্লেন অচিবা লাইনিংথৌ নোংপোক মালং হুমোইবগী সনা খুভমলেনবু অরাপ্পা নোংচুপ মায়গৈ পাংবদগী লোইবী চৌংলেন অমা মালেম লৈদা তাদনা সুন্য অতিয়াদা লংনা পাইরকপনি হায়না নাতায়রে; অতোম লাইনিংথৌ হুয়া লাইরেম্মগী সনা খুদমলেপ্লি হায়ববু পুয়া লাইরিক অচৌবদা হায়রম্নদগী তীর্থ লাইফমলেনবু তপস্যা মঙম তৌজগে হায়না লাক-চবনি" হায়না পাউথুম্নবদা নিংথৌনা থম্মোয় পেম্না হরাও থোয়না হায়রমই— "হে যোগী লাইবু নীংবশিংও, নথোয়শিংদি করি করি খঙবগে, করম করম্বা শক্তি উংপীবা ঙম্নীরবগে হায়না যোগীশিংদা হংলক্লবদা, যোগী পেন্নরা কৌবনা থাম্নী মৈ থোকহল্লে, যোগী মোলোং কৌবনা লাইজ ঈশিং থোকহল্লে, যোগী লৈথুন কৌবনা মালেম লৈকুম্নুংদা মুমিং নিফু (৪০) নিবু চাক ঈশিংকা অমত্তা চাদনা লৈবা

৩৬। "য়াদ দাষ্ট কৃসি নামা" পেজ ৪৮, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

ওয়ে, যোগী বুতু কৌবনা তুরেল য়াংমদগী হি কৌবা ওয়ে। যোগী মওামক্কী মতিক মঙ্গন খওলবদা মৈদিংঙনা পেন্নীরহুনা পোং-চৈ, মাল চাং, তালোয় নুপী তয়ুম নাইনচিংবা পীবিয়ে। কাজী মুহম্মদ সানিগী মগুনুপা তোনবা খুল্লাকপগা সৈয়দ সুলৈমান কৌবগা মখোয় অনীদা মৈদিংঙ চন্নাইরোংবনা যোগীশিংবু শিন্নখি। খোঙজোম ভাখিয়াম, মোরী শোয়খোঙ মনাক্তা অকৈবী লৈকাই কৌবদা যোগী য়ুমশাং শারহুন' নিংথৌ চাকথা পীনা নাওয়োকখি এ।[৩৭]

পামহৈবা নিংথৌ (গরীব নিরাজ) খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ দা সিংহা-সনদা লেংখৎখি-এ। মহাক্কী সনা হক্তক্তা অরাদা লান্দাখি। লান্দা-খিবা অতুদা মুসলমান মচা কয়ামসু য়াওখি। লানকম অতুদা য়াওখিবা মুসলমান সর্দারশিংদি মকক শাগৈদা অনী মমিংনা খুঙম, মুবা কৌই, খুল্লাকপম শাগৈদা অনী মমিংনা ভৌবা, মকোরোক কৌই। বাশৈ শাগৈদা খুঙম, যোতে কৌবা অনীমা। মুগোল গ্রুপগী তোনবা কৌবা অমা, মোংদামচাদি খুঙমগা অরোইলাকোৎ অনীমা, পঠান গ্রুপগী বাক্রুলা কৌধা অমা, মুতুমচাদি মোইঙাং কৌবা অমা, যুদ্রে ময়ুমগী কিয়াং কৌবা অমা অসিনচিংবা লোয়নখি।

গরিব নিরাজ উগ্রলদা লান চৎপদা মুসলমান কয়ামরুম মাঙহৌই। মখোয়শিং অতুদি— বাশৈ শাগৈদা (১) লিক্লাই (২) খুঙম (৩) যোতে (৪) খোইখোই মরি অসিনি। ফুন্দ্রে ময়ুমদা (১) তাংখম (২) খোংখোং খাবোং। লুঙাই (নোংজাই) ময়ুমদা (১) চেংবা। য়াংব ময়ুমগী (১) তোকপা। তোলাইপাব শাগৈদা (১) তোনবা। খুল্লাকপম শাগৈদা (১) তোনবা (২) কোমান (৩) তেনবা (৪) বালা অসিনচিংবা মাঙহৌই।[৩৮]

খৃঃ ১৮১৯ ২০ দা মার্জিৎ মহারাজনা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। মহাক্না পাম্বা মতমদা অরানা মণিপুরবু মায়থীবা পীরগা মণিপুরীশিংবু

৩৭। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ৪৯, অইবা— রিফায়তুল্লাহ

৩৮। — do — পেজ ৫০ — do —

ওৎ নৈখি। মাজিৎ মহারাজগা মণিপুরী প্রজাশিং হাও, মীতৈ, পাঙলশিং অপুম্বগী শরুক অহুম থোকপগী অমা (⅓) ময়াং লৈবাক তান্না চেনখিরম্মী। মণিপুর থাদোক্লুনা চেনশ্রবা প্রজা ময়াম অহু অমুক খোমজিন্দুনা চৌর্জিৎ, মার্জিৎ, গম্ভীর সিংহ, নর সিংহ মচিন মনাওশিংনা অচৌবা মীচম প্রজাগী লাম্মী তেঙ্গোল অমা শেম্মম্মী। মী চাম্মঙা (৫০০) না শাবা লাম্মী তেঙ্গোল অহুনা মণিপুরদগী অরাশিং মায়থীবা পীহুনা তাম্মোক্লবগীদমক্তি। ইরৈবাকপু মীরৈবাকচা য়েক্লবা অরাদগী কলহৌনবগীদমক ময়াং লৈবাক্তগী লান্দারকপা অহুদা লৈবাক নীংবা মুসলমান জবান ২৪ য়াওরকখি। মখোয় ২৪ য়াওরকখি-বশিং অহু মমিংগা কোন্ননা পীজরি।[৩৯]

১। শেখ রিফায়ৎ উর্ফে খোয়দোংবা জমাদ্দার ইবনে লাঙোন লাইনীংবা; শাগৈ খুল্লাকপম।

২। শেখ বালা উর্ফে ইমামোত ইবনে মুল্লাহ; শাগৈ - খুল্লাকপম।

৩। শেখ অম্বহ উর্ফে গোকুল ইবনে সাজিদ, শাগৈ - খুল্লাকপম।

৪। মুহম্মদ নাজির ইবনে মাথৈকুদ, শাগৈ - খুল্লাকপম।

৫। শেখ খম্বা উর্ফে তোম্বু ইবনে হাসিম, শাগৈ - খুল্লাকপম।

৬। শেখ সুবোল উর্ফে শগোল মকোক ইবনে থিংগোম, শাগৈ - রাংমা তাবা ময়ুম।

৭। শেখ রশক, শাগৈ - অরিবম।

৮। শেখ সাধু, শাগৈ - অরিবম।

৯। শেখ লোবো ইবনে জান মুহম্মদ উর্ফে মাল উকোক তেন, শাগৈ - মকক ময়ুম অমুবা।

১০। বরকত্তুল্লাহ উর্ফে তোলেন কাজী ইবনে খেংবা হজারী, শাগৈ - ইফম ময়ুম।

১১। চেংগীজ খম্বা, শাগৈ - ফুন্দ্রে ময়ুম।

১২। অকিলা শেখ।

---

৩৯। "য়াদ দাষ্ট কুসি নামা" পেজ ৫১, অইবা— রিফায়ত্তুল্লাহ

১৩। মুহহিম শেখ।
১৪। শেখ সবাহ।
১৫। শেখ প্রেম।
১৬। শেখ শিরা।
১৭। শেখ ব্রোন্দ।
১৮। শেখ চিবা।
১৯। শেখ খম্বা।
২০। শেখ সেজা।
২১। রফি মুহম্মদ।
২২। লুল্লু মুহম্মদ।
২৩। লোল্লা মুহম্মদ।
২৪। শেখ সালেনা অসিনি।

নর সিংহ, গম্ভীর সিংহনা ময়াং লৈবাক্কী সিপাই তেঙ্গোল অমগী লাঞ্জংদা মাই পাক্লা অরাশিংবু তাম্থোকখ্রহনা মণিপুরবু অমুক হন্সিলতুনা খৃঃ ১৮২৬ তা গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ ওইরে। মহাক্না নিংথৌ হেক ওইবগা মণিপুরগী য়াইফ-থৌরাংগী লমদা থুমাং চাওশিন্না য়েংশিনখি। মরৈবাকচা অয়াম্বা মণিপুর কন্নবগী লানফমদা মথরাই থাব কিদনা লাম্থেংনবশিংদা ফম পী, মনা-মথুমনচিংবা পীবিখি। বরকতুল্লাহ উফে তোলেন কাজীবুসু কাজী ফম পীনবিখি। কাজীগী লৈনবা য়ুমসু ক্যামগৈ খোল্লয়ানগী অরাংথংবা বাশীথোঙগীনা মথা থংবা পাৎতা পীবিখি। পাৎকী মমিংসু কাজী পাৎ হায়না খংনখি। কাজীগী য়ুম অহান্নদা মাকলংদা লৈরম্বী, কোন্নদা কোন্নুং লাংথবালদা লৈবনিনা চৎথোক-চৎশিনগী খুদোংচাগদবা য়েংলগা কাজী পাৎতা লৈয়ু হায়না লাকখিবনি।

পাসা মুসলমানশিংনা মণিপুরদা লাকপদগী লৈরক্লিবসি মতম মতমগী নিংথৌনা লৈয়ু হায়বা মফমদা লৈবা মতুগী থবক অহ তৌ হায়বা থবক তৌহনা লাকখি। লৈয়ু হায়বা মফমশিংদা লৈরকখিবা

মফমশিংগী মমিং পন্না য়াবশিংদি— মোইরাংখোম, শিংজমৈ, বামোন লৈকাই, লংথবাল কৈবুং, মাকলং, লমশাং তাওখোং, প'ৎশোই, পাংলতাবী, উচিয়া, চৈরোইপুং, ময়াং ইম্ফাল, খোংজোম, ভাথিয়াম লৱাই, য়াংজিং তুরেল য়াংমা, হৈরোক, উখোংশাং, মালোম খোংনাংবন্দ চওমদবী কংলা উকোক; ফুব্রে, মালোম খোময়ান, কৈনৌ, মোইরাং তাওখোং, য়াইরিপোক নিংথৌ নাই, খোংজু লৈশাংখোং, কাজা পাৎ, সোনাই (সাপম সোনাই), নোংজাই, কামেং, মপাল ইখোল, চিঙা মথক চিরেংম লৈকাই, খোমুম চীংজিন, হৈঙাং, কায়রং খুমীদোক, য়াংবন, মাইবম লোকপা চীং বিষ্ণুপুর অসিনচিংবনি।[৪০]

নিংশিংগদবা :— লৈশাংখোঙ, লৈশাং হিদেন্দী লংথবালগী মনাক্তা লৈরিবা ক্যামগী পল্লীগী খোংজুদগী মাইল মথারমুক চৎলগা নোংপোকথংবা পল্লীদনে।[৪১]

মণিপুরদগী অবা তাঙ্গোকপ্রবনু মখোয়না কাহুনা পুল্লবা মণিপুরীশিং অমুক মণিপুরদা থারকখিদ্রে। অৱাদা কাহুনা লৈব্রবশিং (মণিপুরী) বু মখোয়না "কতে" কৌই। মুসলমানবু কলা কতে কৌই, মীতৈবুনা পাঙনা বতে কৌই[৪২]। হৌজিক ফাওবা অৱাদা লৈব্রিবা মণিপুরী শাগৈগী মিংশিংদি— বৃন্দাকপম, শাজবম, মেরাই, মকন্, লাইস্রম, মাইবম, লুইদ্রোম অসিনচিংবা অমুন্না চৎনরি।

মণিপুর নিংতম লান বৃটিশকী মায়োক্তা খঃ ১৮৯১ দা অকনবা লানথেংনখি। লানজম অসিবু অবোইবা মণিপুবগী নিংতম লান হায়না খঙনরি। মরৈবাক মণিপুরবু হেক্রবা বৃটিশতগী কনাহৌনবা হায়হুনা মণিপুবগী অথৌবা কয়া কোইরেং যুবরাজ, পাওনা, থঙ্গাল মেজর, চোংথাম মীয়ানচিংবা মখোয়না ভুডিংহুনা য়েক্রবগা ম ইরোং য়াখি। মমা লৈবাকপু নুংশিজবা অমদি রমদমগীদমক খন্দুনা,

---

৪০। "য়াদ দাষ্ট কুসি নামা" পেজ ৪৪, অইবা— রিফায়তুল্লাহ্
৪১। শকোক লমলেন অহানবা, অইবা— শ্রী য়েংখোম ভগৎ সিংহ
৪২। অকোংবা শ্রী ব্রজমনি শর্ম্মা, পেজ ৩৩

মৈরাম্বীনা মৈম্নিলক্তা চোংশিঞ্জহনা শিজবগুম মরৈপাক কলহৌনবা হায়রুনা মশীং লাকডমদনা মণিপুরী অথৌবশিংনা লানফমদা থরায়না পোম্বা পীখি। মণিপুরগী অরোইবা নিংতম লান খোংজোমগী খেবাচীংদা শোক্রুখিব লান "খোংজোম লান" হায়না খঙনবা লানফমদা মুসলমানশিংসু মমা লৈপাক মণিপুর নিংতম্নবগীদমক শরুক য়াখি। লানফমগী অতুদা মথরাই থ্যাখিবদি পাঙল অথৌবশিংদগী চিবানদোনি। লাকনমদা শহিদ ওইখ্রবা অথৌবা চিবানদোগী কাবরদি পলেলগী লৈমনাই চীংদা লৈখি। অতোপ্পা অশোক-অপন, নংলগা হিংহৌবনা নিফুতরুকনি। মখোয়শিং অতুদি—

১। তোনজাও হবিলদার খুল্লাকপম
২। অবুংতোন ,,
৩। অমুনা মেঞ্জর ,,
৪। অঙৌনা ,,
৫। ঙাইরাংবা ,,
৬। শবির আলি উর্ফে য়াইমা ,,
৭। বাবু উর্ফে শনত্রোকপা ইফম মখুম
৮। নিয়ামতুল্লাহ ,,
৯। মোনি মিয়া (অমানদার ,,
১০। হমুম মীয়া ,,
১১। য়ুস্তফ উর্ফে নাওকল তোম্বা ,,
১২। অজিজুর রহমান উর্ফে শামু ,,
১৩। খম্বা উর্ফে ইরোং তোম্বা ,,
১৪। খলিলুর রহমান উর্ফে তোম্বা ,,
১৫। অবদুল্লাহ উর্ফে চাওদোনবা খুৎহৈবম মখুম
১৬। দেরান মীয়া শাগৈ - শিঙ্গা মখুম
১৬। মেৈল মীয়া ,,
১৮। হাজী সনাউল্লাহ শাগৈ - নোংজাই মখুম

১৯। তুলানদো সুবেদার শাগৈ - ভুয়া ময়ুম
২০। খেলাকুত ,,
২১। কৈগোজিং ইবনে নিয়াজ শাম উফে ফকির কৈদোংবা মকক ময়ুম
২২। কিবান্দো ইবনে নিয়াজ শাম উফে ফাকির কৈদোংবা মকক ময়ুম
২৩। য়ুশুফ উফে চৈথাবা ইবনে নিয়াজ শাম ,,
২৪। তোনজাও মীয়া ,,
২৫। লমবোইবা হবিলদার ,,
২৬। শঙ্গায় সুবেদার শাগৈ - মকক অমুবা ময়ুম ,,
২৭। জয়ও জাত্রা ,,
২৮। অঙৌ মীয়া ,,
২৯। ফৈয়া জমানদার শাগৈ থোংখোং ময়ুম
৩০। অবদুল কারিম ইবনে জুহরুল্লাহ শাগৈ মেরাই ময়ুম
৩১। অসগর আলি ফুন্দ্রে ময়ুম
৩২। রহমতুল্লাহ উফে উরাওবা শাগৈ মকক অঙৌবা ময়ুম
৩৩। উমোর আলি উফে উমো ইবনে মীরাছ আলি, নোংশা ময়ুম
৩৪। সাধু মীয়া শাগৈ মকক অঙৌবা ময়ুম
৩৫। য়ুশুফ আলি উফে কোনা মকক ময়ুম
৩৬। চোংথাম মীয়া বদরিয়া ইবনে গোকুল শাগৈ কমল ময়ুম
৩৭। তালিম মীয়া উফে খুজি ইবনে অজিজুল্লাহ শাগৈ ইমখাম ময়ুম
৩৮। ফরাহিম ইবনে তোন মীয়া শাগৈ চেশাবম ময়ুম
৩৯। শেখ বাবুচৌ শাগৈ হৈবোক ময়ুম
৪০। শেখ অবদুর রাহমান উফে হমা হৈবোক ময়ুম
৪১। শেখ মুবশীর আলি লারিয়া ইবনে ইব্রাহিম কোন্থা ময়ুম
৪২। রমজান আলি ইবনে হুসাম শেখ শাগৈ কৈনৌ ময়ুম
৪৩। শেখ কমরান উফে মিনতুল্লাহ ফুসম ময়ুম
৪৪। নুর রাহিম মীয়া ইবনে তাশির আলি মোইচিং ময়ুম

৪৫। হেদায়তুল্লাহ ইবনে সুনাউল্লাহ উর্ফে খল্লাংবা মোইচিং ময়ুম
৪৬। উমেদুল্লাহ ইবনে নেম্বা মীয়া থৌবাল ময়ুম।[৪৩]

মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী কাজী অমদি খুল্লাকপা ওইখিবশিং অমসুং কাজীশিংগী মথক্তা কাজী-উল-কুজ্জাত ওইখিবা মীওইশিংগী মমিং মখাদা পীরিবা অসিনি।

১। কাজী মুহম্মদ সানি খৃঃ ১৬০৬ মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা কাজী-উল কুজ্জাত ওইখি।

২। শেখ জুনেদ খুল্লাকপা খৃঃ ১৬২৭ তা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা ওইখি।

৩। কাজী সৈয়দ অধীয়া খৃঃ ১৬৪৯ দা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা ওইখি।

কাজী অনী খুল্লাকপা অমা মথোয় অতমগী মথক্তা মুহম্মদ সানিনা কাজী-উল-কুজ্জাত ওইখি।

৪। কাজী সৈয়দ হুসেন খৃঃ ১৬৫৮ দা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবাগী মতমদা কাজী-উল-কুজ্জাত ওইখি।

৫। কাজী সৈয়দ সুলৈমান খৃঃ ১৬৭৯ দা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা কাজী ওইখি।

৬। তোনবা খুল্লাকপা খৃঃ ১৬৭৬ তা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা ওইখি।

৭। উকাতুল্লাহ খুল্লাকপা খৃঃ ১৬৮৬ তা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা খুল্লাকপা ওইখি।

৮। মেঙৈ তাবা কাজী খৃঃ ১৭০৮ দা মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মতমদা কাজী ওইখি।

কাজী অমসুং খুল্লাকপা অনী মথোয় মতাংগী মথক্তা কাজী সৈয়দ হুসেননা কাজী-উল-কুজ্জাত ওইখি।

৯। শিব মুহম্মদ উর্ফে শঙ্গায়রাকপা অহোংবা তাংখাং তাবা

৪৩। "য়াদ দাস্ত নুসি নামা" পেজ ৫১-৫৩ অইবা— মিকায়তুল্লাহ

ছায়নস্থ খউনবা খৃঃ ১৭১৩ দা মৈদিংঙু গরীব নিয়াজগী মতমদা কাজী-উল-কুজাত ওইনা কাজী ওইখি।

১০। নির কাজী খুন পুবা খৃঃ ১৭৩৫ দা মৈদিংঙু গরীব নিরাজগী মতমদা খুল্লাকপা ওইখি।

১১। ইসমাইল উর্ফে গৌরমণি খৃঃ ১৭৪৭ তা মৈদিংঙু গরীব নিরাজ মতমদা কাজী ওইখি।

১২। আলি মুল্লাহ কাজীনা খৃঃ ১৭৫৬ তা মৈদিংঙু গৌর শ্যাম ময়াম্বগী মতমদা কাজী ওইখি।

কাজী মহির খুল্লাকপা অমা মখোয় মতাগী মথক্তা শিব মুহম্মদ উর্ফে শঙ্গায়রাকপা (তাওথোং তাবা) কাজীনা কাজী-উল কুজাত ওইখি।

১৩। কুলসুম কাজীনা খৃঃ ১৭৯৩ দা চৌংথংখোম্বা নিংথৌগী মতমদা কাজী ওইখি।

১৪। নসিরুল্লাহ ইবনে রহমতুল্লাহ মকক অভৌবনা খৃঃ ১৮২৬ তা গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা কাজী ওইখি (অতুবু ফম্বাল লাংবা ৪ নি শুবদা শিখিবদৈ থবক পুরমদে)।

১৫। বরকতুল্লাহ উর্ফে তোলেন কাজী খৃঃ ১৮২৬ তা গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা কাজী ওইখি।

১৬। হেরা কাজী খৃঃ ১৮৩৬ তা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা কাজী ওইখি।

১৭। সুরবা কাজী খৃঃ ১৮৫১ দা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা কাজী ওইখি।

১৮। আলি মিয়া কাজী খৃঃ ১৮৭৮ দা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা কাজী ওইখি।

১৯। ইরা কাজী খৃঃ ১৮৮৯ দা ইনিংথৌ সুরচন্দ্রগী মতমদা কাজী ওইখি।

মথক্তা পীরিবা কাজী অমদি খুল্লাকপশিংগী মমিংশিং অসি ওল্লিবৈ মতমদদি কাজী-উল-কুজাত কৌবা ফম লৈরম্মী। কাজী-

উল-কুজাত অমগী মথাদা কাজী অমদি খুল্লাকপা কয়া লৈরম্মী। অমুম তৌনা মণিপুরদা কাজী উল-কুজাত অহুম পানখি। মখোয় অহুমগী মমিংদি— (১) কাজী মুহম্মদ সানি (২) কাজী সৈয়দ হুসেন (৩) কাজী শিব মুহম্মদ উর্ফে তাওথোংতাবনি। কাজী উল-কুজাত কম মুৎথিবগা লোয়ননা "খুল পুবা" ফমসু মুৎখি। কাজী উল-কুজাত লৈত্রবা মতুংগী অহান্বা কাজীদি আলি মীয়া কাজীনি; মহাক্না খৃঃ ১৭৫৬ তা মৈদিংঙু গৌর শ্যাম মরান্বগী মতমদা কজী ওইখি।[44] মণিপুরগী অরোইবা কাজী ওইখিবদি অবদুর রহমান উর্ফে সনাজাওবা কাজীনি। মহাক্না কাজী ওইবগী মতমদি চুরাচান্দ মহারাজনা পান্বা মতমদনি। সনাজাওবা কাজীদি য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামাদা ইরমদে। সনাজাওবা কাজীগী যমথোল পীবগী তারিখ-থা য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামাদা পীরমগ্রগসু অথত-অহৈ, অহল-লমনশিংদগী মহাক্নী কমথোল পীবগী মতমদি খৃঃ ১৯২৯ দগী ১৯৩১ ফাওবগী মনুদা এইবা য়াই হায়না ফংই।

নিংশিংগদব: খুল পুবা (খুল্লাকপ) অমদি কাজীশিংগী মথক্তা হৈ-শিংলবা কাজী অমনা ময়াম খুল পুবশিং, কাজীশিংগী মকোক ওইন কম অমা লৈরম্মী। মতুংগী কম অহুবু কাজী-উল-কুজাত কৌই।

---

৪৪। "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" পেজ ৫৪ অইবা— রিফায়তুল্লাহ

# মণিপুরদা মীতৈ

মীতৈগী হৌরকফম চপচানা হায়বা ঙমদ্রি। অরিবা রারীগী মতুং ইন্নদি মীতৈ জাতি শব্দোকখিবা অহাম্বা মী সনামহীনা শেম-খিবনি। অতোপ্পা মত অমনা মীতৈ জাতি অসি অকোয়বদা লৈরিবা চীংমীশিংদগী শব্দোরকপনি (১)।

মীতৈশিং অসি ইন্দো-মাঙ্গোলিয়ান নত্রগা তিব্বতো-বর্মণ কাংলুপকী জাতিনি (২)।

পণ্ডিত খরগী মত মতুংইন্নদি মীতৈশিং অসি তাই জাতিগী মনুংচষা মোই কাংলুপকী ধারানি হায়নসু হায়নৈ (৩)। খেন্নবা মোং-শিং অসি নৈনরগা এখোয়না অস্নুন্না হায়বা য়াই মহুদি মীতৈ জাতি অসি মোংগোলিয়ানগী ঈনা নম্না য়াওবা য়ানশিন্নবা জাতি অমনি (৩)।[৪৫]

(১) (২) (i) মীতৈ হায়বা জাতি অসি মঙ্গোলোয় গ্রুপনি। মণিপুরদা লৈরিবা চীংমী তম্মী অমসুং মুসলমানসি মঙ্গোলোয় গ্রুপনি। আদম সানি হজরত নুহ অলৈসসলামগী মচা অহুম পোকখি। মখোয় মচিন-মনাও অহমগী মমিং হাম, শাম, য়াফিস কৌই। য়াফিসকী মচাশিং চীনারোমদা শব্দোক্লুনা লৈখি।[৪৬]

(৩) (৪) (ii) মীতৈশিং চাইনাগী হুৱাংহু ইয়াং-সিকায়াং তুরেল

---

৪৫। ময়াই থংবা যুগকী ইতিহাস, পেজ ৪৯, অইবা এল, বোধরঞ্জন সিংহ নিংশিংগদবা— নম্বর ১,২ কলম (i); নম্বর ৩,৪ কলম (ii)

৪৬। তারিখুল ইসলাম, Vol. III, Page 351

By : মৌলানা অকবর শাহ খান নাজিব অবাদী

অরিয়ারর্ট অসিদা লৈরিবা ব্রহ্মন, ছেত্রি, বৈইসিয়া, সুদ্র জাৎ মরি অসিগী গোত্রশিং লৈজে। গোত্র ছায়বদি খাক্সান (শাগৈ-জাৎ) গী মমিংনি। খুদম ওইনা ব্রহ্মনগী গোত্র ভারদ্বাজ, অত্রী, কসিয়াপ, কৌন্ডিনিয়, আত্রিয়, উপমনিয় অসিনচিংবা মশিং কয়া অমা লৈ। অসুম্না জাৎ মরিমক্কী গোত্রশিং লৈ। নেপালিশিংগী ওইনা করিগুম্বা থৌদোক য়াথোক উৎসব, কর্ম অমদি লুহোং খোংদোংবদা গোত্র খিনৈ। ইয়াং পুজা হৈকং-লৈকং তম্বদসু গোত্র খঙবগী দরকার লৈ। নেপালিশিং চয়োং-মোয়োনবদসু গোত্র ভিন্নবা মশেল লৌনা লৈনদে। মশক খঙনদবা দেশ অমগা অতোপ্পা দেশ অমগা লৈনবা মওইশিং ওইরবসু গোত্র ভিন্নরবদি মচিন-মনাও থোকনয়ে লৌনবা য়াত্রে হায়না অখিংবা থমনৈ।

## লৈশাংখোংগী এক্কাউন্ট

(চেনা ১৩১, ১৩২ অমদি ১৩৩ দস্ম য়াওখ্রবা অমদি য়াওদবা)

মুহম্মদ সানিনা অহোং পোকই। অহোংনা নমকৌ, হোনবা, কেঙোই, লালুমাও উর্ফে ইবনে ফরদিন পোকই। নমফৌনা খোইজু ওমবা পোকই। খোইজুনা অকাশতুল্লাহ পোকই। অকাশতুল্লাহনা খিংগ্রংমুনি পোকই। খিংগ্রংমুনিনা নেম্বা, য়াংলেম্বা অনী পোকই। নেম্বনা মুক্তি মিয়া, চাওবা মুন্সি অনী পোকই। মুক্তি মিয়ানা লোবো অচৌবা, জিনতুল্লাহ, অবদুল গফফার অমসুং পিত্রু মিয়া পোকই। লোবো অচৌবগী খারা লৈতে। জিনতুল্লাহনা অকবর, অববাস আলি, অবদুর রহিম পোকই। অবদুল গফফার খারা লৈতে। পিত্রু মিয়ানা মচা অহুম পোকই মুফিজ আলি, ইন্দরশ আলি, সৈয়দ আলি কৌই। মুফিজ আলিনা নসির আলি, মৌঃ নুর আলি, রহিমুদ্দিন পোকই। ইন্দরশ আলিনা জুমির আলি, জুমা মিয়া পোকই। সৈয়দ আলিনা জমালুদ্দিন, সিরাজুদ্দিন পোকই। মুক্তি মিয়াগী খারা মরাগাং লৈশাংখোং কাছাড়দা লৈখি। চাওবা মুন্সিনা মচা অহুম পোকই খম্বা, ইব্রাহিম, খলিফা কৌই। খম্বনা হাজি অমিরুদ্দিন, অবদুল বাহিদ, মনাওতোল পোকই। হাজি অমিরুদ্দিনা অবদুল গনি, ইবোয়াই, সিরাজ, অবা অমসুং গফুর পোকই। অবদুল বাহিদ খারা লৈতে। মনাওতোলনা অলিমুদ্দিন, তোম্বা, রহমত পোকই। ইব্রাহিমনা বাবু পোকই। বাবুনা এনামুদ্দিন বশিরা পোকই। খলিফানা মচা মরি পোকই, মচা মরিগী মমিং খমবৌ, অবদুর রহমান, কিরাম, অবদুল জববার কৌই। খমবৌনা অখতর নবী, নজিরুদ্দিন, জমিরুদ্দিন, মুহৈয়ুদ্দিন পোকই। অবদুর রহমাননা ফজলুর রহমান, হবিবুর রহমান, অজিজুর রহমান, মৌঃ সলাতুর রহমান পোকই। কিরামগী খারা লৈতে। অবদুল জববারনা মৌঃ অবদুল গফফার, অবদুল অজিজ পোকই।

নেম্বগী মনাওশুপা য়াংলেম্বনা মচাশুপা অহুম পোকই পানা মুন্সি,

নিকাপা, রজব কৌই। পানা মুন্সিনা অবদুস সমদ, মুন্সি অবদুস সুহবান, চাওবা, হাজি অবদুস সত্তার পোকই। অবদুস সমদনা নুরুদ্দিন, তোচা, অরমান পোকই। নুরুদ্দিননা নিজামুদ্দিন পোকই। নুরুদ্দিনগী মনাওনুপা তোচা কবোদা লৈখি। নুরুদ্দিনগী অনীশুবা অরমান বাংলাদেশতা লৈখি। মুন্সি অবদুস সুবহাননা সমশুদ্দিন (সমশু), অবদুল হৈ, অবদুল রাহিদ, অমজাদ আলি, ইসমাইল পোকই। সমশুদ্দিন (সমশু) না অচৌ, তোম্বা, খম্বা, পৌশক, বাদ শাহ, জিয়াউদ্দিন, ফজলুরুদ্দিন পোকই। অবদুল হৈনা অবদুর রহিম পোকই। অবদুল রাহিদনা অহমদ আলি পোকই। অমজদ আলি ধারা লৈতে। ইসমাইলনা সহাবুদ্দিন পোকই। মুন্সি অবদুস সুবহানগী মনাওনুপা চাওবগী ধারা লৈতে। হাজি অবদুস সত্তারনা অবদুল হকিম পোকই। অবদুল হকিমনা মৌঃ অবদুল মালিক পোকই।

পানা মুন্সিগী মনাওনুপা নিকাপনা হাজি বাবুর রহমান (বাবু) পোকই। হাজি বাবুনা জুনাব আলি পোকই। জুনাব আলিনা রিয়াজুদ্দিন উর্ফে রেগো পোকই।

পানা মুন্সিগী অনীশুবা মনাও রজবনা মচা অরুক পোকই, মমিং মথংশিংনা রমজান, অঙৌ মুল্লাহ, লিক্লাই, অঙাংতোন, অবদুল করিম, মৌঃ অবহর রহমান কৌই। রমজাননা হাজি অবদুল জলিল, হাজি অবদুস সমদ, তোমচা, হাজি মোইরাং নিংথৌ পোকই। হাজি অবদুল জলিলনা কাশিম আলি, মৌঃ সমশির আলি পোকই। হাজি অবদুস সমদনা মুহম্মদ অচৌ হাজি পোকই। অঙৌ মুল্লাহনা চাওবা পোকই। চাওবনা তোম্বা পোকই। লিক্লাইনা তুরাব আলি, জমালুদ্দিন পোকই। তুরাব আলিনা সিরাজুদ্দিন পোকই। অঙাংতোননা অমির আলি, হাজি জাফর আলি পোকই। অমির আলিনা জমিরুদ্দিন পোকই। অবদুল করিমনা নবাব আলি, হাজি তোয়াই মুন্সি, হাজি জমাল, হাজি মুফিজুদ্দিন, হাজি ফয়াজুদ্দিন পোকই। নবাব আলিনা মৌঃ মুহৈয়ুদ্দিন পোকই। হাজি তোয়াই মুন্সিনা

মোঃ অবতুস সমদ উর্ফে রজালি পোকই। হাজি জমালনা সৈয়দ আলি পোকই। সৈয়দ আলিনা শৌকৎ আলি, নুরজমান পোকই। হাজি ফয়াজুদ্দিননা মোঃ জিয়াউদ্দিন পোকই। মোঃ অবতুর রহমান্না হবিবুর রহমান, ইবোতোন পোকই। হবিবুর রহমাননা মজিরুদ্দিন, মোঃ অবতুর রশিদ পোকই।

# মণিপুরদা অহানবা মৌলুবী

ঙল্লিঙৈ মতমদা মনিপুরী মুসলমানশিংগী মৌলুবীগী কোর্স মপুংফানা তম্লরমদে। মৌলুবীগী কোর্সকী শরুক থরদমক তম্নগা অহুম পেন্থোক্লুনা তোক্লম্মী। অহুম্না শরুক থরতা লাইরিক তম্নগা পেন্থোক্লুনা তম্বা লেপখিবা মীওইশিংবু "মুন্সি" কৌই। মনিপুর চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মমাঙদা মুন্সি নত্তনা মৌলুবী পাশ তৌবা মীওই অমা ফাওবা লৈরমদে। মনিপুর চহী তরেৎ খুন্তাকশ্রবগী মতুংদদি মৌলুবী কোর্স লোয়বা ফাওবা তমথৎনরক্লে। অসুম্না মণিপুরগী মপান লৈবাক মীরৈবাক্তা মৌলুবী তম্নকলুরগা অহানবা ওইনা থোরকখিবা মীওইদি মৌলানা এবাদুল্লাহ সাহেব চেশম ময়ুমনি। জনাব মৌলানা এবাদুল্লাহ খৃঃ ১৮৪০ গী জানুবারী থাদা ইরোংময়াই চেশাবা লৈকাইদা পোকখি। খৃঃ ১৮৫৯ দা জনাব মৌলানা এবাদুল্লাহনা মণিপুর থাদোক্লম্নগা মীরৈবাক সিলেটতা লাইরিক তম্বা চংখি। খৃঃ ১৮৭১ দা লাইরিক তম্বা লোইরগা মণিপুরদা থোক্লকুনা কাছাড় নিঙোল অমা লৌরগা কাছাড়দা চহি ১৪ লৈরম্মী। জনাব মৌঃ এবাদুল্লাহ সাহেবকী চহি ১০ গী পুন্সিদা মপারী মমোম অমফাওবা শাৎখিদে। মপারী মমোম অমফাওবা শাৎলকত্রবা অতুদা পোকমিন-শাৎমিন্নবা কনা লৈত্রবা মফম কাছাড়দা মতম শাংনা লৈনিংদবগী মথম্মোয়দা অওবা অমা লাকখি। লোয়ননা পোক্লফম লমদম ইরোং চেশাবা ময়াই লৈকাই মণিপুরগীদমক কাছাড় থাদোক্লম্মী। খৃঃ ১৮৮৪ ইংদা পোক্লফম লমদম মরৈকায়দা অমুক হন্জিন্নকুনা খুৎলিং খুমানখি। মহুদসু জনাব মৌলানাগী মচা-মচৌ, থায়া ওলাদ লৈখিদে। চেশম শাগৈ অসিদা

পোকপা মৌলুবী কিরামৎ আলি কৌবা মপা অমনা অপোকপা মপাওয়া জনাব মৌলানা এবাদুল্লাহনু য়োকখি। মীওইবগী হকচাং লোয়বা নাইবা পুন্সি ওইবনা তাইবং পাববু বিদায় তৌরগা খৃঃ ১৯২১ ডিসেম্বর থাদা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি, ইন্না লিল্লাহি ব ইন্না ইলৈহি রাজিউন। জনাব মৌলানা সাহেবকী অথোইবা হকচাংবু ইরোং চেশাবা ময়াই লৈকাই মহল্লা কবরস্তানদা "দফন" (কুম্বা) তৌখি। মহাক্কী কবর অদু মাইকৈ মরিমক চেক্রা থাজিল্লগা য়াম্না চেকশিন্না অথোইবা হকচাংবু শেম্লুনা থম্মি। কবরস্তান অসি মৌলুবী কিরামৎ আলিগী মচা-মওশিংনা খাদিম ওইনা শেম্লরি। খাদিম মৌঃ সমসুদ্দিন, মৌলানা চিরাগ আলিনা পোকপনি। মৌঃ এবাদুল্লাহ মরহুম সাহেবনা নোনা তমখৎলকখিবা মীওই কয়া অমসু লাইরিক তম্বীরমী। জনাব মৌলানা মরহুম সাহেবনা তম্বীরম্বা মৌলুবীশিংদি—

১। মৌলুবী অবদুল জববার, ফুব্রে ময়ুম, হাওরৈবী মখা লৈকাই।
২। মৌলুবী উমিদ আলি, মেরাই ময়ুম, হাওরৈবী অৱাং লৈকাই।
৩। মৌলুবী সুলৈমান, হাওরৈবী।
৪। মৌলুবী শরফউদ্দিন, ফুব্রে ময়ুম, হাওরৈবী মখা লৈকাই।
৫। মৌলুবী দিন মুহম্মদ (মৈ মৌলুবী), ফুসম, হাওরৈবী শঙ খোং
৬। মৌলুবী তোনজাও, য়াইরিপোক।
৭। মৌলুবী অবদুল গফফুর, খুল্লাকপম, য়াইরিপোক।
৮। মৌলুবী অবদুল হেলিম, ময়াং ইম্ফাল।
৯। মৌলুবী সুলৈমান, ময়াং ইম্ফাল।
১০। মৌলুবী অবদুল কাদির, ময়াং ইম্ফাল।
১১। মৌলুবী অবদুল আলি, ময়াং ইম্ফাল।
১২। মৌলুবী ফজলুর রহমান, কৈবুং।
১৩। মৌলুবী অহমদ আলি, তারাপুর, কাছাড়।
১৪। মৌলুবী জহিরউদ্দিন, লালং, কাছাড়।
১৫। মৌলুবী অবদুল করিম (তোগু মৌলুবী), ইরোং।
১৬। মৌলুবী খদো, ইরোং।
১৭। মৌলুবী শরফউদ্দিন, ইরোং অমিনি।

## অনীশুবা মৌলুবী

জনাব মৌলুবী অবদুল জলিল উকে তানজৌ মৌলুবী খৃঃ ১৮৫১ দা থৌবাল মোইজিং লৈকাইদা পোকখি। খৃঃ ১৮৬৪ দা মৌলুবী তম্বা চংখি। খৃঃ ১৮৭৬ তা লাইরিক তম্বা লোইরগা ময়ুম লৈপাক মণিপুর পোক্লকয় লমদম থৌবাল মোইজিংদা থোরকখি। মণিপুরগী পাঙল প্রজাশিংবু অচুম্বা লম্বীদা পুরক্লবগীদমক নসিহৎ তৌহুনা অচৌবা দায়ত্ব লৌরকখি। জনাব মৌলানা সাহেব খৃঃ ১৯১৩ দা তাইবং পাম্ববু থাদোক্লমগা শিবা নাইত্রবা তেকপা কায়বা লৈত্রবা লেংত্রবা মকমদা অমুক হনখি, ইন্না লিল্লাহি ব-ইন্না ইলৈহি রাজিউন।

খৃঃ ১৮৭১ দগী খৃঃ ১৯০০ ফাওবগী মতম অসিদা মণিপুরগী ওইনা মৌলুবী তম্বা মশিং কুনতরেৎ (২৭) লোইরকখি। মথোয় কুনতরেৎ অসিগী অপুম্বা "জমেতুল উলমা" কৌবা বোর্দি অমা শেমগা মণিপুর পাঙলশিংগী অরাং-অপা য়েংশিনবা ওইনা ওল্লিপৈ মতমদা কাজিশিংগী পুরম্বা থৌগাইশুম্না উলমায়ে এসোসিয়েসন অসিনা অঙকপা কংনা নছিহৎ (তাকপী-তম্বীবা) তৌরম্মী। বোর্ডি অসিগী সদর (প্রেসিদেন্ট) জনাব মৌলানা এবাদুল্লাহ সাহেবনা মরুওইবা দায়ত্ব লৌরগা মণিপুরী পাঙলশিংগী মথক্তা চংনহনগদবা নীয়ম-নীতি কয়া অমা অমদি দ্বীনে ইসলাম হিংননবা কয়াংনচিংবা চাওখৎ থৌরাংগী হিরম য়াংলম্মী। অনীশুবা সদর ওল মণিপুর জমেতু উলমাগী ওইনা জনাব মৌলানা উমিদ আলি, হাওরৈবী অরাং লৈকাই লিলোংনা থবক পুরম্মী। জনাব মৌলানা উমিদ আলি, মেরাই খৃঃ ১৯৪৯ জুলাই থাদ ইন্তেকাল ওইখি। অনীশুবা সদর ওইবিরম্বা জনাব মৌলানা উমিদ আলি, মেরাই ময়ুমনা লৈখিদবগা মৌলুবী হুসেন অহমদ ইবনে য়ুসুফ মুন্সিনা অহুমশুবা সদর ওইনা জমেতু উলমা মণিপুরগী অচৌবা দায়ত্ব লৌবিখি। জনাব মৌলানা হুসেন অহমদনা সদরগী কম পায়রবা মতম থরগী মতুংদা খৃঃ ১৯৪২/৪৩ দা মণিপুরগী ওইবা অহান্বা জমেতু উলমা বোর্ডি অম্ব শিথখিরম্মী। লোয়ন-লোয়ননা

মণিপুরগী মকম মকম থম্না তোখায়-তোখায়না জমেতু-উল্লমা ইউনিয়ন লিংখৎনখি অতুবু অহান্না ওল মণিপুরগী ওইগা জমেতু উল্লমানা চাওখৎ-থৌরাং অমদি দ্বীনে ইসলাম মপুং ফানা চৎপা ওন্নবা য়েংশিন থিজিনখিবগুম অনৌবা লিংখৎলক্লিবা বোডিশিং অসিনা অহকায় শরিয়ত অমদি চাওখৎ থৌরাংগী লমদা মপুংফানা লমজিংবা ঊর্মখিদে। মণিপুরদা অহান্না লিংখৎখিবা জমেতু উল্লমা ইউনিয়ন অসিনা মমম য়াম্লবা কয়াংকী হীরম কয়া অমা থবক ওইনা শুঙ্খোকপীরম্মী। মখোয়না থবক ওইনা শুঙ্খোকপিরম্বা হীরমশিংগী মমিং ওইনা পন্না তারবদা পর্দা তৌনবা বুর্খা উপহনবা, কুরআন শরীফগু ফজনা মীপুম খুদিংদা তমহনবা; থাবলচোংবা-গোমিন শেংপা থিংবা, কাং শান্নবা, লিকোন শান্নবা থিংবা, মোংমদা মতম মঙা কায়দনা নমাজ শোন্না অসিনচিংবা পুন্নমক অসিনি।

সদর এবাতুল্লাহগী "জমেতু উল্লমা" গী মেম্বরশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী নহা ওইবা শিংথানবা য়াবা মৌলুবীদি নোংজাই ময়ুমগী উসমান গনি কৈখুনি। মৌলুবী উসমান গনি বা ঙাংনবা, য়েৎনবা, মতম মতমগী ওইবা বারী, হাজির জবাব (প্রেজেন্স ওফ মাইন্দ) য়াম্না ফবা মীওই ওইরম্মী। চে ইবগী লমদতু থোইদোক্না শীংথানবা য়াবা মীশক্নি। জনাব মৌলানা উসমান গনি সার চুরাচান্দ মহারাজদগী নাওরোল অমা হম্না মীওইনি। ইনিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজগা অঙাং ওইরিডৈদগী হৌনা লোয়নরকখি। জনাব মৌলানা করিগুম্বা থৌফম অমদগী মণিপুর থাদোকপা তাখি অমসুং মণিপুর থাদোকুনা তেজপুর (আসাম) দা লৈখিরম্মী। মতম থরা তেজপুর (আসাম) দা লৈরগা খৃঃ ১৯৪৩ ইং ওক্টোবরগী তাং ২৮ দা ইন্তেকাল ওইখি।

সদর এবাতুল্লাহগী জমেতু উল্লমা মণিপুরগী বোদিনা শেমখিবা হিরম কয়াংশিংদা মদ্রাসা হায়বসিগু মরুওইবা অমনি। দ্বীনে মদ্রাসা মণিপুরদা থম্না য়াম্না দরকার ওইরে। মণিপুরগী পাঙলশিংনসু চলাইজবা ওমগনি হায়দুনা কয়ারক হম্না মীফম তৌরবা মতুংদা মণিপুরদা মদ্রাসা

লিংখৎনবগী ৱাৰেপ লৌখি। য়াম্না ওল্লিউল্লগী হৌনা মদ্রাসা শাগৎ-নবা ৱাৰেপ লৌনগ্রগম্ খবক ওইনা ওস্থোকপদি হেক্তা য়াদবনিনা খৰা থেংনা লিংখৎখি। "মদ্রাসা আলিয়া লিলোং" মদ্রাসা অসি খৃঃ ১৯৩৩ দা লিলোং তুরেল অকনবদা লৈবা খুল্লাকপম মহল্লাগী মসজিদতা লিংখৎখি। মতম খৰা লৈরগা মুপা অনীথক মদ্রাসাগী ৱাকিফ ওইজগে হায়রুনা চোংথোরকখি। মদ্রাসাগী ৱাকিফ ওইজগে চোংথোরকখিবা মুঃ মুহম্মদ আলি খুল্লাকপম অমসুং হাজি নুর আলি বাশে মযুম অনীবু প্রজা মীয়াম্না য়াবিরবুনা হৌজিক লিলোংদা লৈরিবা মদ্রাসাগী মুক্ষম অসি ৱকফ তৌহনখি। জনাব সাহেব অনীনা ৱকফ তৌবিখিবা মফমদা মণিপুরগী প্রজানা মত অমত্তা ওইনা য়ানরগা মদ্রাসাগী building শাথিবনি। হায়রিবা মদ্রাসা অসিনা মণিপুরগী ইসলামিকী অহানবা ওইনা লাইরিক তম্ফম্মি।

# মণিপুরী মুসলিমশিংগী মৌথি-চাথিবগী চৎনবী

মুপা অমগী মুপী (মৌ) থিবদা "তুত্তি" গী মতেংনা থিনৈ। "তুত্তি" হায়বা ৱাহৈ অসি মণিপুরীনি। মুপী (মৌ) অমবু মুপা অমগী লোয়নবী (তালোয়) ওইনবা কনাগুম্বা অমবু হায়জহল্লি, হায়জবিরিবা মহাক অদু "তুত্তি" কৌই। তুত্তিগী ৱাফমদগী মুপা ময়ুম মুপী ময়ুম অনীমক য়াশিন্নবা অমা পুৱকই। য়াশিন্নবা অমা পুরক্লবদা মুপা ময়ুমনা মখোয় মুমীৎ অতুদা মৌঃ থিবা মাঙ্গোল কাজরকে হায়বগী পাউ মুপী ময়ুমদা পীথি, লোয়ননা মুমীৎ অদুদা অহল-লমন মঙা/তরুকথক অচা-অথক, কা-হৈগা লোয়ননা মুপী ময়ুমগী মাঙ্গোল কারুই। মসিবু "মৌ থিবা চঙবা" কৌই। মৌথিবা চঙবা (মৌ হায়জবা) দা মৌগী মঙ্গং-থাগং অমদি "সনা মহরনা" নচিংবা লৌগদবা পুন্নমক তুপশিন্নৈ। ১০/২০ নি নৈরগা অমুক "কা খায়বা" কৌবা থৌভম অমা পাংথোকই। কা খায়বা থৌভমদা অহল-লমন অচঙবা মীওই থরগা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। থৌভম অসিগী উদ্দেশ্যদি (পান্দমদি) হাল্লা ভাঙন শরুশ্লিবা পুন্নমক অহোংবা কন্নিসু নৈনত্রে হায়বা থংনবা থৌভম অমনি। থৌভম অদুগী পোৎচংদি কা হৈ, চুরুট-বেড়ি, চুগক থরা লফোই অমদি মুবীনচিংবা থরা অসিনা মরুওইবনি। মতম থরা নৈরগা অমুক "পান্নুকা পূবা" কৌবা থৌরম অমা পাংথোকই। পান্নুকা পূবা থৌরমদা পাংথোক্লিবা শিন্থাদি মুপা ময়ুমগী শিংলুপ পাল্লিবা অমসুং শিংলুপকী মহুংচল্লা নৈবা মীওইশিংদা য়ুমথোংশিংনা তল ১০০/১০০ হৌহল্লি। হৌরিবা তল ময়াম অদুগা কবোক থোইদুম ৫০০/৬০০, কবোক অফাবা শংবাই ৩/৪০ লফোই, য়ুবী অমদি অহাও

অথুম জিলিবী, মিথাইনচিংবা মথেন-মকোয় শুনা লাংলগা পোৎলম-শিং অহু মুপী ময়ুমদা পুত্নুনা চৎপা অমসুং চামিন্নরুবা অসিনি। পানুকা পুবা মুমিত্তা নত্রগা মতুংদা "নিকাহ" শোন্নবসু য়াওই। অহুবু অন্নাম্বদা চৎনবদি, লুহোংবা মুমিংত্তা শোগ্নৈ। পানুকা পুবা থৌরম লোয়বগা "শাগৈ কা চৎপা" থৌরম অমুক পাংথোকই। শাগৈ কা চৎপা হায়বসি মুপী ময়ুমনা পাগা থবক অমা পাংথোকহুম্বনি। পাংথোকহল্লিবা থৌওংদি ইচা-ইচলবু মথোক্পগী মচা-মমৌ ওইগ্রে হায়বসি মুপী ময়ুমগী স্বগর্ভ অনকপা মরী-মতা "চফু কায়নবা" ইমুংশিংদা থওহনবগী বার্তান তৌবনি। মসিবু শাগৈ কা চৎপা কৌই। শাগৈ কা চৎপগী মমাংদা লুহোংবগী মুমিং লেপ্লে। লুহোংবা মুমিত্তা ময়াম চাক থাংলগা চামিন্নৈ। চাক চারবা মতুং ভাইহাক পোথারগা দামন (বর) না দোলাই তোংলগা কন্যা ময়ুমদা থোঙশাল্লি অমসুং কন্যা ময়ুম য়ৌবগা হৌনবী থবক খিবিক্কা লোয়ননা দামন কন্যা অনীবু কাজি নত্রগা মৌলুবী অমনা নিকাহ শোন্নি। নিকাহ শোন্বা লোয়রগা দামন কন্যা অনীমক দামন্না শগোল, কন্যানা দোলাই তোংলগা হল্লকই। ভল্লিডৈ মতমদদি লুহোংবা অহিং য়াইরেক্কুম্মী। লুহোংবা মুমিংকী মমাং নোংমা রাংথকডৈ মুমিংপু "গয়া মুমিং" কৌই। গয়া মুমিং দামন্না দোলাই তোংদুনা কন্যা ময়ুমদা থোঙশাল্লি। কন্যা ময়ুম য়ৌবগা অহান্বদা দামন কন্যা অনীবু নিকাহ শোনবি। নিকাহ শোনবা লোয়রগা দামনগী মী অমসুং কন্যাগী মী পুন্নমক পানা অনী শেন্নবা কাংজৈ শান্নৈ, মুক্রা শান্নৈ, গজল, কশিদা, হমদ ছনা, রসুলে খোদা (হজরত মুহম্মদ অল্লাহগী পাউপুবা) গী থাগৎ রাগৈ, পাসিদা উর্দুদা শৈশক তান্নৈ। অহুমা অহিং চুপ্পা তুমদা লিপ্তনা শৈশক-শৈশোন তান্নরে। নোংডাম্লগা লুহোংবা মুমিংদা। লুহোংবা মুমিত্তা দামন-কন্যা অমদি লুহোং থোঙলোই অয়াম মুপা ময়ুমগীদমক মুপী ময়ুম থাদোক্লে, মসিবু "দামন-কন্যা হল্লকপা" কৌই। দামন-কন্যা হল্লকুনা মুপা ময়ুমদা থুংলবগা লুহোংবগী চক

মণিপুরগী মকম মকম থরদা তোথায়-তোথায়না জমেতুল উলমা ইউনিয়ন লিংখৎনখি অচুবু অহান্বা ওল মণিপুরগী ওইদা জমেতু উলমানা চাওখৎ-থৌরাং অমখি দীনে ইসলাম মপুং ফানা চৎপা ওন্নবা য়েংশিন থিজিনখিবগুম অনৌবা লিংখৎলক্লিবা বোর্ডশিং অসিনা অহকাম শরিয়ত অমদি চাওখৎ থৌরাংগী লমদা মপুংফানা লম্বজিংবা ওমখিদে। মণিপুরদা অহান্বা লিংখৎখিবা জমেতু উলমা ইউনিয়ন অসিনা মমল য়াম্নবা কয়াংকী হীরম কয়া অমা থবক ওইনা ওন্থোকপীরম্মী। মখোয়না থবক ওইনা ওন্থোকপিরম্বা হীরমশিংগী মমিং ওইনা পন্না তারবদা পর্দা তৌনবা বুর্খা উপহনবা, কুরআন শরীফপু ফজনা মীপুম থুদিংদা তমহনবা, থাবলচোংবা-গোমিন শেৎপা থিংবা, কাং শান্নবা, লিকোন শান্নবা থিংবা, নোংমদা মতম মপ্তা কায়দনা নমাজ শোন্না অসিনচিংবা পুন্নমক অসিনি।

সদর এবাদুল্লাহগী "জমেতু উলমা" গী মেম্বরশিংগী মন্নুংদা খ্বাইদগী নহা ওইবা শিংথানবা য়াবা মৌলুবীদি নোংজাই ময়ুমগী উসমান গনি কৈখ্নি। মৌলুবী উসমান গনি ব্রা ভাংনবা, য়েংনবা, মতম মতমগী ওইবা রারী, হাজির জবাব (প্রেজেন্স ওফ মাইন্দ) য়াম্না ফবা মীওই ওইরম্মী। চে ইবগী লমদন্তু থোইদোক্না শীংথানবা য়াবা মীশক্নি। জনাব মৌলানা উসমান গনি সার চুরাচান্দ মহারাজদগী নাংবোল অমা হন্না মীওইনি। ইনিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজগা অভাং ওইরিবৈদগী হৌনা লোয়নরকখি। জনাব মৌলানা করিগুম্বা থৌফম অমদগী মণিপুর থাদোকপা তাখি অমসুং মণিপুর থাদোক্লনা তেজপুর (আসাম) দা লৈখিরম্মী। মতম থরা তেজপুর (আসাম) দা লৈরগা খৃঃ ১৯৪৩ ইং ওক্টোবরগী তাং ২৮ দ. ইন্তেকাল ওইখি।

সদর এবাদুল্লাহগী জমেতু উলমা মণিপুরগী বোর্দিনা শেমখিবা হিরম কয়াংশিংদা মদ্রাসা হায়বশিগু মরুওইবা অমনি। দীনে মদ্রাসা মণিপুরদা থন্না য়াম্না দরকার ওইরে। মণিপুরগী পাঙলশিংনন্তু চলাইজবা ওন্নগনি হায়দুনা কয়ারক হন্না মীফম তৌরবা মতুংদা মণিপুরদা মদ্রাসা

লিংখৎনবগী ৱারেপ লৌখি। ময়ম ওল্লিইঙ্কদগী হৌনা মদ্রাসা শাগৎ-নবা ৱারেপ লৌনখ্রগদ্রু থবক ওইনা ওহোকপদি হেক্তা য়াদবনিনা থরা থোংনা লিংখৎখি। "মদ্রাসা আলিয়া লিলোং" মদ্রাসা অসি খৃঃ ১৯৩৭ দা লিলোং ভুরেল অহম্মদ লৈবা খুল্লাকপম মহল্লাগী মসজিদতা লিংখৎখি। মতম থরা লৈরগা মপা অনীথক মদ্রাসাগী ৱাকিফ ওইজগে হায়দুনা চোংথোরকখি। মদ্রাসাগী ৱাকিফ ওইজগে চোংথোরকখিবা মৃঃ মুহম্মদ আলি খুল্লাকপম অমসুং হাজি মুর আলি বাশে ময়ুম অনীবু প্রজা মীয়াম্না য়াবিরদুনা হৌজিক লিলোংদা লৈরিবা মদ্রাসাগী য়ুম্ফম অসি ৱকক তৌহনখি। জনাব সাহেব অনীনা ৱকক তৌবিখিবা মকখদা মণিপুরগী প্রজানা মত অমত্তা ওইনা য়ানরগা মদ্রাসাগী building শাখিবনি। হায়রিবা মদ্রাসা অসিনা মণিপুরগী ইসলামিকী অহানবা ওইনা লাইব্রিক তম্ফম্নি।

# মণিপুরী মুসলিমশিংগী মৌথি-চাথিবগী চৎনবী

মুপা অমগী মুপী (মৌ) থিবদা "তুত্তি" গী মতেংনা থিনৈ। "তুত্তি" হায়বা রাহৈ অসি মণিপুরীনি। মুপী (মৌ) অমবু মুপা অমগী লোয়নবী (তালোয়) ওইনবা কনাগুম্বা অমবু হায়জহল্লি, হায়জবিরিবা মহাক অদু "তুত্তি" কৌই। তুত্তিগী বাফমবগী মুপা ময়ুম মুপী ময়ুম অনীমক য়াশিন্নবা অমা পুরকই। য়াশিন্নবা অমা পুরক্লবদা মুপা ময়ুমনা মখোয় মুমীৎ অতুদা মৌঃ থিবা মাঙ্গোল কাজরক্কে হায়বগী পাউ মুপী ময়ুমদা পীথি, লোয়ননা মুমীৎ অতুদা অহল-লমন মণ্ডা/তরুকথক অচা-অথক, কা-হৈগা লোয়ননা মুপী ময়ুমগী মাঙ্গোল কাক্লই। মসিবু "মৌ থিবা চঙবা" কৌই। মৌথিবা চঙবা (মৌ হায়জবা) দা মৌগী মঙ্গং-থাগৎ অমদি "সনা মহরনা" নচিংবা সৌগদবা পুন্নমক তুপশিন্নৈ। ১০/২০ নি লৈরগা অমুক "কা থায়বা" কৌবা থৌভম অমা পাংথোকই। কা থায়বা থৌভমদা অহল-লমন অচঙবা মীওই থররগা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। থৌভম অসিগী উদ্দেশ্যদি (পান্দমদি) হান্না ভাওন শরুক্লিবা পুন্নমক অহোংবা করিসু লৈনস্রে হায়বা থংনবা থৌভম অমনি। থৌভম অদুগী পোৎচংদি কা হৈ, চুরুট-বেড়ি, চুগক থরা লক্কোই অমদি য়ুবীনচিংবা থরা অসিনা মরুওইবনি। মতম থরা লৈরগা অমুক "পান্থুকা পূবা" কৌবা থৌরম অমা পাংথোকই। পান্থুকা পূবা থৌরমদা পাংথোক্লিবা শিন্থাদি মুপা ময়ুমগী শিংলুপ পাল্লিবা অমসুং শিংলুপকী মহুংচম্মা লৈবা মীওইশিংদা য়ুমথোংশিংনা ভল ১০০/১০০ হৌহল্লি। হৌরিবা ভল ময়াম অদুগা কবোক থোইদুম ৫০০/৬০০, কবোক অকাবা শংবাই ৩/৪০ লক্কোই, য়ুবী অমদি অহাও

অথুম জিলিবী, মিথাইনচিংবা মথেন-মকোয় শুনা লাংলগা পোৎলম-শিং অদু মুপী ময়ুমদা পুতুনা চৎপা অমসুং চামিল্লকবা অসিনি। পানুকা পুবা মুমিত্তা নত্রগা মতুংদা "নিকাহ" শোন্নবসু য়াওই। অতুবু অয়াম্বা চৎনবদি লুহোংবা মুমিৎত্তা শোন্নৈ। পানুকা পুবা থৌরম লোয়বগা "শাগৈ কা চৎপা" থৌরম অমুক পাংথোকই। শাগৈ কা চৎপা হায়বসি মুপী ময়ুমনা পাবা থবক অমা পাংথোকহল্লবনি। পাংথোকহল্লিবা থৌওংদি ইচা-ইচলবু মথোয়গী মচা-মমো ওইগ্রে হায়বসি মুপী ময়ুমগী স্বগর্ভ অনকপা মরী-মতা "চক্ষু কায়নবা" ইমুংশিংদা শগুহনবগী বার্তান তৌবনি। মসিবু শাগৈ কা চৎপা কৌই। শাগৈ কা চৎপগী মমাংদা লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্লে। লুহোংবা মুমিত্তা ময়াম চাক থাংলগা চামিল্লৈ। চাক চারবা মতুং ওইহাক পোথারগা দামন (বর) না দোলাই তোংলগা কন্যা ময়ুমদা খোঙশাল্লি অমসুং কন্যা ময়ুম য়োবগা হৌনবী থবক খিবিক্ক লোয়ননা দামন কন্যা অনীবু কাজি নত্রগা মৌলবী অমনা নিকাহ শোন্নি। নিকাহ শোন্বা লোয়রগা দামন কন্যা অনীমক দামন্না শগোল, কন্যানা দোলাই তোংলগা হল্লকই। ওল্লিডে মতমদদি লুহোংবা অহিং য়াইরেক্করম্মী। লুহোংবা মুমিৎকী মমা নোংমা য়াংকিডে মুমিৎপু "গয়া মুমিৎ" কৌই। গয়া মুমিৎ দামন্না দোলাই তোংদুনা কন্যা ময়ুমদা খোঙশাল্লি। কন্যা ময়ুম য়োবগা অহান্বদা দামন কন্যা অনীবু নিকাহ শোনবি। নিকাহ শোনবা লোয়রগা দামনগী মী অমসুং কন্যাগী মী পুম্নমক পান্না অনী শেয়গা কাংজৈ শান্নৈ, মুক্রা শান্নৈ, গজল, কশিদা, হমদ ছনা, রসুলে খোদা (হজরত মুহম্মদ অল্লাহগী পাউপুবা) গী থাগৎ য়াইহৈ, পার্সিদা উর্দুদা শৈশক তান্নৈ। অতুগা অহিং চুপ্পা তুমদনা হিপ্পুনা শৈশক-শৈশোন তান্নরে। নোংঙাল্লগা লুহোংবা মুমিৎনি। লুহোংবা মুমিত্তা দামন-কন্যা অমদি লুহোং খোঙলোই ময়াম মুপা ময়ুমশীনমক মুপী ময়ুম থাদোক্লে, মসিবু "দামন-কন্যা হক্কপা" কৌই। দামন-কন্যা হক্কুনা মুপা ময়ুমদা থুংলবগা লুহোংবগী চ ক-

খাংলিবা অমসুং থোরাং লোয়শিন্দুনা থম্লিবা অদু নুপী ময়ুমগী লাক্লিবা মীয়ামগা ফমফম অমত্তা ওইনা নুপা ময়ুমগী মীয়ামগা পূল্লপ চাক চামিন্নে। লুহোংবা নতুং নুমিৎ হুম্নি নত্রগা মঙানি নৈরগা দামন শমদি দামনগী গম্না খরগা লোয়ননা মপামদা চৎমিন্নে। নুমিৎ অসিদা মপামগী মীওই খরসু মচেল মচেবু লৌবা লাকপসু য়াওনৈ। মসিবু "হিনাম হনবা" কৌই। নুপী অমনা মৌ অমা ওইখিবদগী ফিজেৎ-চাকচাদা অওনবা থরা লাকই। অওনবা লাক্লিবশিং অদুদি ফুরিৎ অচোনবা কুর্তা। লিংপা, ফনেক মপুং নাইবী শেৎপা, খাংদা খাংনম (ফি মচা অমা) শেৎপা, মকোক ইন্নফি (খুদৈ) না কুপ্পা অসি-নচিংবা অসিনি। নুপা অমনা লুহোংলবা মতুংদা অওনবা লাক্লিবদি মশম তেন্না ককপা, মকোক্তা খুদৈ মতেক অমা য়েৎপা, লিচৈ অকোনবা অমা পায়বা, কোই থাকপা (য়োকপা) অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা থৌওংশিং অসি খৃঃ ১৮১৯ গী মমাং মতুং অসিরাইদা ফজনা চৎনরম্মী অদুবু ঙসিগী সমাজ অসিদদি অওনবা থরদি লাক্লে।

# কাছাড়দা লৈবা পাঙলশিংগী মৌথি-চাথিবগী চৎনবী

কাছাড়দা লৈবা পাঙলশিংনা মচা মমৌ থিবদা দরকার ওইবা মীওই থর়া চংই। মীওইশিং অহুবু "মৌ শেম্বা" কৌই। "মৌ শেম্বা" হায়বসি মণিপুরী ৱাহৈনি। মৌ শেম্বা হায়বা মীং অসি নুপা অমা নত্রগা নুপী অনীনা ওইনৈ। করিগুম্বা মতমদা নুপীনসু মৌ শেম্বা ওইবা য়াওই। মৌ হায়জবা মৌ থিবগী থবক মৌ শেম্বদা পুমশিন শিন্নৈ। মৌ শেম্বনা নুপাময়ুম নুপী ময়ুম অনীগী য়ানবা অমা পুরক্কবা হোৎনবসি মাগী অমত্তা ঙাইরবা দায়ত্ব্য ওইনা লৌনৈ। মৌ শেম্বনা হায়জবদগী য়াশিন্নবা অমা পুরক্কবদা নুপী ময়ুমগী মক ওইবা মীওইনা নুপা ময়ুমগী মীওই অহল লমনশিংদা লাকপা য়ারগনি হায়বা পাউ থারকই। নুপী ময়ুমদগী লাকপা য়ারে হায়বা পাউ ফংবগা নুপা ময়ুমগী মীওইশিংনা অচা-অথক, অহাঙ-অথুম, কাংহৈ নচিংবা পুরগা নুপী ময়ুমদা ময়াম চামিন্নরুই। মসিবু "য়ুমচং পোৎ পুবা" কৌই। য়ুমচং পোৎ পুবা নুমিত্তা নুপা ময়ুমগী মীওইনা মথং নুমিৎ অমদা দরকার ওইবা ৱাকম থৌভম খুদিংমক থন্নরসি হায়রম্মী। নহাল লেপ্নরম্ব। নুমিৎ অতুদা নুপা ময়ুমগী মীনা চৎলগা নুপী মচাগী মরল-মথুম অমদি মঙ্গং-থাগৎশিং ঙাংনরুই। মঙ্গং-থাগৎ ঙাঙনবা লোইরবা মতুংদা হায়জপোৎ (পান-ক) পুনবা নুমিৎ অমা লৈপ্নে। হায়জপোৎ পুবা নুমিৎ অদু থঙলগা নুপা ময়ুমগী মীওইশিং হল্লকই। হান্না লেপথিবা হায়জপোৎ পুবা নুমিৎ অতুদা হায়জপোৎকী পোৎলম-শিং পুতুনা চংলি অমস্তুং লুহোংবগী নুমিৎ তম্মি। মসিবু "ৱারোই

পোৎ পুবা" কৌই। বারোই পোৎ পুবদা চংবা পোৎচংশিংদি কবোক হৈবোক, সেব, অঙ্গুর, মিথাই, লফোই অমদি কা কাঠি মরি মঙা-নচিংবা অসিনি। লুহোংগদবা নোংমা রাৎলিডৈ মুমিৎপু "পুরজাক মুমিৎ" কৌই। পুরজাক মুমিংকী মমাঙদা চহাও চেং মন ২/৩ মুপা ময়ুম্না মুপী ময়ুমদা পীনৈ। মসিবু শিংলুপ গয়া খাঙনবা চহাও পীবা কৌই। ওল্লিডৈ মতমদা কাছাড়দসু মণিপুরগী ওল্লিডৈ মতমগুম্না লুহোংবদা অহিং য়ারেক্লগী। ওসিগী সমাজ অসিদদি অহিং য়ারেক্লবত তোক্লে। পুরজাকী নোংঙানবগা দামন (বোর) শাল্লগা কন্যা লৌবা চৎলি। কন্যাগী ময়ুম য়ৌবগা দামন অমদি গয়াশিংগী ফমফম শেম শাতুনা লৈরম্লিবা অতুদা লেংশিল্লগা ফম্মি লোয়ননা দামন কন্যা অনীমক অহাম্মক্তুদা কাজি নত্রগা মৌলুবী অমনা নিকাহ শোন্বি। নিকাহ শোন্বা লোয়বগা নৌনা খোঙদারক্লিবা বোর কন্যা অনীগী তুরা (ফোরমোর নিজবা) তৌবি। নিকাহগী মতুং তুরা লোইবগা অচা-অথক খরা চারবা মতুংদা দামন অমদি খোঙলোয়শিংনা কন্যা পুতুনা হল্লকই। দামনগী য়ুমদা থুংলবগা মাগী খোঙলোয় ময়াম হম্লে। তঙাইফদনা দামন শেমহৌরিবা গয়া খরা অমসুং দামন মখোয় ঙাইহাক পোথারবা মতুংদা অমুক কন্যাবু ময়ুমদা থিন্বিরুই। কন্যাবু ময়ুমদা থন্বিরম্লগা দামন অমদি লোয়ননা গয়াশিং দামন ময়ুমদা অমুক হুনমিল্লরকই। মসিবু "হিনাম থিল্লবা" কৌই। নিপা ময়ুম মুপী ময়ুম অনীগী য়ানবা মুমিৎ অমা লুহোংবগী মতুং মুমিৎ ৫/৬ নিদা মপামদগী মৌবু মুপা ময়ুম্না লৌরুই। মতুদা মৌ অতু ফিদোম শেৎলগা খুংনম নম্লগা লাকনি। মসিবু হিনাম লৌরুবা কৌই।

# বাংলাদেশতা লৈবা পাঙলশিংগী মৌথি-চাথিবগী চৎনবী

বাংলাদা লৈবা পাঙলশিংনা মৌথিবা (মৌ হায়জবা) ক্ষমদি লুহোংবগী থৌরম :—

নুপা অমগী মৌ হায়জবা চৎপগী দরকার ওইরবদি কনাগুম্বা হৈ-শিংনবা নুপা অমবু "ৱকিল" শেম্লগা মথোয়না পাম্লিবা নুপী অদুবু মৌঃ ওইজগে হায়না হায়জহল্লুই। নুপী অদুগী মপা মমানা পাউ-খুম্লকই - ঐখোয় ময়াম অমুক্তা খল্লজখিগে, খরনিগী মতুংদা উংসি। ৱকিল অদু মতম খরগী মতুংদা অমুক নুপী ময়ুমদা চৎলগা হায়জরুই। নুপীগী মপা মমানা পাউখুম্লকই— ঐখোয়দি "ফিরোই" (মহরনা) খরা য়াম্না লৌগনি মদু ওম্রবদি নুপীমচাসি নমৌ ওইবা য়াগনি। ৱকিলনা নুপী মচাগী মপা মমাগী অপাম্বদু য়াশিন্নরগা ফিরোইগী মশিং লেপথোক্লে। মদুগী মতুংদা নুপীগী মপা-মম অনীনা ৱকিলদা নুপাগী মমা মপা অনীমকপু নুপী ময়ুমদা লাক্লবা পাউ থাই। নুপাগী মপা-মমা অনীমক নুপী ময়ুমদা লাক্লগা মপা অনী মমা অনী পুন্না ফম্মিন্নৈ মদুনা শকখঙ মাইখঙনরগা করি নুমিত্তা হায়জপোৎ পুরকউগে হংনজৈ লোয়ননা নুপীগী মমা মপানা তারিখ অমা পীরকই। পীরকইবা তারিখ অদুদা অহায়া হায়জপোৎ পুরগা নুপী ময়ুমগী মঙ্গোল কারুই। মঙ্গোল কাবা নুমিত্তা লুহোংবগী তারিখসু লেপথোক্লে। (লুহোংবা নুমিৎকী) লুহোংগদবা নোংমগী মমাঙ নুমিৎপু "পুরজাক" কৌই। পুরজাক নুমিত্তা নুপা ময়ুম্না নুপী ময়ুমদা কা পুই, মদুবু "কা তাম্ব" চাবা কৌই। নুপা ময়ুম্না কা পুবদা নুপী ময়ুমদগী অয়াবা অমগী

মথাদা পুগদবনি মথোয়না কা তাঙ্খ অহুক পুরকউ হায়বহু পুগদবনি। মহু নত্রবদি মুপা ময়ুম অহু চাওখৎতবা থোগলোন থণ্ডদবা হায়না লৌনৈ। মাঙ্গোল কাবা নুমিৎতা চাবা কাদি তাঙ্খ অমত্তনি অহুগা পুরজাক নুমিত্তা চাবা কাদি তাঙ্খ অনীনি। ভল্লিন্তৈ মতমদদি নুহোংবা নুমিত্তা অহিং য়ারেক্করম্মী। পুরজাক নুমিত্তা দামন (বোর) শাল্লগা কন্যা ময়ুমদা অহিং য়ারেকই। (১) দামন্না কন্যাগী ময়ুম হেক য়ৌবগা অহানবদা নিকাহ শোল্লি। নিকাহ শোল্লবা মতুংদা পুরজাকী চাক চানরে। (২) চাক চানব্রবা মতুং দামন অমদি কন্যা অনীগী পার্টি অনীমক গজল, কসিদা অমদি মুস্থারিকং তাননৈ। নোংঙাল্লবদা দামন্না কন্যা পুন্থনা চৎলগা দামনগী য়ুমদা চাক থাংলম্বহু মন্নাম পুম্নমক অমুক চামিল্লরে। নুহোংবগী মীয়াম কায়নব্রবা মতুংদা দামন অমদি গয়া অনী অহুম্না কন্যাবু অমুক মপাম তাম্না থিনবিক্কই। দামন অমদি গয়াশিং কন্যাগী ময়ুমদা থুংবগা চৎথিবা মী পুম্নমক চাক চামিন্নৈ। চাক চাবগা দামন অমগুং গয়াশিং ময়ুমদা হনমিল্লরকই। দামন্না ময়ুমদা য়ৌরক্কুনা পোথাক্কুনা লৈহোরে। দামন মমানা মৌ অহু অমুক ময়ুমদা লৌরকউই। দামন মমানা মৌ পুরকপদা নুমিং অসুক্কি থমজগে অহুগী মতুংদা থিনজরকনি হায়রম্নগা পুরকই। মসিবু "হিনাম লৌরকউবা" কৌই। হায়নবা নুমিৎ লোইরবদা মপামদা অমুক থিল্লুই মতুবুনা "হিনাম থিনথিবা" কৌই। নুমিৎ খরা খা খরা মপামদা লৈরম্নবা মতুংদা অমুক নুপা ময়ুমদা (লৌরকল্লুই) কৌই। থোংকম অতুদা মৌ অহু কিদোম শেংলগা লাক্কনি মতুবু "শীবা" কৌই। মৌ অমা ওইবগী পুন্সিদা অহোংবা লাক্লিবসি কনেক ফিদোম শেংপা কমিজ ফুরিৎ লিংপা লোয়ননা খুাংদা খুাংনম লম্বা অসিনি। নুপাগী ওইনা নুহোংবা মতুংদা অহোংবা করিম্নু লাক্কে।

ত্রিপুরাদা লৈবা পাঙলশিংগী মৌথি-চাথিবগী চৎনবী অসি বাংলাদেশতা লৈবা পাঙলশিংগী মৌথি-চাথিবগী চৎনবীগা মান্নৈ। কাছাড়দা লৈবা পাঙলশিংগী চৎনবীসু খরা মথৈদি মশাল্লবা য়াওই।

# মণিপুরদা ইসলাম ধর্ম্ম

মণিপুরদা চৎনরিবা ইসলাম ধর্ম্ম মীতৈ লৈবাক ওইরবসু করি-গুম্বা অথিংবা অমত্তা য়াওদনা ফজনা ইসলামগী নীয়ম-নীতি ভাকনা চৎপা ঙম্লক্রি। ইসলামগী চৎনবী নিয়মশিং অসি মুসলমানশিংগী মন্নুংদা থরা খেন্নবা লৈ, মতুনা মরম ওইদুনা খ্বানে ইসলাম চৎপা মীওইশিংবু শিয়া অবসুং সুন্নি হায়না গ্রুপ অনী থোক্লা থায়দোকই। মণিপুরদা লৈরিবা মুসলমান কাংলুপ অসি সুন্নি ভাক্তনি, সুন্নি জমাতনি। ভারতবর্ষদা শিয়া লৈতবদি নত্তে অদুবু মশিং ইয়াম য়ামদে। বিষেণ-পুরগী লানফমদা থৌনা ফনা লাল শোক্লখিবা মথৌনা ফবগী "পাঙলবা" মীংথোল কংব্রবা মুহম্মদ সানি লানজিংলেন মশামক অমদি মাগী লাম্মী পুন্নমক সুন্নি জমাতকী মীওইশিংনি। তৌবুল খোইজুমানগী লানফমদা য়াশিন্নবা অমা পুরক্লদুনা লানজিংবা অমদি সিপাইশিং পুন্নমক "মুসলমান খুদোক অচৌবা" এমিং লৌরগা মণিপুরদা পাঙল ওইদুনা লৈরকখিবনি ময়ামগী লানজিংলেন অদুগা অদুৎৈ সিলেট প্রতাপগড়গীনা নবাব মুহম্মদ সানি ময়ুম লৈবাক্তা লৈরিৎৈদা চৎলম্বা ধর্ম্ম অদু মণিপুরদসু ইকাই কায়দনা চৎলম্মী। মুহম্মদ সানি এবাদত আমল য়াম্না ফজনা তৌজবা মুপা অমা ওইরম্মী। মশা মথন্তা চৎচবা নত্তনা মাগী কাংলুপকী মীওইশিং চপ মান্নবা অফবা ওইমিন্নবগী রাখল মশাদা চেল্লম্মী। মতুংগীমক্তা মৈদিংগু খাগেম্বগী বড়সেনা মশামক্তা তুংগী পাঙলশিংগী শর্ত অদুমগী য়ানচে অমা ইনখি।[৫৭]

---

৫৭। য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা অইবা— রিফায়তুল্লাহ, পেজ ১৫

তৌবুলগী লাল লোইরবদা লোইপোৎ ঙাইহুনা লৈরিবৈ মীতৈগী তেঙ্গোল অমসুং মুসলমানগী তেঙ্গোল পংলাপ লাপ্পদনা লৈরম্মী। নক্লা লৈমিন্নবন্নদা খুদোংচাবা লৌহুনা লাইরিক য়েংবম ধনঞ্জয়না মুসলমানগী সিপাই অমবু চঙনা ফাখিবহু পাসাশিংনা নমাজ জমাত শোল্লিনৈদা ফাখিবনি হায়না য়াদ দাই কুসি নামাদা পল্লি। মতুদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মে মহুদি মখোয়শিং অত্তু মখৌ মশক থংবা ধর্ম্মদা পুক্লিং চংবা, অচুম্বা চৎপা, অরানবা থবক তৌদবা মীওইশিংনি। শা লান্দা য়েক্লবনা মখোয়গী সিপাইবু চঙনা ফাখিবদা মপু নীংবগী খোঁরমদা অকায়বা ওইখিনি খন্দুনা মখোয়গী সিপাইবু মুংহৌখিদে। পাসানা অরানবা তৌত্রিমখৈ মীনসু অরানবা তৌরক্লোই খন্দুনা থাজবগা লোয়ননা নক্লা লৈনরিবা য়েক্লবশিংবু অকি-তুজুংবা পোক্তনা অপুনবা নমাজ জমাত শোনবা পাংথোকল্লবনি। মণিপুরদা পাসা মুসলমানশিংগী মথক্তা শারা-শরিয়তগী (ইসলাম ধর্ম্মগী ওইবা) কাজি হাপ্পবা রাকম লৈরবদা পাসাশিংগী মন্নুংদা লাইরিক হৈবা থল্লকপদা হান্নসু লিদর ওইনা লাকখিবা অমসুং লাইরিক হৈবদসু কাংলুপ অতুদা মপা মান্নবা হৈবা মীওই ফংদবদগী বড়সেনা লানজিংলেনবু অহানবা কাজি হাপখি। মতম অদুগী মৈদিংঙনা মণিপুরদা শারাগী অহান্না কাজিনি হায়না অরাংবা থাক্তৌ ব্যবহার তৌবিখি। কাজি মুহম্মদ সানিনা ইসলামগী চৎনবী নীতি নিয়মবু চলাইহুনা পাসাশিং মতম পুম্নমক্তা ইসলামিক ওইহৌনবা হোৎনরম্মী। দ্বীনে ইসলামনা য়াবা অমদি য়াদবা পুম্নমক মহাক্তা চেকশিন্না থায়দোক্লম্মী। অদুবু মফম মতমগী মতুংইন্না অওম্মা লাকখিদবদি নাত্তে। মীতৈ লৈবাক ওইখিবা ইসলামগী লৈবাক ওই-দবনিনা চপ-চাবা ইসলাম লৈবাকশিংদা জারিবা নিয়মশিংতু মণিপুরদা জারিবা য়াদহুনা কুল, নিয়মশিং চলাইবদা অচান-মীরাই নাইদবা য়াদবগী মওং লাকখি লোয়ননা কোমথোকখি।

শরিয়তকী নিয়মশিংদগী কোমথোক্তবা য়াদবা অমা ওইনা কোমথোকখিবা মরুওইবদি পর্দা অসি অমনি। মুসলমানশিংগী মথক্তা চৎনা পথাপ পর্দাবু কোমথোকখিবগী মরমদি অহাম্বদা মণিপুর মীতৈ

লৈবাক ওইবনিনা মশীং য়ামজদবা মুসলমানশিং মখোয়গী পর্দা থম্বা ওমগদবা মওং মুসলমানশিংনা শিনজবা ওমথিদবা। অনীশুবদা মুসলমানশিং মশিং য়ামদবনা লল্লোল ঈতিক তৌবদস্থ মশিং য়াম্বা মীতৈশিংগা লোয়ননা তৌমিন্নকবা, চানবা চীঙ্গাক, শেংনবা ফিরোল-নচিংবা মীতৈ জাতিগী তাংজবগা লোয়ননা হিংমিন্নবকথিবা অমদি মীতৈ নিঙোলশিং লৌরগা থুম্লিং থুম্বালকথিবগী মরম্না ঈ-মরী ওইরিবা মখোয়বু লাপ্না থানবা য়াথিদবা। অহুমশুবদা মণিপুরী মুসলিমশিং সহরদা লৈরমদবা লম্বাইগী লমদমদা লৈরম্বা, শেম্বোক লম্বীদস্থ য়াম্না হুম্ববা, লাইরিক-লাইশুগী লমদম্থ কায়রবা অসিনচিংবা অৱাংপা ময়াম অসিনা পর্দাবু কোমথোকহনখিবনি। পর্দা কোমথোকহনখি, চেকশিন্না ঙাক শেনদে হায়তুনা দ্বীনে ইসলামবু থাদোকপা, তুংওই-নখিবদি তৌরকখিদে। নিংথৌরোল মথং মথং শারাগী কাজি পাল্লকখি। কাজিশিংনা দ্বীনে ইসলামগী চৎনবী লৈঙাকলোনশিং ফজনা মুসল-মানশিংগীদমক্তা চলায়রকখি। অতুগুম্বা মতমদা পাঙলবু মীতৈনা চৎনবী মীতৈ মীংশিং থোম্বিখি। মখোয়শিংতু মুসলমানগী চৎন-পথাপ তুংওইনখরে, ইসলাম ধর্ম্মবু মাংহনখরে হায়বদি য়াদে। চরৈ নিংথিববু অমোং-অকায় থোক্তনবা তাবুন্নংদা থম্বগুম ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা প্রজাশিংবু কাজিশিংনা অমাঙ-অতা থোক্তনবা শেল্লবিরকপনা ইসলামগী ফিথল মরুমদা হিংলকখি। পাঙলশিংদা মীতৈ মমিং থোল্লবস্থ কাজিশিংনা অয়াবা পীনিরম্বনা থোম্বিরম্বনি। কাজিশিংনা য়াদবদা মীতৈশিংনা অকনবনা মীতৈ মীং পাঙলশিংদা থোম্বিখিবা লৈতে। অসুম্না ওসি ফাওবদা পাঙল সমাজনা মণিপুরদা ইসলাম ধর্ম্মবু য়োকপা ওয়ক্তি অমত্তুং থম্মকলি।

# মহে-মশিংগী ফিভম

মণিপুরদা পাওলশিং লাইব্রিক-লাইশুগী ফিভম ওন্নিবৈগী মতমদদি য়াম্না কন্নী। মতম অতুদা পার্সি চংনরম্বা ওইবনা সিলেটয়োমদগী পাসাশিংছুনা মচা-মশু চায়োল-শুরোলশিংবু মমা-মপা মচিন-মনাওশিংনা য়াম্না ফজনা পার্সি লাইব্রিক তম্বীনরম্মী। ময়ুমদা মমা-মপা মচিন-মনাওশিংনা তম্বীবা মওং অদু নত্তনা স্কুল, কলেজ চংতুনা তম্নকম লৈরমদে। তম্নীবা লাইব্রিক খুংতম অদু মৈদিংগু খাগেম্বগী মতমদগী মৈদিংগু গৌরশ্যাম মরাম্বগী সনা হাক্তক ফাওবা চংনরম্মী। খৃঃ ১৬০৬ খাগেম্বগী মতমদগী খৃঃ ১৭৫৩ গৌরশ্যাম মরাম্বগী মতম ফাওবা ময়ুম ময়ুমদা মপা-মমাগী খুথাংদা লাইব্রিক তম্বা খুংতম্বী অদু লোইশিনখিরম্মী। মতুগী মতুংদদি কনাগুম্বা বরনা তম্বীহৌই পামজদবা ময়াম পুম্নমক থাদোকম্নে। খৃঃ ১৭৫৪ দগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা চহি ১৩৭ অসি লাইব্রিক-লাইশুগী ফিভম পুম্মাও মাওলম্মী। ইংলোক ১৮৯১ গী মতুংদা অমুক মণিপুরদা ইডুকেশনগী য়াওল অমা লাক্লুনা স্কুল লিংখৎতুনা লাইব্রিক তম্বা য়াওলগী মীকপ থোক্লম্লে। মতুদগী পাওলশিংদি শরুক য়ারমদে। সহরদা লৈবা মীতৈশিংদি অয়াম্বা লাইব্রিক তম্বা হৌনম্লে। অহাবদা লাইব্রিক তম্বা হৌখিবসি সহরগী অকোয়বদা লৈবা মীওই ২০/৩০ রোমতা ওইরম্মী। চৌংগী লমদদি খৃঃ ১৯০৬ কী অদুবাইদগী তম্বা হৌরকখি। অদুগা মীতৈ ওইরবসু খুঙ্গংদা লৈবশিংদি লাইব্রিক তম্নরমদে। পাওলশিংদি সহরগী থম্না নকপদা লৈরগসু লাইব্রিক তম্নমদে। মথোয়না তম্নমগদবদা লমজিংবিনবা লৈখিদবা অমদি ইংলিশ তম্বা মাংই নত্রগা শেংই

হায়বগী চয়েংনবা অমা লৈবদগী মতুনা অপনবা ওইতুনা পাঙলশিংনা ইংরাজি তম্লখিদে। খৃঃ ১৯০৮ দা লিংখৎখিবা লিলোং এল, পি, মদ্রাসা লিলোং পাঙলশিংগী অমত্তা ঙাইরবা স্কুলনি। হায়রিবা স্কুল অসি লিংখৎলকপদগী পাঙল ১/২ দি ইংরাজি তম্বা হৌরে অদুবু মপুং ওইনা পাঙলশিংনা তম্লখিবা লাইরিক্তি ধর্মগী লাইরিকশিংনা ওইখি। খৃঃ ১৯২৬ কী অদুগাইদদি সহরগী অনকপদা অকোয়বদা লৈবা পাঙলশিং ইংরাজি লাইরিক তম্বা হৌরকখি। মতুদসু পাঙল মুপীশিংদি স্কুল অমদা মুপাশিংগা পুন্না তম্মিন্নবা য়ারোই, পর্দা ওাকপা ঙমদবা মওনি হায়দুনা অখিংবা থম্মী। পাঙল মুপীশিংগী ওইনা হায়রবদি খৃঃ ১৯৪৮ কী মতুংদদি মুপী ১/২ দি ইংরাজি লাইরিকসু তম্বা হৌরকখি। মখোয়শিং অদু খরা ঙম্না লাইরিক-লাইশু তম্লকখিবা মীওইশিংগী মচা মশুশিংনি। খৃঃ ১৯৫১ দা অনীরকশুবা খোংফম ওইনা অমুক লিলোংদা এম, ই, স্কুল লিংখৎলকখি। লিলোং এম, ই, স্কুল লিংখৎলবা মতুংদগী লিলোং পাঙলশিং তপ্পপ-তপ্পপা ইংরাজি তম্লরকখি। অদুবু মুপীশিংগী য়েংল্লুরগদি য়াম্না তাঙই। ইংরাজি লাইরিক তম্লক্লিবা মুপী খরা অদু সমাজগী করিগুম্বা থৌদোক-য়াথোক, উৎসব, কর্মনচিংবা মফমদা অলল-লমনশিংনা তুকচ্চনা লৌবদগী মখোয়শিং থৌদোক-য়াথোক্তা য়াওহল্লমদে। মীতৈ ইচিন ইনাওশিংগীদি খৃঃ ১৯৪৯ গী মতুংদগীদি সহরদা লৈবা, খুঙ্গংদা লৈবা পুম্নমক লাইরিক তম্বগী মাইকৈদা খোংদাখরে। মসিনা মীতৈ সমাজগী ওইবা অহোবদু খৃঃ ১৯৯০ গী অদুগাইদি খরগী মথৈদি মেনখৎপা ঙমখি। পাঙলশিংদি খৃঃ ১৯৪৯ দা লাইরিক তম্বা হৌরকখিবদগী মতুগী মহৈ ওইনা খৃঃ ১৯৭৩ দা মণিপুরদা মীতৈনা ওইরকখিবা ফিভম অদু ঙসি পাঙলশিংনা খৃঃ ১৯৯৩ দত্তা তাবা ফংলি। অদুনা খৃঃ ১৯৭৩-১৯৯৩ ফাওবগী চহি ২০ গী লাইরিক লাইশু খোংজৎ অসি পাঙলনা শোত্থহৌরে।

অমুক্তা মণিপুরগী পাঙলশিংনা লাইরিক লাইশুগী লম্বীদা থেংনা

খোংদারুবনা ওসিদি পাওলশিং শেল-থুমগী ফিভমদা শোথহৌরে। মহৈ তম্বা হায়বসি তণ্ডাইফদনা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি হায়বা খওলকপগা লোয়ননা মণিপুরগী মফম খরদি লাইরিক ফজনা তমখৎনরক্রে, অদুবু পাওল মুপী লাইরিক তম্বকলিবীশিংগী চাং ১০% য়ৌবা ওমদ্রি। ওসিগী মণিপুরদা পাওলশিংগী মহৈ-মশিংগী ফিভম হায়রবদি নাম্মা শোয়রবা অমদি সমাজদগী শোথহৌরবা কাংলুপ অমা ওইরে। মরম অসিনা ঐথোয় পাওলশিংনা অহোবা, অরাৎপা, শোথহৌরিবা খুদিংমক মেনখৎপা দরকার ওই। মসিবু মেনখৎপা ওমগদবদি মশানা মশাবু মশক মুম্না খওলবমক্তদা ঐখোয়গী অরাবশিংসি কোকহম্বা ওমগনি। অরাৎপা অদু মশা মশানা মশক খওবা হায়বসি করিগুম্বা পোৎশক অমত্তনা খওহনবা ওয়োই। মহুগী মতিক চাবা লৌশিং পীগদবদি মহৈ তম্বতনা ওইগদবনি। পাওল সমাজনা মহৈ তম্বদা শোথরিমখৈ করিগুম্বা হিরমদসু মতিক চানা মশানা মশাবু হিংনবা শিঙবা ওম্বগী উপাই লৈরোই। শোথনা লৈহৌরবা পাওল সমাজনা শেল-থুমগী হিরমদা পোৎথোক পূথোক্লবা কল-কারখানাদা, স্মোল স্কেল ইন্দস্ট্রীদা খোংদারগা চাওখৎপা সমাজ অমা ওইদুনা মণিপুরগী অমদি ভারতবর্ষগী চাওখৎ খোংথাংদা অমত্তা ওইনা চৎমিন্নরগা তেংবাংবা হায়বসি মতিক চানা মহৈ-মশিং তম্বা নত্তনদি থাজবা য়াবা রাফম লৈতে। মরম অদুনা জোব ওরেন্টেদ এজুকেসন অমদি সাইন্টিফিক এজুকেসন হায়বসি পাওল নহারোল সমাজদা মীপুম খুদিংমক ফংননবা হোৎনবা তণ্ডাইফদবা লৈ। রাফম অসি "লাইরবা" লাইরিক-লাইগু শোৎথহৌরবা পাওল কাংলুপ্পা ওইথোকপা য়াদবা পাংথোকপা ওমদবনিনা ইনাক খুম্বা অমদি লাইরবা সমাজ পুন্নমকী মপা-মমা ওইরিবা গভর্নমেন্টকী পুক্লিং চিংশিনবা তণ্ডাইফদবনি। হায়রিবা লম্বী অসিগী থোওচৎতা পীগদৌরিবা এজুকেসন অসি মোরেল এন্দ স্পিরচুয়েল প্রিন্সিপাল য়াওদবা রাখলগী এজুকেসনদি ওইবা য়াদে। মরমদি হায়রিবা প্রিন্সিপল অসি য়াওদ্রবদি মীপূম খুদিংমক্না তৌবা থবক মোরেল য়াওদবা

অচুম্বা উৎতবা চৎনরোল কান্নবা য়াকম ঙাক্তা ওইগনি।

এজুকেসন পীবা মতমদা মুপা ঙাক্তা পীবদি সমাজ চাওখৎপা পুরকপা ঙম্লোই। অদুনা মুপা মুপী অনীমক এজুকেসন পীদুনা মান্নবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবা হায়রবসি তৌদ য়ান্নবা থৌওং অমনি। অসিগুম্বা তঙাইফদনা তৌরগদবা থবক অসি পাঙলগী মীহুৎ অমদি ধর্ম্মগী লমজিংবা ওইরিবা উলেমাশিংনা লমজিং লমদাকপীবা বাংলি। পাঙল সমাজদা থেংনরিবা খুদোংথিবশিং সমাজগী মীপুম খুদিংদা মশা মশাবু মশক খঙহনবা দরকার ওই। ঐখোয়গী মুচিংবশিংনা সমাজদা মহৈ-মশিং তম্বা হায়বসিনা মরুওইবা তৌদবা য়াদবা অমনি হায়না খঙহনবগী থবক পাইখৎপীগদবনি। অমুম্না চাওখৎলবা মতমদা লাইরিক-লাইগুগী ফিলদা হাও, মীতৈ, পাঙল জাতি অহুমগী লম-জেন্দা য়ান্না শোংথহৌরবা পাঙলনি। নাকল অমরোমদা লাইরিক লাইও তম্নিবা পাঙল ছাত্র অমগা মীতৈ ছাত্র অমগমু মান্নদে। লিচৎ খেইনৈ, পাঙল ছাত্রশিংদি লাইরিক পাবগী হেৎবিং থমদে, লম্বী শোরক্তা ঙাওশিন্নদুনা মতম মাংথোকই, মীতৈ ছাত্রদি মহু তৌদে। অসিগুম্বা খেন্নবা নৈরিবসিগীদমক্তা পাঙল সমাজনা স্পীশেল ওইনা দায়ত্ব লৌকম থোকই। অরাংপা ময়াম অসি অমুক্তদা মেনখৎপা ঙম্নবা পাঙলগী মীহুৎ, ধর্ম্মগী লমজিংবা উলেমাশিং, ওঝাশিং, মপা-মমাশিং অমদি তুংগী য়ুম্বীরেল ওইরকদৌরিবশিংনা সেমিনার তৌদুনা রার্কসোপ কেম্প হাংদোক্তুনা থম্মোয় থৌগৎলগভা ভাব তাননবগী লম্বী ওইগনি। ছাত্র-ছাত্রী, নহ'রোলশিং খুদিংমক তঙাইফত্রবা শিনকমশিংদা মকম মতম চানা অমুক্তা পাংথোকমিন্নরসি লোয়ননা সমাজগী থোংজেল তুং ইন্নসি। "শোংথহৌরবা পাঙল কাংলুপ" অরাং-অপা য়াওত্রবা মুঙাই য়াইফরবা মালেমগী কাংলুপ অমা ওইদুনা ইতিন্নসি ঐখোয়মু চাওখৎপা মান্নবা সমাজদা।

# য়ারোইশিন

সেন্ত্রেল এসিয়াদা পোকপা ফরিদোংগী মচা টুরনা ইরানগী প্রোভিন্স অমদা পাল্লম্বগী রেকোর্ড ঐথোয়না ফংলে। টুরগী মচা-মশুশিং ভারত্তা লাক্লগা মুহম্মদ সানি পোকখি। মুহম্মদ সানি সিলেট প্রতাপ-গড়দগী অমুক মণিপুরদা লাকখি। মহাক্কা মীতৈ লৈবাক্তা অহানবা শারাগী কাজি ওইখি। কাজিশিংগী মথক্তা কাজি-উল-কুজাত ফম লৈরম্মী মহু মুহম্মদ সানিনা ওইখি। কাজি উল কুজাত ফংখিবা মুহম্মদ সানিতা নত্তে সৈয়দ সুলৈমান কাজি অমদি তাওথোংবা কাজিসু ফংখি।

খৃঃ ১৮১৯ দা মণিপুর খুন্তাক্লুনা ময়াং লৈবাক তানা চেম্নখি। চহি তরেৎ ময়াং লৈবাক্তা লৈরম্লগা অমুক মণিপুরদা হল্লকখি, মহুগী মতমদা চহি তরেৎ খুন্তাকপা হায়না কৌনখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপদা চেনখিবা রিফায়তুল্লাহগী মখুরা সিলেটতা লৈহৌরম্মী। মতম খরগী মতুংদা রিফায়তুল্লাহ উর্ফে খোয়দোংবা জোমাদার মখোওনা চৎলগা মখুরাগীদা লৈরগা সিলেটতা পাসি তম্লম্মী। খোয়দোংবা জোমাদার পার্সি লিটরেচর য়াম্না য়াংই। মুহম্মদ সানিনা পার্সি মরোল্দা ইরম্বা লোইশিল্লমদবা ইতিহাস "য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা" মহাক্না মপুং কাহল্লম্মী। ওসিগী পাঙলশিংগী অমতা ডাইরবা রেকোর্ড লাইব্রিক অমা ফংজরিবসি মহাক্কী হোৎনজমন অদুগী মহৈনি। মণিপুরদা শারাগী কাজিশিংনা লৈঙাকলোন য়ায়েন-থোদা তৌরম্বসি মীতৈ অমদি পাঙলশিংগী অপুম্বা ওইনা তৌরম্বা নত্তে পাঙলশিংতবু তৌরম্বনি। কাজিশিং শারাগী কাজি ওইরবদি কনাগুম্বা মীওইনা ইসলামগী চৎনবী নীয়ম-নীতি

লাম্বোকন চৎপদা মহাক অদু "কতল" তৌদুনা চৈরাক পীকম থোকই মদু তৌখিদে, চৈরাক অদু চলাইরমদে হায়বগী রাহং অমা থোক্রক্লবা নত্তে। অদুবু মদুগী রুল অদু মণিপুরদা চৎনবা য়ারোই মরমদি মণিপুর ডারুল হুরফনি, ডারুল ইসলাম নত্তে। মরম অসিনা মণিপুর মীতৈনা পানবা লৈবাক ওইবনা মুসলমান্না পানবা নত্তবনিনা ইসলামগী নীয়ম-নীতি খরা কোমথোকপা দরকার ওই। মরম অদুনা শারাগী কাজি পান্না পান্না চপ চাবা ফন্দামেন্টল রুল ওক ইসলাম চলাইবা য়াদবনা খরা কোমথোকখিবনি। মুসলমানশিংগী মথক্তা ইসলামগী নীয়ম-নীতি চপ চাবা চলাইবা অদু ঙাকনা চৎপা ঙম্নবা ওইরবদি পর্দাসু থম্মগনি। পর্দা থম্মদবা অসিদগীসু ময়েক লানা নীয়ম-নীতিবু ঙাক্তা চৎপা ঙম্নরক্তবদগী খরগী মথৈ কোমথোকখি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মীতৈ লৈবাক ওইরবসু, মরাং লৈবাক ওইরবসু অমদি পাঙল লৈবাক ওইরবসু নমাজ, রোজা, হজ, জকাত অমদি কলমাদি কোমথোককম থোক্তে অমসুং কোমথোকখিদে। উপাল অমা থারগা উপাল অদু হোৎরক্লবদা মশাশিং ককথৎখিবনা উপাল অদু কংখিদে। উপাল অদু মথোংদা য়াম্লৎলবদি শোয়দনা কংখিগনি। অসুম তৌনা ইসলাম ধর্মদা মরুওইবা ইসলামগী য়ুম্বী মঙা কৌবা পোৎলম মঙা লৈ মদুবু বুনিয়াদ ইসলাম কৌই। বুনিয়াদ ইসলাম মঙা অদুদি কলমা, নমাজ, রোজা, হজ, জকাত অসিনি। পাল্লকখিবা কাজিরোল কয়ানা ইসলামগী চৎনরোল নীয়ম-নীতি কয়ামুক কোমথোকপ্রবসু বুনিয়াদ ইসলাম মঙাবুদি কোমথোকহৈদে অমসুং কোমথোকখিদে। ইসলাম ধর্মবু ঙাকনা চৎচবা পাঙলশিংবু মীতৈ কাংলুপ্নসু অরাংবা থাকী ব্যবহার তৌবিবগা লোয়ননা লৈমিন্নৈ। মদুগী খুদম হায়রবদা অদুঙৈ ইনিংথৌ চরাইরোংবা নিংথৌগী মতম ইবুঙো লোয়ম্ববু নিংথৌ কেম্বগী থৌওং তৌরম্বা অমদি চেম্নবশিংবু লোইনা তুম্না হাৎপ্রবদা থৌকমদুদা চেম্নবা মেরাই সুলৈমান কাজিবু মহাক্কি কাজি অমনি ধর্মগী লুচিংবনি, থরায় মাংকদে হায়না মথম্রায় কম্নীহোই। থৌকম

অতুদা মেরাই সুলৈমান কাজিবু কণীহিরিবত্থ মেরাই সুলৈমানবু নত্তে, পাঙল ধর্ম্মগী লুচিংবনি কাজি অমনি হায়না তৌবিবা ইজ্জৎনি। মরম অসিদগীসু ঐখোয়না লৌবা য়াই— মীতৈ লৈবাক্তা পোইরে কনা অমনা পাঙলশুম্বা অমদা মশা মশাগী চৎনবী ইনাৎকা লোয়ননা হিংজবদা করিস্থ অখিংবা পীখিদে হায়বা অসিনি। মণিপুরদা ঙল্লিঙৈদা মসজিদ লৈরমদে। থেংথরক্লগা লৈরকপনি হায়বা ইতিহাসকারশিংনা ফোংদোকলি মতুদসু ওইখোকপা য়াবা য়াকম নত্তে। মসজিদ মশিং য়াম্নমদে হায়বদি য়াই, ইরৈ লৈরমদে হায়বদি লাল্লি। মসজিদ হায়ববু করিনো? মসজিদ কদায়দা লৈগদবনো? অদোমদা নৈনক্কগদি মীওই খরা পুনশিল্লগা অমত্তা ওইনা নমাজ শোনবা য়াবা মফম, ইতৎ-তত্তনা শোনকন্থ্রু মসজিদ কৌই। তৌবুলগী লানফমদা মুসল-মানশিংনা পল্টন ওইনা লৈবদা নমাজ জমাত শোনখি। ইতৎ-তত্তনা নমাজ শোন্নখিবা মফমতু মসজিদনি। তৌবুলগী পল্টনদা লৈরম্বদগী য়াশিন্নবা অমগী মখাদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী অনিংবগী মখা পোম্না মুসলমানশিং তোঙান-তোঙানবা মফমদা থমখ্রে। মখোয় মখোয়না লৈবা মফমশিংদা নমাজ শোন্নবা "শঙ্গোয় লাইশঙ" কৌবা মসজিদ মচা মচাশিং শারম্মী।* মসজিদ ১৩ অমসুং পঞ্জগানা ১১, চহি তরেৎ খুল্লাকপা (খৃঃ ১৮১৯) কাওবগী মমাংদা লৈরম্মে। মসজিদ লৈরম্বা মফমশিং অতুদি— অহানবা মুহম্মদ সানি লাইনিংশঙ, কংলা সনখোং চংলগা মখা থংবা নাকন্দা, অনীশুবা মোইরাংখোম শংগোই লাইশঙ, অহুমশুবা কংলা উকোক শংগোই লাইশঙ, মরিশুবা নিংথৌনাই শংগোই লাইশঙ, মঙাশুবা ইরোং চেশাবা শংগোই লাইশঙ, তরুকশুবাময়াং ইম্ফাল শংগোই লাইশঙ, তরেৎশুবা শঙ্গায়য়ুম্ফম শংগোই লাইশঙ নিপানশুবা অরাং লৈকাই শঙ্গোই লাইশঙ, মাপনশুবা লিলোং শঙ্গোই লাইশঙ, তরাশুবা মখা লৈকাই শঙ্গোই লাইশঙ, তরামাথোই কৈরাও শঙ্গোই লাইশঙ, তরানিথোই কাইরং শঙ্গোই লাইশঙ, তরাহুমদোই

* য়াদ দাষ্ট কুর্সি নামা অইবা— রিফায়তুল্লা'হ।

পোরোমপাৎ শঙ্গোই লাইশঙ। পঞ্জগামা[1] অহানবা ফুম্রে, অনীশুবা হৈরোক, অহুমশুবা উথোংশাং, মরিশুবা মালোম খোঙনাংবন্দ, মঙাশুবা খৌবাল মোইজিং তরুকশুবা উরুপ, তরেৎশুবা ক্ষেত্রি বেঙ্গুল নিপানশুবা লমশাং তাওথোং, মাপনশুবা খোময়ান, তরাশুবা মোইরাং তাওথোং, তরামাথোইশুবা পাঙল তাবী অসিনি। মসজিদ ময়াম লৈরবনিনা নমাজি ময়াম অমা লৈরম্লগনি অহুবু অফাওবা নমাজি অনীথকী মমিং পম্বা য়াবদি— হুনজনা মুন্সি পুশ্রি ময়ুম কৈরাওদা লৈবা নিংথৌ খম্বা মনাই অচানবনি। মহাক বলি (অচুম্বগী মঙাল ফংবা) অমগুম্বনি। মতম শাংনা ইমাম ওইরম্বগী রেকোর্ড ফংই। অনীশুবা লাঙোন লাইনিংবা লিলোংদা লৈবনি। মহাক য়াম্না এবাদত আমল ফবা মুপা নমাজিনি। মহাকী এবাদতপু অল্লাহুনা য়াবিরহুনা মাগী কশফ[2]দা অমম্বগী পাও খংবা ঙম্বগী থাক্তা লৈরম্মী। অরানা মণিপুরদা অরা লাল লাকদবা অহু মাগী কশফতা খঙহল্লম্মী অমসুং লানজেম্লবা চয়োম চেংজেন শেমহুনা লৈকায়শিংগা মতম ঙাইশিন্নখিবা মুপানি! মতৌ অসুম্না ঙল্লিঙৈদগী মসজিদ লৈরকখিবা, নমাজি অল্লাহ্ বালা লৈরকখিবনা মণিপুরদা ইসলাম ধর্ম্ম ঙসি ফাওবা হিংহুনা লৈরক্লিবনি।

---

১। "পঞ্জগনা" নমাজ মতম মঙা শোনফম মসজিদ, জুমাগী নমাজদি শোন্দবা মফম।

২। ধ্যান তৌহুনা ফম্বদা তুংদা থোকদবা ফিভম অল্লাহুনা খংহম্বীবা।

## কবিলা পূর্বী শিজরা - ১ (৬৭,৬৮,৭০)






## কবিলা পুথী শিজরা - ৫ (৭৩,৭৪)




(৩০) ঘরাহিম —— সনাউল্লাহ শাহ —— খম্বা —— হাজি লতিফ






## কবিলা পুগী শিজরা - ৭ (৭৪ - ৭৬)



কবিলা পূর্বী শিজরা ৮ (৭৭,৭৮)







(৪০) নজিমুদ্দিন —— আব্দুল করিম —— আব্দুল আলি —— আব্দুর রসিদ (৭৭)

কারবালা পুথী শিজরা - ১০ (৭৯,৮০)



কবিলা পুথী শিজরা - ৯ (৭৮,৭৯)






কবিলা পুরী শিজয়া - ১১ (৮০,৮১)







(৮০,৮১)

কবিলা পুপী শিজরা -১২ (৮১,৮২)



# মকক্ শাগৈদগী চার্ট অমা (১৬০ - ১৬৪)

## (লখিয়াফুল, সুনারফুল, মাসানো)



| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪৯ | ২৪ | রমদঙ্গীদমক | মরমদমগীদমক |
| ৫০ | ৭ | লাকনমদা | লানকমদা |
| ৫১ | ৬ | কৈগোভিং | কৈগোজিং |
| ৫১ | ৫ | কিবান্দো | চিবান্দো |
| ৫২ | ২৬ | শঙ্গয় য়াকপ | শঙ্গায়রাকপা, |
| | | অতোম্বা তাওথোং তাবা | তাওথোং তাবা |
| ৫৩ | ৮ | ময়াম্বগী | ঙরাম্বগী |
| ৫৮ | ৩ | অঠীকারী | অধিকারী |
| ৫৮ | ১০ | অবা বর্মাদগী | অবাং বর্মাদগী |
| ৫৮ | ১১ | কাঙপুপ | কাঙলুপ |
| ৬৪ | ৮ | ফোরিক | কৌরিক |
| ৭২ | ২২ | অবমুল | অবতুল |
| ৭৭ | ১৫ | অয়াতুল্লাহ | অহমদ আলি |
| ১৪০ | ৩ | ময়াম | ময়ুম |
| ১৪৪ | ২০ | ১৬৭২ | ১৬৭৯ |
| ১৫৩ | ১০ | জিজিম্নহুনা | শিজিম্নহুনা |
| ১৫৬ | ১০ | বলি উল্লাহনা | বলি উল্লাহনা |
| ১৬৩ | ১২ | (এগ্রি ইঙ্গিনিয়ার) | ( এগ্রি ইঞ্জিনিয়ার ) |
| ১৯৫ | ৪ | স্তনাইতেম্ | স্তনাউতেম্ |
| ১৯৫ | ২৪ | কোজিকী | কৌজিগী |
| ১৯৬ | ২১ | মনাও নিপা | মচাম্নুপা |
| ১৯৯ | ৭ | নঙ্গোলয়দ | মঙ্গোলয়দ |
| | ১৪ | বৈহসিয়া | বৈশ্য |
| ২০৫ | ১৭ | শম্বুখোং | শম্বুক্রখোং |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২০৬ | ২০ | ১৯৪৯ | ১৯৪১ |
| ২০৭ | ১৪ | নোংজাই | খুংহৈবম |
| ২০৮ | ৪ | ১৯৩৪ | ১৯৪৪ |
| ২২৩ | ১১ | মতমদা | মতমবু |

# অরাংবা হাপচিনবা

লমায়/পরেং    হাপচিল্লবা

২৬/১৭ — কুমশোক ১৫৩০ খৃ: ১৬০৮ লোইদাম

২৭/১৮ — অমা দরকার ওইরে হায়দুনা মুহম্মদ সানিনা পাউথুরকই। মনিপুরদা লাইফম-তীনফম কোয়রুগে তপস্যা-মঙম পাংথোক্লগে লাকপবু চিং-ঙৈনা হুনগ্রবদি ইনিংথৌনা করি খনখিগনি। বা তাম্লহল্লবা চংপদদি — — —

২৭/১৯ — হায়জিল্লগা চংপা তাবনি। কোয়রনা মীর সাহেব –

৩০/১ — মুপা নাজরা অনীমক —

৪৯/৯ — বিষ্ণুপুর, কোম্বা, বামোন কম্পু অসিনচিংবা

৭১/১২ — অহুম পোকই॥ মুসলিম উদ্দিননা মচা অনী নজিমুদ্দিন, রহিমুদ্দিন পোকই। ইচোলনা —

৭৪/১৫ — তোম্বা পোকই। মুলৈ মেম্বরনা মচা অহুম কিরামত আলী, উমিদ আলী অমসুং নিয়াজ আলী পোকই। কিরামত আলীনা ওজা মুর আলী পোকই। তোম্বনা —

৭৬/১ — অবুবকর পোকই। অব্দুর রহিমনা নজিমুদ্দিন পোকই। নজিমুদ্দিননা মচা তকক পোকই। মখোয়গী মমিং রহিমুদ্দিন, মোঃ অশরফ আলী, অহমদ আলী, অব্দুল্লাহ, ফজলুর রহমান, কথরুদ্দিন কৌই। অরমতুল্লাহনা —

৭৭/০৯ — অমেকল্লাহগী মচা অব্দুল হমিদনি। অব্দুল হমিদনা উমিদ আলী পোকই। উমিদ আলীগী থারা লৈহোদে।

৮০/১৬ — বাজিদ আলী, ইবো অমসুং —

১৩০/৯ — ইদরিশ আলী, অব্দুর রসিদ, তুরাব আলী (ওঝা) কবিলাপু রহিমুদ্দিনগী মশু শুথাং নত্তে! অতোপ্পা কবিলাপু অমগী মশু-শুথাংশিংনি।

১৬৩-১৬৪ — কোমোলনা মচা মুপা মঙা পোকই। অব্দুল্লাহ, নছিব আলী, হাতিম আলী, মোঃ রফিউদ্দিন (শগাই মৌলুবী), মনেরগুন কৌই —।

১৬৬/৪ — জান মুহম্মদ উকে মাল উকোকতেনা —

১৭৪/৬ — ফৈজুদ্দিন (য়াইমা), মোঃ নিজামুদ্দিন, তোম্বা —

৬/২২ — "রাজ দাই কুর্সি নামা" by থামু মিয়া চৌধুরী সিলেটী লমাই ৩

১৭৬/১ — মেক্রেকন। রহিমুদ্দিন — দাম মখোংদা লৈথী॥

চুমথোকদবা: রহিমুদ্দিন উক মেক্রেক তোমনা মুহম্মদীন পোকই। মুহম্মদীননা শুলৈমান উক সুলৈ পোকই॥ সুলৈনা য়াইমা (নহায়াই) পোকই॥ মেক্রেকী থারা তুরেল অহবী দাম মখোংদা লৈথি॥

# এপেনদিক্স

C

****


373387

